# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড তরেৎশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজগোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

ঙৌবা মণিপুরী অন্থবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড ভবেৎশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা

অমসুং শীতলজিৎ-না কোওবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৯১ নবেম্বর্

[ মহু পুম্বা তাকুবনী ]          মমল লুপা ২৫ ০০

# আদি লীলা

## নীপালশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

বন্দে চৈতন্যদেবং তং ভগবন্তং যদিচ্ছয়া।

প্রসভং নর্ত্যতে চিত্রং লেখরঙ্গে জড়োঽপ্যহম ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

বন্দে — খুরুমজে, চৈতন্যদেবম্ — শ্রীচৈতন্যদেববু, তম — মহাকপু, ভগবন্তম্ — ভগবানবু, যৎ-ইচ্ছয়া — মহাক্কী অনীওবনা ; প্রসভম্ — খঙহৌদনা, নর্ত্যতে — জগোই শাই, চিত্রম — অঙকফংনা, লেখরঙ্গে — ইবগী ফম্বাক্তা, জড়ঃ — লেঙ-খোৎপা ঙমদবা, অপি — সু, অহম্ — ঐহাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী থৌজান্না লেঙ-খোৎপা ঙমদবা ঐসু-নসু লাইরীক-ইবা কৌবা ফম্বাক্তা খঙহৌদবমখৈ অঙকফনা জগোই শাজবি, অদুগুম্বা ভগবান শ্রীচৈতন্য-দেবদা ঐনা খুরুমজবি।

### মূল ২

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্র।

জয় জয় পরমানন্দ জয় নিত্যানন্দ ॥ ২ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয় — খুরুমজে, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু, গৌরচন্দ্র — (মাগী মিংনা) গৌরচন্দ্র, জয় জয় — খুরুমজে, পরমানন্দ — খমথেংবা নুংঙাইবগী মছক ওইবা, জয় — খুরুমজে, নিত্যানন্দ — শ্রী নিত্যানন্দ প্রভুবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌরচন্দ্র হায়না খঙনবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু খুরুমজে। খমথেংবা নুংঙাইবগী মছক ওইবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু খুরুমজে।

## মূল ৩

জয় জয় অদ্বৈত আচার্য্য কৃপাময়।

জয় জয় গদাধর পণ্ডিত মহাশয় ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজে, অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈত প্রভু আচার্য্য—মছানা তৌবতু তম্বিবা ওজা, কৃপাময়—থৌজান-হৈবা জয় জয়—খুরুমজে, গদাধর—শ্রীগদাধব; পণ্ডিত—লাইবীক হৈবা মী, মহাশয়—পুকচেল-চাউবা মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থৌজান্-হৈবা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুবু খুরুমজে। অতুগা শ্রীগদাধব পণ্ডিত মহাশয়বু খুরুমজে।

## মূল ৪

জয় জয় শ্রীবাসাদি যত ভক্তগণ।

প্রণত হইয়া বন্দো সভার চরণ ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজে, শ্রীবাস আদি—শ্রীবাসনচিংবা, যত—লৈরম্বা কয়া, ভক্তগণ—ভক্তশিং প্রণত হইয়া - নোলুক্না, বন্দো—খুরুমজে, সভার - পুম্নমক্কী, চরণ—খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাস-নচিংবা ভক্ত লৈবা খিবিক্তা খুরুমজে, মখোযগী খুযাখাদা নো-লূক্না খুরুমজে।

## মূল ৫

মূক কবিত্ব করে যা-সভার স্মরণে।

পঙ্গু গিরি লঙ্ঘে, অন্ধ দেখে তারাগণে ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

মূক—লোম্ভোক্লবা মীনা, কবিত্ব করে—কবিগী থবক তৌয়ি;

যা সভার—মখোয় পুন্নমকপু, স্মরণে - নীঙশীঙবদা, পঙ্গু—খোঙতেকপনা, গিরি—চীঙ, লঙ্ঘে—লাম্হোকয়ি, অন্ধ—মীত্তাংবনা, দেখে—উই; তারাগণে—থরাম্মচাকশিংবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( পঞ্চতত্ত্ব ) পুন্নমকপু নীঙশীঙবদদা লোম্হোক্তবনা শৈরেঙভী, খোঙ-তেকপনাা চীঙ কাত্নুনা লাম্হোকযি, মীত্তাংবনা থরাম্মিচাকশিংবু উই।

## মুল ৬

এ সব না মানে যেই পণ্ডিত সকল।
তা-সভার বিদ্যাপাঠ ভেক-কোলাহল।। ৬।।

## শব্দার্থ

এ—অসি, সব - পুন্নমক না মানে - যাদে, যেই—মখোয অদো, পণ্ডিত সকল - পণ্ডিত পুন্নমক তা-সভার—মখোয পুম্বগী, বিদ্যা-পাঠ—মহৈ তম্নহু, ভেক - হঙোইগী, কোলাহল—চরাঙনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি পুন্নমকপু ( পঞ্চতত্ত্ব, হায়বদি পঞ্চতত্ত্বসি ঈশ্বর-নী হায়ববু পঞ্চতত্ত্বগী কৃপাগী অঙকপা শক্তিবু ) যাদবা পণ্ডিত পুন্নমক লৈরিবদো—মখোযনা মহৈ তম্নবদুদি হঙোই খোঙবগী চরাঙনবগুম্বনী।

## নৈনরোল

নোংজুথাদা হঙোইনা খোঙবত্নুনা মখোযগী করিমতম্ব কান্নদে, থোইনত্নুম মাঙননবগী মরম্না, মখোযনা খোঙবত্নু নাকোঙনা তারগা লিল্লাক্নুনা হঙোইশিংগী প্রলয তৌয়ি। মতৌ অদুগুম্না পঞ্চতত্ত্ববু ঈশ্বরনী হায়না লৌদবা অদুগা মখোযগী অঙকপা শক্তিবু থাজদবা পণ্ডিতশিংনুনা তম্নবা হৈকবা বিদ্যাদু অরেম্বনী। মখোয়গী তোংজবদি লায়রনুনা মখোয়গী পণ্ডিত ওইবগী নাপল লৈবা মরম্না ভগবানগী খুয়াথাদা অপরাধ অমা তৌবগী ফল ওইনা মখোয় অসুম অসুম শ্রীভগবানগী মায়কৈদগী হন্দোকয়ি।

## মুল ৭

এ সব না মানে যেবা—করে কৃষ্ণভক্তি।
কৃষ্ণ কৃপা নাহি তাবে—নাহি তার গতি। ৭॥

### শব্দার্থ

এ সব—অসি পুম্ববু ( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-নচিংবা পঞ্চতত্ত্ববু ), না মানে—য়াদে, যেবা—মহাক অত্থুনা, করে—তৌয়ি, কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণগী সেবা, কৃষ্ণকৃপা—কৃষ্ণগী থৌজাল, নাহি—লৈতে, তাবে—মঙোন্দা, নাহি—লৈত্রে, তার—মহাক্কী, গতি—অন্নান্ খুভম ( উদ্ধার )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি পুম্ববুদি ( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—নচিংবা পঞ্চতত্ত্ববুদি ) য়াদ্রগা কৃষ্ণ ভজনগী অনুষ্ঠানদি তৌবা, অত্থুগুম্বা মীদা কৃষ্ণনা কৃপা তৌবিদে, অদুংম্বা মীত্থুগী উদ্ধার লৈত্রে।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা খেন্নদে। অত্থুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু য়াদবা হাযবসে তশেংনমক শ্রীকৃষ্ণবু যাদবনী। নত্রগা, রাধাগী ভাবকা কান্তিগা তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণত্থুনী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসে, শ্রীকৃষ্ণদা রাধাগী ভাব কান্তিসি য়াওদবনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা শ্রীকৃষ্ণদগী হেন্না থোইদোকপা অমা ওইবি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু য়াদবসি থোইদোক্পা শ্রীরাধাগী ভাব-কান্তিবু যাদবনী। মত্থম তৌবনা শ্রীকৃষ্ণগী হুংশিথোইবা শ্রীরাধাগী ভাব অমসুং কান্তিবু থৌশাদবা হাযবত্থু ওইরে, মরমত্থুনা রাধাদা থরাই হেজনগ্রবা শ্রীকৃষ্ণনা মখোযবু কৃপা তৌবিদে।

## মুল ৮

পূর্ব্বে যৈছে জরাসন্ধ আদি রাজগণ।
বেদ-ধর্ম্ম করি করে বিষ্ণুর পূজন॥ ৮॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা, যৈছে—মতৌংঙ্মা, জরাসন্ধ—জরাসন্ধ নিংথৌ, আদি—নচিংবা, রাজগণ—নিংথৌশিং, বেদ-ধর্ম্ম—বেদনা তাকপা কর্ম্ম, করি—তৌত্থুনা, করে—তৌয়ি, বিষ্ণুর পূজন—বিষ্ণুগী পূজা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাংঙৈগুদা ( কংসগী মকুবোক ) জরাসন্ধ নিংথৌ-গুম্বা নিংথৌশিংনা বেদনা তাকপা কর্ম্মশিংদু তৌদুনা ভগবান বিষ্ণুগী পূজা তৌখি।

## মূল ৯

কৃষ্ণ নাহি মানে, তাতে দৈত্য করি মানি।
চৈতন্য না মানিলে তৈছে দৈত্য তারে জানি। ৯ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণবু, নাহি মানে—য়াদে, তাতে—মতুদা, দৈত্য—হিংচাবা, করি—হায়দুনা, মানি—লৌয়ি, চৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু, না মানিলে—য়াব্রবদি, তৈছে—মতৌ অদুগুম্বা, দৈত্য—হিংচাবা, তারে—মাবু, জানি—খঙঙী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবান্নী হায়না য়াদবা মীবু হিংচাবনী হায়না লৌয়ি। মতৌ অদুগুম্বা, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু কৃষ্ণমক্কী হায়না লৌদবা মীদুদি হিংচাবা অমনী হায়না খঙনগনী।

## তৈনবোল

জরাসন্ধ, শিশুপাল নিংথৌশিংনা বেদ-না তাকপা কর্ম্ম তৌয়ি, বিষ্ণুবু ভগবান্নী হায়নসু য়াই অদুগা হৌনবী মতুঙ ইন্না বিষ্ণুবু সেবা-পুজানচিংবা তৌয়ি, অদুবু মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্নী হায়বসিদি য়ারমদে। মরমদুন মখোয় দৈত্যনী হায়না খঙনরম্মী। মতৌ অদুগুম্বা, বেদ-না তাকপা কর্ম্ম তৌবা, অদুগা বিষ্ণুগী সেবা-পূজাসু মতৌবা করি হায়নী শ্রীকৃষ্ণ ভজনগী হৌনবী কর্ম্মসু তৌবা মীতাশিংনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু ভগবান্নী হায়না লৌমীতত্রবদি মখোযদুবুসু দৈত্যনী হায়না লৌগনী। বিষ্ণুভক্তিগী চুম্ন-তৈনবা শাস্ত্রং চংপা মীশিংবু দৈত্য ( হিংচাবা ) কৌয়ি। বিষ্ণুভক্তো ভবেদ্দৈবঃ আসুরস্তদ্বিপরীতঃ।

[1] কনাগুম্বনা নিংথৌরেনবু মানিনবা অদুগা নিংথৌরেনগী প্রাথনী ওন্ন-তৈনবা ওংক চংলগা, মহাক্না নিংথৌরেনগী প্রতিনিধি হায়রবদি অমত্তং অংবা ( অগুম্বা ) কর্ম্মচারী অমবু থাম্না নুংনা ভক্তি তৌরবা মাঙবা মহাকপু

রাজদ্রোহী ( নিংথৌগী য়েক্কবা ) অমনী হায়, কদোঐদম্ মাবু রাজভক্তনী হায়দে—মতৌ অদুগুম্না, স্বয়ং ভগবানবুদ্ধি ভগবান্ মত্তে হায়রগা অতোপ্পা ভগবৎ-স্বরূপ অমবুদ্ধি সেবা-পূজা তৌবা মীতাদুবু ভক্তনী হায়বা য়াদে—মহাক্তু দৈত্যগী পূকচেন চেন্‌বা মীনী হায়না খণ্ডনগনী। মখোয়না তৌরিবা সেবা-পূজাদো উপাম্নী মখোগ্ত ককথৎলগা মতোন্দা ঈশীং চাইবৎম্না অরেম্বদা মাঙহনা তোক্লে।

## মূল ১০

মোরে না মানিলে সব লোক হবে নাশ।

এই লাগি কৃপার্দ্র প্রভু করিলা সন্ন্যাস ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

মোরে—ঐবু ( শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু ), না মানিলে - য়াদ্রবদি ; সব --পুম্নমক ; লোক—মী , হবে নাশ—মাঙলগনী , এই লাগি—মবমসিনা , কৃপার্দ্র—নুংশি-হৈবা , প্রভু—চৈতন্য মহাপ্রভুনা , করিলা সন্ন্যাস—সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌখিবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়—"ঐহাকপু য়াদ্রবদি য়াদবা মী পুম্নমক মাঙলগনী।" (মাগী বা) অসিগীদমক নুংশিহৈবা প্রভুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌখি।

## তৈনবরোল

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু ভগবাননী হায়না লৌদ্রিবা মীতাশিংনা মহাকপু সন্ন্যাসীনী হায়না খল্লগা মঙোন্দা খুরুম্বগা তৌরবদি মখোয়গী অরাবা কোকনী, মখোয় অরান-খুভম ফংগনী। রাখল অসি খন্দুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাসী ওইখিবনী।

## মূল ১১

সন্ন্যাসি বুদ্ধ্যে মোরে করিবে নমস্কার।

তথাপি খণ্ডিবে দুঃখ, পাইবে নিস্তার ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

সন্ন্যাসি বুদ্ধ্যে—সন্ন্যাসীনী হায়না খল্লগা ; মোরে—ঐঙোন্দা ; করিবে—তৌগনী ; নমস্কার—খুরুম্বা , তথাপি—মরমদুনা , খণ্ডিবে—কোকনী , দুঃখ—অবাবা ; পাইবে—ফংগনী ; নিস্তার—অরান্-খুভম ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়—"ঐবু সন্ন্যাসীনী হায়না থওহনা মখোয়ন। ঐঙোন্দা খুরুমজনী, মরমহুনা মখোয়গী অৱাবা কোকনী অমসুং অয়ান-খুভম ফংগনী।"

## মুল ১২

হেন কৃপাময় চৈতন্য না ভজে যেই জন।
সর্ব্বোত্তম হৈলেও তারে অসুরে গণন ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

হেন—অসিগুম্বা, কৃপাময—থৌজাল-হৈবা, চৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু; না ভজে—নিংদে; যেই জন-মী অহুনা; সর্ব্বোত্তম—খ্বাইদগী হেনবা মী, হৈলেও—ওইরবসু, তারে—মহাকপু, অসুরে—দৈত্যলক্তা, গণন—মশীঙ চন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিগুম্বা থৌজাল-হৈবা শ্রীচৈতন্যবু ভজন তৌদ্রবা মীহুনা মীয়ক্তা মক্কোক ওইহুনসু মহাক দৈত্যলক্তা শীঙজন্‌গনী।

### হৈনন্দোল

ক'রিগুম্বা ভগবৎস্বরূপ অমবু ভগবৎস্বরূপনী হায়না যাদহুনা থৌশাদ্রবদি থৌশাদবা মীহুনা লাৎচরিবা ভগবৎ-স্বরূপ অহুগী কৃপাসু ফংবা য়াদে। কনাগুম্বনা মাগী উপাস্য ভগবৎস্বরূপ অহু নত্তৰা অতোপ্পা ভগবৎস্বরূপ অমবু থৌশাদবা তৌরুদ্রগদি মানা মাগী উপাস্য ভগবৎস্বরূপ অহুবু বিধি চুম্না উপাসনা তৌবা মতমদা শোয়দনা মানা পামজবা পোং অহু ফংগনী।

## মুল ১৩

অতএব পুনঃ কহোঁ ঊর্দ্ধবাহু হৈয়া।
চৈতন্য নিত্যানন্দ ভজ কুতর্ক ছাড়িয়া ॥ ১৩ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমহুনা, পুনঃ—অমুক হন্না, কহোঁ—( ঐনা ) হায়রি,

উর্দ্ধবাহু – পাখোম রাংনা থাঙ্গৎপা , হৈয়া— ওইদুনা , চৈতন্য – শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ; নিত্যানন্দ শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ; ভজ ভজন তৌ ; কুতর্ক— ওইদবা ময়ৈ , ছাড়িয়া—থাদোক্লুবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমসনা ঐনা ( গ্রন্থকারনা ) পাখোম রাংনা থাঙ্গৎদুনা হন্না অমূক হায়রিবসিনী—ওইদবা ময়ৈ থাদোক্লুনা শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু ভজন তৌও ।

নৈনরোল

শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দগী করুণা ( মীনুংশি, থৌজাল ) পুম্নমক্কী কাহেন্না লৈরিবনী হায়দুনা মখোয়নীবু ভজন তৌননবা ময়াম পুম্নমকপু কৌরগা হায়রিবনী ।

জীবগী চিত্তবু চিংশন্নবা ভগবাননী লৈরিবা গুণ ময়ামদুগী মনুঙদা করুণা হায়বসিনা পুঙহেন্-হেনবা গুন্না । জীবগা ভগবানগা অনীগী লংদাইনী করুণা হায়বা গুণ অসিনা । ভগবান রসিক ওইবা য়াই, রস-স্বরূপ-সু ওইবা য়াই , অদুবু জীবনা মহাকপু ফংননবা মহাক্না জীববু মতীক চাহন্দ্রবদি মদুদা জীবগী করি কান্নগদগে ? কাক অমনা অমুনবা হৈ-খাগোক অমবু য়েংদুনা লৈবা, চাবদি থক ফংদবা, অদুগী মতোংগুম্না ভগবান্না করুণা চেন্নমন্ত্রবদি মহাক্কী গুণ অক্তে মশীঙ লাকওমদনা লৈদুনমু জীবনা করিগুম্বা কান্নবা অমতা ফংলম্লোই , মানা মাগী করুণা অদুতনা জীবগী মফমদা মহাকপু ফংহনবনী, মহাকপু সেবা তৌবা জীবনা ফংজগনী । করুণা অসি ভগবৎ-স্বরূপ অতোম্বগী হেন্না শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দদা পুঙহেন হেনা লৈ, মরমসিনা গ্রন্থকার কবিরাজ গোস্বামীনা মী পুম্নমকপু কৌরগা হায়রি— কুতর্ক থাদোক্লুনা নখোয় গৌর-নিত্যানন্দবু ভজন তৌ ।

শ্রীকৃষ্ণগী ভজন থাদোক্লুনা শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দগী ভজন্তমক তৌ হায়বদু গ্রন্থকারগী মত্ত নত্তে । মরমদি, শ্রীকৃষ্ণ-ভজন তৌ হায়দুনা শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দ অনীম্না হজন হজন হায়রম্মী । অদুনদি মাগী মত অশেঙবদি অসি ওইবা তাই, মদুদি—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী য়াথং মতুঙ ইন্না শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌবগা লোয়ননা শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দবুসু ভজন তৌবা হায়বসিনী ।

## মূল ১৪

যদি বা তার্কিক কহে— তর্ক সে প্রমাণ ।
তর্ক-শাস্ত্রে সিদ্ধ যেই, সেব্যমান ॥ ১৪ ॥

### শব্দার্থ

যদি—বদি , বা— নত্রগা , তার্কিক—তর্ক পণ্ডিতনা ; কহে— হায় ; তর্ক—মরৈনা ; সে— মহু , প্রমাণ—প্রমাণ ; তর্কশাস্ত্রে— তর্কশাস্ত্রনা ; সিদ্ধ—ওইরবা, থোক্লবা , যেই—মহু , সেই— মহু , সেব্যমান—পূজা-তৌফমী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তর্কশাস্ত্রগী পণ্ডিতশিংনা 'তর্কনা প্রমাণ হাযবহুনী' হায়না—হায়রবদি তর্কশাস্ত্রতনা য়াররবা—অহুতবু পূজা-তৌকম্নী হায়না লৌবা তাররবরা ?

## মূল ১৫

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য দয়া করহ বিচার ।
বিচার করিলে চিত্তে পাবে চমৎকার ॥ ১৫ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-দয়া—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী থৌজাল ( মীনুংশি ) , করহ—তৌ , বিচার- খন্থবা , বিচার করিলে—বিচার তৌরগদি , চিত্তে—থম্মোইদা , পাবে – ফংগনী , চমৎকার—ঙকপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী লৈরিবা দযা ( মীনুংশি ) অহু অমুক্তা খন্দুনা য়েংঙু । বিচার তৌহুনা য়েংলগদি থম্মোইদা য়াম্না ঙকনী ।

### নৈনরোল

কনাগুম্বনা হায়বা য়াই—"কবিরাজ গোস্বামীগী মরা লৈরগা শ্রীগৌরনিত্যানন্দবু ভজন করিগীদমক তৌগদৌরিবনো ? শাস্ত্রগী শক্তি ইম্না বিচার তৌবদা গৌরনিত্যানন্দ অনীবু ভজন তৌফম থোক্লিহায়না প্রমাণ ফংলবদি মথোক্কু ভজন তৌবা য়াই ।" মদিগী পাউখুম ওইনা গ্রন্থকারনা

হায়রি—"কৈ কৈ, বিচার তৌ। ভগবৎ-স্বরূপ করম্ববু ভজন তৌবা তারে হায়না লেপ্পা তারবদি ভগবৎ-স্বরূপ করম্বদা করুণা পুঙহেন্ হেন্না ফোঙ দোকপগে হায়বত্থু য়েংবা তাই। খ্বাইদগী হেন্না করুণা ফোঙদোক্লিবা স্বরূপ অদু ভজন-তৌফম্মী। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী করুণাগী বা বিচার তৌরগদি ঙকনী, করিনা মহাক্না ফোঙদোকখিবা করুণাগুম ফোঙদোকখিবা ভগবৎস্বরূপ অমুত্তম্ব করিগুম্বা খুগ-তম্ব উবা ফংদে।

## মূল ১৬

বহু জন্ম করে যদি শ্রবণ কীর্ত্তন।

তবু নাহি পায় কৃষ্ণপদে প্রেমধন ॥ ১৬ ॥

## শব্দার্থ

বহু—অয়াম্বা, জন্ম—মপোক, করে—তৌযি, যদি—বদি, শ্রবণ—নাকোঙনা তাবা, কীর্ত্তন—শকশোন্বা, তবু অদুম ওইনমক, নাহি পায়—ফংদে, কৃষ্ণপদে—কৃষ্ণগী খুয়াদা; প্রেমধন—কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বা লন্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপোক য়াম্না শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌরবকাওবদা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াথাদা নুংশিবা হাযবত্থু পোক্তে ( করিগুম্বা অনাসক্ত ওইনা নাম শোল্লিবা মীত্থুগী )।

## টীকাসোল

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী করুণা হায়বদি কৃপাদি মমাঙৈঙদা ওইখিদ্রিবা মত্তৌনী হায়বত্থু মরু ওইনা বিষয় অমনা উংলী, মত্থুদি অসিনী। কৃষ্ণপ্রেম (কৃষ্ণবু নুংশিবা) হাযবসে য়াম্না রানা ফংগদবা পোত্তানী, শ্রীমন্মহাপ্রভুনা নুংশিবিত্থুনা ( কৃপা তৌবিত্থুনা ) য়াম্না রানা ফংগদবা কৃষ্ণ-প্রেম অত্থুবু পাপী-তাপীনচিংবা মী পুম্নমক্কী মফমদা য়াম্না লাঙ্গনা ফংহন্বিরম্লে। মসিনী জীবগী মফমদা উৎপা মাগী কৃপাগী থোইদোকপা মত্তৌ। করম্না য়াম্না তাঙলবা কৃষ্ণপ্রেম অত্থুবু মহাক্না য়াম্না হেয়োঙনা ফংহন্বগে হায়বত্থুগী বা মথং মথং হায়রি।

মহৌশাম্না মীওইবা মরক্তা মী মথল অনী লৈ অত্থুদি—বৈষ্ণব-অপরাধ নত্রগা নাম-অপরাধ লৈবা মীত্তা মথল অমা অত্থুগা অপরাধ-লৈতবা মীত্তা মথল অমা। অপরাধ-লৈতবা মীগী মরক্তসু মথল অনীথক লৈ, মখোয়থুদি

পাপ চেন্দবা অমা অদুগা পাপকী থবক তৌবা অমা ; পাপ-চেন্দবা মীগী চিত্তসি বিশুদ্ধনী। সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যখোয়গুবসি পাপ-চেন্দবনী ; অদুনা মাংনা লাঙৈনা মখোয়গী চিত্তদা কৃষ্ণপ্রেম পোকপা ওমী। অদুগা জগাই-মাধাইগুম্বা পাপীনা করি গুম্বা অনুতাপ ( পাপ তৌখিবগী নুংঙাইতবকথা ) পোক্রগদি, মত্রগা শ্রীনামকীর্ত্তন তৌবনচিংবা তৌরগা থরদং হোৎনরগা করি হায়নী নামাভাসগী মতেঙনা মখোয়গী পাপ কোকখি ; মখোয়গী চিত্তদু কৃষ্ণপ্রেম পোকপগী মতৌকচাবা মফম ওই। মতৌ অসুম্না অপরাধ-লৈতবা মীনা থরদং হোৎনরগা তাঙখ্রবা কৃষ্ণ-প্রেমবু লাঙৈনা ফংগনী। শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দ অনীনা পাপীশিংগী চিত্ত শেংদোকপিরগা মখোয়দা প্রেমদান তৌখিরম্মী। অদুগা অপরাধী ওইবা মীশিংগী অপরাধ কোক্রবা প্রেম ফংবগী মতৌক-চাবা চিত্ত চেন্নবা ব্যর্থ ওইরোইদৌবা উপায়সু প্রভুনা তাকপিরম্মে ; মতৌ অসুম্না অপরাধ-লৈবা-লৈতবা পুম্নমক্তা প্রেমদান প্রভু গৌর-নিত্যানন্দনা তৌরম্মে।

## মূল ১৭

জ্ঞানতঃ সুলভা মুক্তির্ভুক্তির্যজ্ঞাদি পুণ্যতঃ।
সেয়ং সাধন সাহস্রৈর্হরিভক্তিঃ সুদুর্লভা ॥ ১৭ ॥

## শব্দার্থ

জ্ঞানত.—জ্ঞানমার্গগী সাধন তৌবনা, সুলভা—লাইনা ফংবা (ওই) ; মুক্তি.—অরানখুভম, ভুক্তিঃ—ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা ফংবা, যজ্ঞ-আদি—যজ্ঞ তৌবনা, পুণ্যত.—পুণ্যকর্ম্ম তৌবনা, সা মহু ; ইয়ম্—মসি ; সাধনসাহস্রৈঃ—সাধন লীশীঙনা হরিভক্তি হরিবু নীঙবা ( প্রেমভক্তি—নুংশিনা নীঙবা ), সুদুর্লভা—তাঙনা ফংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জ্ঞানমার্গগী সাধন তৌরগা মুক্তি লাঙৈনা ফংগনী, যজ্ঞ নচিংবা পুণ্যকর্ম্ম তৌরগা লাঙৈনা স্বর্গ-নচিংবা ভুক্তিসু ফংগনী, অদুবু হরিভক্তিদি সাধন লীশীঙ-লীশীঙ তৌবনসু তাঙনা ফংগনী হায়বদি সুকক্কমক ফংদে।

## নৈনরোল

সাধনসাহস্রৈঃ-সাধন লীশীঙ লীশীঙনসু। মসিদা হায়রিবা সাধনসে অনাসঙ্গ সাধন-বু হায়রিবনী। সাধন মথল অনীনী, মদুদি—সাসঙ্গ সাধন হায়বা অমা অদুগা অনাসঙ্গ সাধন হায়বা অমা। সাসঙ্গ-শব্দগী

মতাংদা শ্রীজীবগোস্বামীনা হায়—"সাসঙ্গত্বনৈপুণ্যেন বিহিতত্বমিত্যেষ বাচ্যং, তন্নৈপুণ্যঞ্চ সাক্ষাদ্ভজনে প্রবৃত্তিঃ—নৈপুণ্যগা লোয়ননা পাংথোকপা ওইরবদি সাধন অদু সাসঙ্গ কৌয়ি, শ্রীহরিগী সাক্ষাৎভজন তৌনীঙবদু নৈপুণ্য কৌয়ি। অদুগদি উবা ফংলে মতুদি—"ঐহাকসি শ্রীহরিগী মমাংদা ( সাক্ষাতা ) লৈরবনী, মমাংদা লৈদুনা মহাক্কী শ্রীতিগীদমক ( পেমনবগী-দমক ) ঐহাক ভজন-অঙ্গ পাংথোক্লিবনী"—অসিগুম্বা অনুভূতিগা লোয়ননা তৌবা ভজন অদুবু সাসঙ্গ ভজন কৌয়ি। অসিগুম্বা ভাব নত্রগা অনুভূতি য়াওদবা ভজন অদুবু অনাসঙ্গ সাধন কৌয়ি, অসিগুম্বা অনাসঙ্গ সাধনদি হরিভক্তি ফংবা য়াদে। শ্রীশ্রীহরিভক্তিবিলাসনসু হায়রি—"ভূতশুদ্ধি নত্তনা বিধি চুম্না তৌরবা জপ-হোম-নচিংবসু মহৈ য়াদে।" অদুগা ভক্তি সন্দর্ভদা শ্রীজীব গোস্বামীনা ইরম্মী মতুদি—"পার্ষদদেহ চন্তাতনা ভক্তি-মার্গগী সাধকশিংগী ভূতশুদ্ধি ওই।" অসিদগী খঙবা ঙমদি অসিনী—পার্ষদদেহ ( মছামক্কী অন্তশ্চিন্তিত সিদ্ধদেহ ) অদু খন্দুনা দেহে অদুদা লাৎচরিবা লাই ( উপাস্যদেব ) অদুগী মমাংদা ( সাক্ষাত্তা ) লৈরগা মাগী প্রীতিগীদমক ( পেমনবগীদমক ) শ্রীশ্রীনামকীর্তনচিংবা ভজন-অঙ্গ তৌরিবনী হায়বা চিন্তাসিগা লোয়ননা তৌবা ভজনগী কৃপাদগী সাধক অদুগী চিত্তদা লৈরম্বা কৃষ্ণভক্তি নত্তবা অপাম্বা পূম্নমক মথৎ মথৎ ওইনা কোক্লবা মতমদদা চিত্তদা ভক্তি পোক্লনী, মতুগী মমাংদদি পোক্লোই। মরমদুনা হায়রিবনী—সাসঙ্গ ভজন-দসু "হরিভক্তি সহসা অদেয়া—হরিভক্তি খংপী পীগদবা নত্তে। —বিলম্বে দেয়া—থীম্না পীগদবনী হায়বদি থম্মোইদগী ভুক্তি মুক্তিগী কামনাদু কোকপা ফাওবা থীহনা পীগদবনী।" অসিগুম্বা সাসঙ্গ ওইদবা ভজন অদুবু অনাসঙ্গ ভজন কৌয়ি মতুদি মহৈ-য়ান্দবা ভজনী—মতুগুম্বা ভজনা করিগুম্বা মতমদা হরিভক্তি ফংবা য়াদে, প্রেম ফংবা য়াদে। অদুনা সাধনসাহস্রৈর্হরির্ভক্তিঃ সুদুর্লভা হায়রিবনী।

## মূল ১৮

কৃষ্ণ যদি ছুটে ভক্তে ভুক্তি মুক্তি দিয়া।
কভু প্রেমভক্তি না দেয় রাখে লুকাইয়া ॥ ১৮ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; যদি—যদি ; ছুটে—তেল্লী ; ভক্তে—ভক্তদা ;

ভুক্তি—হন্দক মপোক্কী হুংঙাইনবা লম্মুম নত্রগা হুয়েংমুক্কী মপোক্কী স্বর্গ-নচিংবা সুখ-ভোগ মুক্তি- অয়ান-খুভম দিয়া—পীরগা , কভু—কদৌইঙেদসু , প্রেমভক্তি— কৃষ্ণবু মুংশিনা নীঙবা , না দেয়—পীদে , রাখে—থম্মী , লুকাইয়া—লোৎতুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী ভুক্তি নত্রগা মুক্তি ফংতুনা পেল্লগদি শ্রীকৃষ্ণসু ভুক্তি-মুক্তিদু ভক্তদুদা পীরগ। চেম্বোকয়ি , কদৌইঙেদসু প্রেমভক্তি পীদে, মদু লোৎতুনদুম থম্মী ।

## মৈনরোল

ভাক্তগা মুক্তিগা ফংনীঙবদু লৌ'রবমখৈদি কনাগুম্বা ভক্ত অমতনা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিংনা নীঙবা ( প্রেমভক্তি ) হায়বদুগী মতীক-চাবা ওইদে । প্রেমভক্তিসে ফংবদি য়াই হায়ববু লাইনা ফংবা যাদে ? ভুক্তি মুক্তিবু পাম্বা কোল্লগদা ফংগনী ।

### মুল ১৯

রাজন পতির্গুরলং ভবতাং যদূনাম
দেবং প্রিয় কুলপতিঃ ক্ব চ কিঙ্করো বঃ ।
অস্ত্বেবমঙ্গ ভগবান ভজতাং মুকুন্দো
মুক্তিং দদাতি কর্হিচিৎ স্ম ন ভক্তিযোগম ॥ ১৯ ॥

### শব্দার্থ

রাজন—হে মহারাজ পরীক্ষিৎ , পতিঃ—মপু গুরুঃ—গুরু , অলম্—লেপ্লমক , ভবতাম্ নখোয়গী , যদূনাম যদুবংশংগী , দৈবম উপাসনা তৌনঙাই ভগবান , প্রিয়ঃ—মুংশিংবা , কুলপতি—শাগৈগী মাকোক ক্ব—করিগুম্বা মতমদা , চ—সু , কিঙ্করঃ—পাউখোল্লোই , বঃ—নখোয়গী , অস্তু—ওইসনু , এবম—অসুম্না , অঙ্গ— হে অঙ্গ , ভগবান্—ভগবান , ভজতাম—নীঙলিবশিংগী , মুকুন্দঃ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ , মুক্তিম—অয়ান-খুভম , দদাতি—পীবিযে , কর্হিচিৎ- কদৌইঙেদসু , স্ম ন—ওইদে হায়বদি পীদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ ! ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি নখোয়গী ( পাণ্ডবশিংগী )

অমম্নুং যদুশিংগী পালনকর্ত্তানী, উপাস্যনী ( নীঙজবা লাইনী ), ঙুংশিবনী অদুগা শাগৈগী মকোক্নী ( কুলপতিনী ), করিগুম্বা মতমদস্তু দূতনচিংবগী থবক্তা নখোযগী ( পাণ্ডবশিংগী ) য়াথং ইনবা পাউথোক্লোই ওই, অসুম্না ওইরবস্তু মাবু নীঙবা মীশিংদা মহাক্না মুক্তি দান তৌয়ি ভক্তিদি ( প্রেম-ভক্তিদি ) পীদে ।

## তাৎপর্য্য

শ্লোক অসি মহারাজ পরীক্ষিৎকী মফমদা শ্রীশুকদেবনা হায়খিবনী ( ভাগবতম ৫/৬/১৮ ) । পাণ্ডব অমসুং যদুশিংগী মথা পোন্না শ্রীকৃষ্ণনা থবক তৌরম্মী এবং নখোযগী প্রেম-ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণবু শুমখিদম্মী । অদুবু অসিগুম্বা প্রেমভক্তিসে শ্রীকৃষ্ণনা মী লোইননা পীদোয়, মহাকপু ভজন তৌবশিংদা সালাকানচিবা ভক্তি পীবিয়ে, তৌইননসু প্রেমভক্তিদ করি-গুম্বদস্তু পীদায । কর্হিচিৎ-শব্দনা তাকপদি করিগুম্বদস্তু পী করিগুম্বদস্তু পীদে হায়বনী । অদুদি করম্বা মতমদা পী ? কনাগুম্বনা সাসঙ্গ ভজন তৌরকপনা মাখায়গী থাম্মোইদগী ভুক্তি মুক্তি পাংদনা হক নাওখিবা মতমদুদা ভজন তৌবা মীদুদা প্রেমভক্তি অসি পী, অদুগা ভুক্তি-মুক্তিবু পাম্বসিনা লবিবা মতমগী মথং পীদে অদুগা সাসঙ্গ ভজন তৌদবা মীশিংদদি মহাক্না প্রেমভক্তি পীদে ।

### মূল ২০

হেন প্রেম শ্রীচৈতন্য দিলা যথা তথা ।
জগাই মাধাই পর্য্যন্ত অন্যের কা-কথা ।। ২০ ।

## শব্দার্থ

হেন—অসিগুম্বা, প্রেম—ভগবানবু নুংশিবা, শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা দিলা—পীখি, যথা তথা—মফম অমদসু অমদসু ; জগাই—জগাই, মাধাই—মাধাই, পর্য্যন্ত—ফাওবা, অন্যের—অতোপ্পগী, কা—করি, কথা—ৱা ( হায়রুনী ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিগুম্বা কৃষ্ণপ্রেমসে শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মফম থুদিংদা মীপুম তিনা পীবিরম্মে । জগাই মাধাই ফাওবা ফংখবে । অতৈগী ৱাদি করিবু হায়রিগে ?

## তাৎপর্য

প্রেম ফংবদা অকায়বা মকোক ওইরিবদি নাম অপরাধ অমসুং বৈষ্ণব-অপরাধ অসিনী। অসিগুম্বা অপরাধ লৈরম্বা মীওয়োন্দা করম্বা প্রেম দান তৌরগনি হায়বসুদি তুংদা লাক্কদবা ৩১ শুব পযারদ যাওরি। মফমসিদনা অপরাধ-লেতবা মীনা প্রেম ফংবগী ব হায়রি। মসুগী খুদমদি জগাই মাধাইনী। জগাই মাধাই অনীস মচিন্মনাওনী ব্রাহ্মণ মচানী, মহাপ্রভুনা প্রকট ওইবা মতমদা মখোয় নবদ্বীপ ধামদা লৈরম্মনী। মখোয়সে মীওংপা অচৌবনী। অসুগা ফত্তবা থবক মক তৌবা মীনি। মখোয়না তৌবদা ফত্তবা থবক অমতা চিংথরমদরে। অসুম্নদি ওইরগা মখোয়গী বৈষ্ণবাপরাধ হায়বসু লৈরমদে শীমন মহা ভুগী যাথ না শ্রীনিতাইচাঁদনে শ্রীহরিদাস ঠাকুরনে যুগওবা অনীসুন মনাক্তা থুংল্লরে মাধাইনা শ্রীনিতাইচাঁদগী মকোক্তা পুনগী মওরুঁ থাজল্লম্মা মকোক কাযহুনা ঈথেও তারম্লে। অসুফাওবদা নিতাইচাঁদদা শাউবমদে। পাস্ট তাবহুনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু চেল্লকুনা ঐশ্বর্য্য প্রকাশ তৌখি, মসুদা শ্রীনিতাইচাঁদনা মাধাইবু কৃপা তৌবিনবা প্রার্থনা তৌখি। নিতাইচাঁদনা শাউদবা অসুগ মকোক থুগাইবা মীগীদমক ভাকপীনবা হায়জরম্ব উদা জগাই-মাধাইগী থম্মোই পেংথরে, অনুতাপকী মৈচাক্তা মখোয়গী থম্মোই চাক্লম্মা অসুগী মথক্তে প্রভুগী ঐশ্বর্য্য অসু উবদা মথবাই বাবচনা কৃপা ভিক্ষা তৌবম্মা, প্রভুনা চানবিহুনা মখোয়গী থম্মোই অমোংপচ কাকহনবিখি অসুগা মখোয়দা প্রেম পীবিখি।

অপরাধদি লেতবা অসুগা পাপী-তাপীদ ওইবা জগাই মাধাইগী মী-ওৎপগী পূকচেন কোকহল্লগা মখোয়গী থম্মোইবু প্রেম-তৃণফম ওইবদা মতক চাহনখবসে মহাপ্রভুগী করুণাগী থাইদোকপা শক্তম অমনী। অতোপ্পা থাইদোকপা অমনা- পাপী-তাপী যাওনা মী পুম্নমক্তা প্রেম-দান তৌনবা হায়হুনা খৌরাংবা- অসিগুম্বা খৌবাংবসে অতে অবতারদা উবা ফংদে।

### মূল ২১

স্বতন্ত্র ঈশ্বর—প্রেম-নিগূঢ়-ভাণ্ডার।
বিলাইল যারে তারে, না কৈল বিচার ॥ ২১ ॥

### শব্দার্থ

স্বতন্ত্র- নীওতন্বা। ঈশ্বর—ঈশ্বর, প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম, নিগূঢ়—য়াম্না

থুম্না, ভাণ্ডার—পূকৈ, বিলাইল—য়েন্থোক্লম্মী, যারে তারে—অমদস্মু অমদস্মু, না কৈল—তৌরমদে, বিচার—অচুম-অরানগী খাথন, মতীক চাবা-চাদবগী খ্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি নীঙ-তম্বা ঈশ্বরনী, অতুগা প্রেমগী অথুম্বা পূকৈনী, অতুনা প্রেম ফংবদা মতীক চাবা চাদবা খন্দবমখৈ মীপুম খুদিংদা প্রেম য়েন্নম্মী।

## নৈনরোল

প্রেমগী পূকৈদু যাম্না থুম্বনী। শ্রীকৃষ্ণলীলাদা প্রেমগী পূকৈসি, আশ্রয় জাতীয় প্রেমগী ভাণ্ডারসি) শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ফাওবা থুম্লেন-থুম্বা পোং ওইখি, মবমদি মহাক্না স্বতন্ত্র ঈশ্বর ওইবনা রস মখল মথেল থোক্না আস্বাদন তৌনীঙবদগী প্রেম-পূকৈসি শ্রীরাধাগী খুত্তা শিন্নবম্মী শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা মহাক্না প্রেম-পূকৈগী মপু ওইবগী থবক্তু মথুংমক্না লৌশল্লে, লৌশল্লগা স্বতন্ত্র ঈশ্বরনা হাযতুনা মনীঙ তম্না আস্বাদন তৌরগা খ্বায়-পূম্নমক্তা অথাকপা লৈতনা য়েন্থোকখ।

## মূল ২২

অদ্যাপিহ দেখ—চৈতন্য নাম যেই লয়।
কৃষ্ণপ্রেমে পুলকাশ্রু বিহ্বল সে হয়॥ ২২।

## শব্দার্থ

অদ্যাপিহ—ঙসি ফাওবা, দেখ—নঙনা উরি, চৈতন্য নাম—শ্রীচৈতন্য হায়বা মিং, যেই—মহাক্না, লয—লৌযি, কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবনা, পুলক—তুচুংনা, অশ্রু—পিরা, বিহ্বল—নমহৎপা, সে—মহাক, হয়—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যগী নাম শোনবা মীদু কৃষ্ণপ্রেমদা তুজুংঙী অতুগা পিরাং শিঙ্থে হাযবসি হৌজিকসু উনরিবসিনী।

### মূল ২৩

'নিত্যানন্দ' বলিতে হয় কৃষ্ণপ্রেমোদয়।
আউলায় সর্ব্ব অঙ্গ, অশ্রু-গঙ্গা বয়॥ ২৩॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ বলিতে—নিত্যানন্দ প্রভুগী মিং শোন্‌বদা, হয়—ওই, কৃষ্ণপ্রেম-উদয়—কৃষ্ণবু মুংশিবা পোকয়ি, আউলায়—মথুম মরাঙ হৌযি, সর্ব্ব-অঙ্গ—হক্চাঙ কাযাৎ লোইনমক, অশ্রু গঙ্গা—পিরাংগী গঙ্গা তুরেল, বয়—চেল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিত্যানন্দ হায়না শোন্‌বদা কৃষ্ণবু মুংশিরকযি, হকচাঙ-পুম্বা মথুম মরাঙ হৌয়ি, পিরাংনা গঙ্গাধারাগুম চেন্থি।

### নৈনরোল

জীবগী অপাম্বা মতুং ইন্না শোনজনবা হায়দুনা ভগবাম্না মমিং য়াম্না যোঙদোকপীরম্মী। মমিং খুদিংমক্তা শক্তি পুম্নমক হাপচল্লম্মী। শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ হাযবসে ভগবান্‌গী শক্তি চেন্‌বা মিংয়ামদুগী মনুঙদা য়াওবা মিং অনীনী। শ্রীচৈতন্য হায়বা মিং অসি শোন্‌বদদা কৃষ্ণ প্রেম পোকয়ি, অদুগুম্না শ্রীনিত্যানন্দগী নাম শোনবদসু শোল্লিবা মীদুগী থম্মোইদা কৃষ্ণপ্রেম পোকযি। কৃষ্ণপ্রেম পোক্লবদা পানগী খুদম ওইনা ভক্তগী হকচাঙদা পিরাং শিন্থবনচিংবা সাত্ত্বিক ভাব থোরকযি। অশ্রুভ-গঙ্গা হাযবসিনা তাকপদি প্রেমগী পিরাংদি স্নিগ্ধ ওই ( ঈঙঙী ) অদুগা পবিত্র ( মোত্তবনী ) হাযনা তাকযি।

### মূল ২৪

কৃষ্ণনাম করে অপরাধের বিচার।
'কৃষ্ণ' বলিলে অপরাধীর না হয় বিকার॥ ২৪॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণনাম কৃষ্ণ হাযবা মিংনা, করে—তৌয়ি, অপরাধের—অপরাধগী; বিচার—রায়েল, কৃষ্ণ—কৃষ্ণ কৌবা মিং; বলিলে—শোল্ল-গদি, অপরাধীব—অপরাধ লৈবা মীগী, না হয়—ওইদে; বিকার—

ফীভম ওনবা হায়বদি প্রেম বিকার—অষ্টসাত্ত্বিকনচিংবা প্রেমগী পানগী বিকার অদুনা থম্মোই-পেৎপা—নচিংবা মুংগী বিকার।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণ নাম্না অপরাধ লৈবরা লৈতবরা হায়না যেংঙী, কৃষ্ণ শোন্‌বনা অপরাধীগী ফীভম ওন্দে।

## লৈনরোল

ভক্ত অমগী অপরাধ লৈরবদি মহাক্না কৃষ্ণ শোল্লবস্থ মাগী থম্মোইদা কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বহ্ন পোক্তে। অপরাধগী মথল অনীনী—সেবা-অপরাধ অমুগা নাম-অপরাধ। গাডীনচিংবা তোংতুনা নক্রগা খোঙউপ-খুডুম তোংতুনা শ্রীমন্দিরদা চৎপনচিংবা সেবাপরাধ মখল কযামুক্কী লৈ অয়াম্বদি শ্রীমূর্ত্তিগী সেবা-পূজানচিংবদা কোমথোকপা নক্রগা শ্রদ্ধা ( থাজবা ) য়াৎনা তৌবা থবক্তবু ওইবা সেবাপরাধদি কোকপা য়াই, মদু অদূক হাক্না শাথিবা অপরাধ নত্তে। অদুবু নামাপরাধদি ইলায় লায়না কোক্তে, মসিনা ভজনগী য়াম্না কায়বা ওই। নামাপরাধগী মখল তরানী, মদুদি, (১) সাধু নিন্দা (সাধুভক্তবু ছন্দুনা ঙাঙবা, (২) শ্রীনারায়ণগী নাম-গুণ অমুদগী শ্রী শিবগী নামগুণশিংবু তোঙাল্লী হায়না খনবা, (৩) গুরুদেববু থৌশাদবা, (৪) হরিনামদা অর্থবাদ তৌবা হায়বদি নাম-মহিমাবু থাগৎপগী দমক পঙহায় হায়গৎপনী হায়না খনবা, (৫) বেদনচিংবা শাস্ত্রবু নিন্দা তৌবা, (৬) নামগী বল শীজন্নতুনা পাপ তৌবা, (৭) ধর্ম্ম, ব্রত, দান, হোম-নচিংবা শুভ কর্ম্মগা হরিনামগা মান্নে হায়না খনবা, (৮) মছানা থাজদবা অমুগা নাকোঙনা তানীঙদবা মীতাদা নাম-গী পাওতাক পীবা, (৯) নামগী মাহাত্ম্য মনাকোঙনা তারবা ফাওবদা নাম পামদবা, অমুগা (১০) নামগী নাপল তৌবা হায়বদি ঐহাক্তি নাম-কীর্ত্তন য়াম্না হেন্না তৌ য, ঐনা মায়কৈ মরিমক্তা নাম প্রচার তৌরি, ঐগুম্না নামকীর্ত্তন কনাস্থু তৌদে হায়না খন্‌বা।

নামাপরাধ লৈবা মীনা কৃষ্ণনাম শোল্লবস্থ মহাক্কী চিত্তদা প্রেম পোক্তে, মরমদুনা প্রেমদগী থোরক্পা থম্মোই-পেৎপা ( চিত্তদ্রবতা ) অমদি পিরাং শিম্বনচিংবা সাত্ত্বিকভাবস্থ মীতুম্দা উবা ফংদে।

## মুল ২৫

তদশ্মসারং হৃদয়ং বতেদং
যদগৃহ্যমানৈ র্হরিনাম-ধেয়ৈঃ।
ন বিক্রেযেতাথ যদা বিকারো
নেত্রে জলং গাত্রকহেষু হর্ষঃ ॥ ২৫ ॥

## শব্দার্থ

তং—মহ্র অশ্মসারম্—য়োৎকুম্না কনবা, হৃদয়ম—থম্মোই, বত ঙ', ইদম—মসি, যৎ—মহ্র, গৃহ্যমানৈঃ—শোম্ন-শোম্নমক, হরিনাম-ধেযৈ—ভগবানগী নামহু ধ্যান তৌহুনা, ন—নত্তে, বিক্রেয়েত—চিত্ত বিকার (থম্মোই পেৎপা ওই, অথ—অহুদগী, যদা—মতমদা, বিকারঃ—শকওনবা, নেত্রে মীত্তা, জলম্—পিরা, গত্রকহেষু—তুদা, হর্ষঃ—হবাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শৌনক ঋষিনা সূতদা হায়খি—হে সূত, শ্রীহরিনাম লৌবগী হায়বদি শোনবগী ফল ওইনা মীৎতা পি, হকচাঙদা তুচুৎবনচিংবা পানগী বিকার (শক-ওন) ওইরবস্ব বিকার-লৈতবা (পেত্তবা) থম্মোইহুদি য়োৎকুম্না চগন্নবনা। (ভাগবতম্ ২/৩/২৪)

## তৈনরোল

মছানা পি-নৌবা মীতাগী হকচাঙদা কপ্পা অমদি মছা-নীকপা করি কবিহম্বদা ওইগল্লী, অহুগা সাত্ত্বিক ভাব হাযবদি থম্মোই পেৎপা হায়বহুদি ৎইদে। মরমহুনা পিরা, শিম্বা ঙাক্লা অহুগা হকচাঙ-নীকপা ঙাক্লা সাত্ত্বিক ভাবকী লক্ষণ নত্তে। থম্মোইবু পেত্রবদি (চিত্তদ্রব ওইহ্রবদি) প্রেম পোক্লে হাযবা য়াদে। থম্মোই-পেৎপতনা (চিত্তদ্রবতা-দনা) প্রেম পোকপগী লক্ষণ ওইগদবনী। মহানুভব-লৈবা মীতা য়ান্না লৈ, মখোয়হু চিত্তদ্রব ওইরবস্ব কপ্তে অহুগা হকচাঙ নীক্কে।

## মুল ২৬

এক কৃষ্ণনামে করে সর্ব্বপাপনাশ।
প্রেমের কারণ ভক্তি করেন প্রকাশ ॥ ২৬ ॥

## শব্দার্থ

এক—অমা, কৃষ্ণনামে—কৃষ্ণনামনা, করে—তৌগ্নি, সর্ব্বপাপনাশ—পাপ পুম্নমক মাঙবা; প্রেমের—প্রেমগী, কারণ থোরক্নবগী মরম; ভক্তি—সাধন ভক্তি, করেন প্রকাশ—থোরকয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপরাধ-লৈতবা মীনা কৃষ্ণনাম অমুক্তং শোনবদা পাপপুম্নমক মাঙডী। প্রেম পোক্নবগী মরম ওইবা সাধন ভক্তি অহু শ্রীকৃষ্ণনামনা প্রকাশ তৌযি।

## মূল ২৭

প্রেমের উদয়ে হয় প্রেমের বিকার।

স্বেদ-কম্প-পুলকাদি গদগদাশ্রুধার ॥ ২৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমের—কৃষ্ণ-প্রেমগী (কৃষ্ণবু নুংশিবা), উদয়ে পোকপদা, হয়—ওই, প্রেমের—প্রেমগী, বিকার—থম্মোই পেৎপনচিংবা সাত্ত্বিক বিকার; স্বেদ—হুমাং, কম্প—হকচাঙ নীকপা, পুলক আদি—তুজুংবনচিংবা, গদগদ খোল লকক্পা, অশ্রুধার—পিরাং শিন্থবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেম পোক্নবদা প্রেমগী লক্ষণ সাত্ত্বিকবিকার ওইরকয়ি। মতুদি—হুমাঙ ওরো ওরো চেন্থবা, হকচাঙ নীকপা, তুজুংবা, খোল লকক্-লকক্ তৌবা, অহুগা পিরাং শিন্থবনচিংবা।

## মূল ২৮

অনায়াসে ভবক্ষয়, কৃষ্ণের সেবন।

এক কৃষ্ণনামের ফলে পাই এত ধন ॥ ২৮ ॥

## শব্দার্থ

অনায়াসে—রানা হোৎনদ্রবসু, ভব—সংসার, ক্ষয়—মাঙবা, কৃষ্ণের সেবন—কৃষ্ণগী সেবা, এক—অমা, কৃষ্ণনামের—কৃষ্ণ নাম উচ্চারণ তৌবগী, ফলে—মহৈ ওইনা, পাই—ফংডী। এত—অসূক, ধন—লন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণনাম অমুকথক উচ্চারণ তৌবদা ইলায়-লায়না সংসার (পোক্ল-শির পোক্লশির তৌবহু) কোকযি অহুগা কৃষ্ণগী সেবাসু তৌবা ফংজে। কৃষ্ণনামগী ফল ওইনা লল অসুক য়াম্না ফংঙী।

## নৈনরোল

অপরাধ-লৈতবা মীনা কৃষ্ণনাম অমুক্তং শোন্বদা মাগী থম্মোইদা কৃষ্ণপ্রেম পোকয়ি, অহুগা। অপরাধ-লৈত্রবা মানা পাপ তৌরবা ফাওবদা কৃষ্ণনাম উচ্চারণগী ফল ওইনা মাগী পাপ ময়ামহু কোক্লনা মাগী চিত্তদা কৃষ্ণপ্রেম পোকয়ি হায়বহু ২৬-২৮ শুবা পয়ার অহুমসিদা হায়রি।

## মূল ২৯-৩০

হেন কৃষ্ণনাম যদি লয় বহুবার।
তবে যদি প্রেম নহে, নহে অশ্রুধার ॥ ২৯ ॥
তবে জানি অপরাধ তাহাতে প্রচুর।
কৃষ্ণনাম বীজ তাহে না হয় অঙ্কুর ॥ ৩০ ॥

## শব্দার্থ

হেন—অসিগুম্বা, কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী কোলোই, যদি লয়—লৌরগসু, বহুবার—য়াম্না হন্না হন্না, তবে—অহুফাওবদা, যদি-বদি, প্রেম নহে—প্রেম পোক্তবা, নহে অশ্রুধার—পিরাং চেন্দবা, তবে—অহু ওইরবদি, জানি-খঙলে, অপরাধ—মবাল, তাহাতে—মঙোন্দা, প্রচুর—য়াম্না লৈবা (ওইরে), কৃষ্ণনামবীজ—কৃষ্ণনামগী মরূ (প্রেম), তাহে—মঙোন্দা, না হয়—ওইদে, অঙ্কুর—ময়োন (চোংবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুক্তং শোনবদদা কৃষ্ণ সেবা ফাওবা ফংবা য়ারিবা, অহুগুম্বা কৃষ্ণনাম অহু য়াম্না হন্না হন্না শোল্লবদসু প্রেম পোক্তবদি অহুগা পিরাং শিন্থত্রবদি (প্রেম পোকপগী পানগী লক্ষণ কপ্পা-হকচাঙ-নীকপনচিংবা ওইত্রবদি) মীহুগী চিত্তদা অপরাধগী ফল য়াম্না তুঙশন্দুনা লৈরে হায়বহু খঙবা ওম্মী। নামাপরাধগী ফল তুঙলিবা থম্মোইহুদা কৃষ্ণনামগী মরূ (প্রেম) অহু ময়োন চোংবা ওমদে।

## মূল ৩১

চৈতন্যে নিত্যানন্দে নাহি এ-সব বিচার।
নাম লইতে প্রেম দেন, বহে অশ্রুধার ॥ ৩১ ॥

## শব্দার্থ

চৈতন্যে—শ্রীচৈতন্য প্রভুদা, নিত্যানন্দে—শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুদা, নাহি—লৈতে, এ সব বিচার—( অপরাধগী ) বিচার পূম্বসি, নাম—হরিনাম, লইতে—লৌবগা, প্রেম—কৃষ্ণবু মুংশিবা, দেন—পীবি (হায়বদি শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ-প্রভুনা নাম-শোনবশিংদা প্রেম পী), বহে—চেন্থে, অশ্রুধার পিরাংগী ঈচেন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনাম শোন্বগী মতাঙদা অপরাধ লৈবা লৈতবগী বিচার লৈবগুম্ ) শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদদি ( অপরাধগী ) বিচার পূম্বসি লৈতে। হরিনাম শোনবগা শোল্লিবা মীদুদা মখোয অনানা কৃষ্ণপ্রেম হেক্তা পী, অদুগা নাম-শোনবা মীদুগী মীৎতগী পিরাং চেন্থে।

## লৈনরোল

পয়ারসি ন কোঙনা ত'রগা লৌবা যাবা অর্থদি অসিনী—কৃষ্ণনামদি অপরাধগী বিচার তৌয়ি অদুগা অপরাধ লৈবা মীদা কৃষ্ণনামনা প্রেম পীদে। তৌইগুম্বসু শ্রীমন মহাপ্রভুগা শ্রীমন নিত্যানন্দ প্রভুগদি অপরাধগী বিচার তৌদে; কনাগুম্বা অমনা হরিনাম লৌবগা মঙোন্দা মখোয অনৌদি প্রেমদান তৌয়ি—অপরাধ-লৈতবদবুদি পীরে—অপরাধ-লৈবা ওইরবসু মঙোন্দা প্রেম অতম পীবিরে। মসিনিদো শ্রীশ্রীগৌরনিত্যানন্দগী কৃপাগী খ্বাইগা মান্নদবা থোইদোকপা মতৌ।

অদুবু পযারসিগী অর্থ অসুম তাবদা থোক্লক্লিবসিগী মতাঙদা মখাদা পীরিবা বিষয়শিং খরাস নৈনফম থোকয়ি। অহান্বদা অপবাধ লৈরিবমথৈদি প্রেম ফংবা য়াদে হায়বসি ভক্তি-শাস্ত্রগী বানী। অপরাধ-লৈবা মীদা প্রেম পীরবদি শাস্ত্রগী বা লঙ্ঘায়বা তারে; মহাপ্রভুদি কদৌঙৈদসু শাস্ত্রমর্য্যাদা লঙ্ঘায় হায়বা নাকোঙনা তাবা ফংদে। অনীশুবদনা, অপরাধ লৈরিবা মতমগী মথৈ চিত্তদা অমকপা লৈ, মতম অনুগী মথৈ চিত্তদু শুদ্ধসত্ত্ব থোকপগী

মতীকচাবা মফম ওইবা ওমদে, মতম অদুগী মখৈ চিত্তদা শুদ্ধসত্ত্বগী মছুকওইবা প্রেম হায়বদুসু পোকপা য়াদে। শ্রীমন মহাপ্রভুনা হায়—প্রেম অসি শ্রবণ তৌকন্নচিংবা ভক্তি—অঙ্গনা মকপা-কোক্লবা চিত্তদুদদা পোকৃয়ি। অদুনদি অপরাধ লৈবা মতমদসু প্রেম পীরবোইদি সত্য-পাম্বা মহাপ্রভুগী রাগা থবক্তা মাম্নদবা ওইরে। অদুমগুম্বদনা, প্রকট-লীলাদসু শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা অপরাধ-লৈবা কনাদসু—অপরাধদুনা লৈরিবমখৈ—প্রেম পীখিদে। মসিগী খুদম থরা পঞ্জরী, (১) পড়ুয়ান্ পাষণ্ডী, কর্ম্মী-নিন্দক-নচিংবগী অপরাধ লৈরম্মী হায়দুনা প্রভুনা পীনীও পীনীওনা মখোয়দা প্রেম পীবা ওমখিদে, মখোয়গী অপরাধ খণ্ডন তৌননবা উপায করিমত। উদ্রবদা মহাক সন্ন্যাস লৌখি—প্রভুবু সন্ন্যাসীনী হাযদুনা মহাক্কী মখোওদা মখোয়না খুকুমজরবদি মখোযগী অপরাধ খণ্ডন ওইবা য়াই হাযবা আশাদগীনী। মসিদগী তশেংনা খণ্ডবা ওম্বদি অসিনী, অপরাধ লৈরিবা মতমদুমখৈ প্রভুনা প্রেম পীখিদে—মতমদুমখৈ প্রেম লৌনবা হাযবদি পুজনবা মপাঙ্গল অপরাধী জন অদুগী লৈতে। (২) ব্রাহ্মণ-মচা গোপাল চাপাল শ্রীবাসগী মফমদা অপরাধ তৌখি, মদুনী ফল ওইনা মাগী হকচাও পুম্বদা কুষ্ঠ তৌখি। অনাবদুগী চৈনাখোন্না লৈক্ষম খণ্ডরদুনা গোপাল চাপালদু নোংমা মহাপ্রভুগী মযমদা য়াম্না নুংঙাইতনা মহাকপু উদ্ধার তৌবিনবা হঙ্গৎচখি। অদুবু প্রভুদি মহাকপু উদ্ধার ( লৌখৎপীবা ) তৌবিখিদে, অদুগী মহুত্তা হায়রকয়ি—"হায় পাপী, ভক্তবু যেংযিবা নিপা নও, নহাকপু উদ্ধার তৌরোই। মপোক কোটিরক নছাদু ত্তীন্না চাশম্লু।" সন্ন্যাস লৌরবা মতুংওদা প্রভুনা কুলিয়া-গ্রামদা লেওলকখিবা মতনদা অমুক হন্না গোপাল চাপালদু প্রভুগী নাক্তা চংজরকখি, মতমদুদা প্রভুনা চান্‌বদুনা হায়রিবম্মী—"শ্রীবাসগী মফমদনী নওনা অপরাধ তৌখিবদি, মহাক্কী মনাক্তা চৎলু, শ্রীবাসনা নওগী অপরাধদু ওাকপিরবদি অদুগা মতুংওদা অমুক হন্না অদুহম্বা অপরাধ তৌদ্রগদি নহাক্কী উদ্ধার ওইগনী।" মসিদগীসু খণ্ডবা ওম্মী—অপরাধ লৈরিবমখৈ মহাপ্রভুনা প্রেম পীদে হায়বসে। (৩) অতৈগী রাদি তোক্লসি, শচীমাতাগী বৈষ্ণব-অপরাধ লৈরম্মী। বিশ্বরূপনা সন্ন্যাস লৌবা মতাওদা শচীমাতানা শ্রীঅদ্বৈতদা পান্নলু হায়দুনা রা অমা হায়খি, হায়খিবা রাদু প্রাকৃত জীবগী মফমদদি অপরাধগী মশক ওইবা যারা রাতানী। জীব-শিক্ষাগীদমক রাদু অপবাধ অমনী হায়না প্রভুনা ফোওদোকখি অদুগা শ্রীবাসমক্তা হায়জরবা ফাওবদা প্রভুনা শচীমাতাদা প্রেম পীখিদে। য়াম্না

হায়জ-খোংচন্নবদা কাযনথগুদা প্রভুনা হাযরকখি—"নাঢাগী (শ্রীঅদ্বৈতগী) মফমদা অপরাধ তৌখ্রে। নাঢানা ঙাকপিরবদি মহাক প্রেম ফংবা য়াগনী।" কৌশল অমদগী শ্রীঅদ্বৈতনা ঙাকপীরবা মতুঙদদা শ্রীশচীমাতাগী দেহদা প্রেমগী বিকার ওইখি—মতুগী মমাঙদদি প্রেম বিকাব খোয়কখিদে।

খুদম পুম্নমক্নিদগী তশেংনা থাজবা য়াবদি অসিনী—অপরাধ লৈবা মতমদা প্রভুনা কদৌঙৈদসু অপরাধ লৈবা কনাদসু প্রেম পীখিদে—অদুগা অপরাধ-লৈবা মতমদা প্রেম পীরবসু অপরাধীডুনা প্রেম অদু পুজবা ঙম্মোই। অদুবু প্রভুনা বিচার নাইদবমখৈ পুম্নমক্তা প্রেম পী হাযবসু ঐখোয়না অয়াম্বা মফমদা তাবা ফংঙী, মরমদুনা ব্রা অদুসু মিথ্যানী হায়না লৌবসু যাদে। ফীভম অসিদা করিনা সমাধান ওইগদগে? সমাধানদি অসিগুম্বা ওইবা যাই হাযনা খল্লী, মদুদি—শ্রীশ্রীগৌরনিত্যানন্দনা অপরাধ-লৈতবশিংদবুদি প্রেম পীবিখি, অদুগা অপবাধ লৈবা মীদসু প্রেম পীবিখি—অওইবমক্তি মখোয়গী অপবাধ অদু খগুন তৌহল্লগা মতুঙদা প্রেম পীখিবনী। অপরাধ খণ্ডন তৌহন্নবগী উপাযদি অসিনী—বৈষ্ণব-অপরাধগী মতাঙদনা, অপরাধ তৌশল্লুবা বৈষ্ণবতুবু পেলহন্লগা অপরাধদু ঙাকপীহনগদবনী। গোপাল-চাপাল, শ্রীশচীমাতানচিংবগী খুদম্মা তাকপদি প্রভুনা হাযরিবা মতৌ অস্মুম্না অপরাধ খগুন তৌহন্‌খি, অতৈগীদসু অস্মুম্না তৌবমগনী। কনা বৈষ্ণবকী মফমদা অপরাধ তৌখিবনো হাযবা খগুব্রবা মতমদা অদুগা বৈষ্ণবনিন্দা নত্তবা অতৈ নামাপরাধ লৈবা মতমদা একান্ত (অদুমতা) ওইনা শ্রীহরিনামগী আশ্রয লৌজরগদি নামগী কৃপানা অস্মুম অস্মুম অপরাধ খগুন ওইরকপা য়াই। করম্না নাম শোল্লগা অপরাধ কোক্লডুনা প্রেম পোকপা যাগদগে হায়বদু শিক্ষাষ্টক—হাযবদুদা যাওবা তৃণাদপি—শ্লোক অদুদা প্রভুনা তাকপিরম্লে। মদুগী মতুঙ ইম্না প্রভুনা অপবাধ-লৈবা মীবু হরিনাম শোলহল্লগা মাগী চিত্তদু শুদ্ধ ওইহল্লী অদুগী মতুঙদা মঙোন্দা প্রেম পীনবী। মসিনা অপরাধ খগুন তৌবগী সাধারণ বিধিনী। বিধিসিগী মতুঙ ইম্না প্রভুনা অন্তর্ধান তৌখ্রবা মতুঙদসু লাইবক-ফবা কনা অমনা প্রেম ফংবা য়াই। তৌদবা যাগ্রবা বিধিদু তাকপিরগা অমসুং অপরাধীগী অপরাধ উংপীরগা মদু খগুন তৌনবগীদমক প্রভুনা লাঙতক্লনা হোৎনরম্বদুদা মহাক্কী কৃপাগী চপ-চাবা প্রমাণ ফংলি, অদুবু মসিসু শ্রীমন মহাপ্রভুগী কৃপাগী খোইদোকপা হায়বদু নত্তে; খাইগা মাম্নবা মহাক্কী খোইদোকপদি অসিনী, মদুদি—প্রভুনা অপরাধীদসু শ্রীহরিনামগী উপদেশ পীবিখি অমসুং মতুগী

মতুংগ ইম্না শ্রীহরিনাম হেক লৌবগা—শ্রীমন মহাপ্রভুগী য়াম্না ওক্লবা অচিন্ত্য-শক্তিগী ময়াইনা—অপরাধীগী অপরাধ খণ্ডন তৌবিদুনা খুদকুদা অপরাধী অদুদা প্রেম পীনবীখি। প্রভু মছামক্, অসুম্না তৌখি অদুগা শ্রীমন্ নিত্যানন্দনচিংবা পার্ষদশিংবু থাদোকুনা মতৌ অসুম্না মী পুম্নমক্তা প্রেমদান তৌহনখি। মতৌ অসুম্না অপরাধী খণ্ডদে নিরপরাধ খণ্ডদে—লোইনমক্তা মহাক্না প্রেমদান তৌবিখি, কনামতবু ফংহন্দবা তৌখিদে।

নৈনরিবা বাফমসিনা যুক্ষম ওইরগা চৈতন্যে নিত্যানন্দে নাহি অসিনচিংবা পয়ারগী অর্থদি অসুম্না তৌবা যাই :—শ্রীশ্রীগৌরনিত্যানন্দদি প্রেমদানগী মরমদা বিচাব করিমতা তৌবমদে, কনানো অমনা শ্রীহরিনাম লৌরবদি মহাক্কী চিত্তদু পেৎথরে অদুগা মহাক্কী দেহেদা পিরাং-শিম্নবনচিংবা সাত্ত্বিক-বিকার থোরকয়ি। অপরাধ-লৈতবা মীদবুদি প্রেম পীরম্লে, অদুগা অপরাধী ওইবা মীগী মতাঙদনা—শ্রীহরিনাম শোলহন্দুনা প্রভুগী অচিন্ত্য-শক্তিগী ময়াইনা নাম-শোনবা খুদকুদা মহাক্কী অপরাধমু খণ্ডন তৌথোক্লগা মতুংদা মঙোন্দা প্রেমদান তৌবী, শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দনা কনামতবু কৃষ্ণনাম ফংহন্দবা তৌখিদে।

কৃষ্ণনামদগী শ্রীশ্রীগৌরনিত্যানন্দগী খোইদোকপা মতৌ হায়রবু অসিনী, কৃষ্ণনামনা অপরাধ-লৈতবা মীতদা প্রেম পী, অপরাধ-লৈবা মীদা শূকপী পীদে, অদুবু শ্রীশ্রীগৌরনিত্যানন্দনা মী পুম্নমক্তা প্রেমদান তৌয়ি—অপরাধ-লৈতবা মীদবুদি মপীবে, অপরাধ-লৈবা মীদসু প্রেমদান তৌয়ি—তশেংববুদি মখোয় অনীগী অচিন্ত্যশক্তিগী ময়াইনা, নাম হেক লৌবগা মহাক্কী ( অপরাধ-লৈবা মীদুগী ) অপরাধ অদু খণ্ডন তৌরগা অদুগী মতুংদা প্রেম দান তৌয়ি।

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী প্রকট-লীলাগী মতমদা হিংলম্বা মীশিংদি অসিগুম্বা লাইবক ফংখি। শ্রীমন্-মহাপ্রভুগী অন্তর্ধান ওইখ্রবা তুংদদি অসিগুম্বা কৃপাসু মহাক্না লোযননা থুপখ্রে, হায়বদি বিচার-নাইদবা কৃপা মতৌসি অমূক ওইদ্রে।

মূল ৩২

স্বতন্ত্র-ঈশ্বর প্রভু অত্যন্ত উদার।
তাঁরে না ভজিলে কভু না হয় নিস্তার ॥ ৩২ ॥

## শব্দার্থ

স্বতন্ত্র - মনীও-তম্বা, ঈশ্বর—ঈশ্বর, প্রভু—শ্রীমহাপ্রভু, অত্যন্ত—খমথেংনা, উদার—পূকচেন চাউবা; তাঁরে - মহাকপু, না ভজিলে—নীওম্রবদি, কভু—কদৌঙৈদসু, না হয—ওইদে, নিস্তার - অরান্‌খুভম্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুদি মনীওতম্বা ঈশ্বরনী ( কনাগীসু মথা পোন্‌বা নত্তে )। মহাক খমথে‌ংনা পূব্‌চেন চাউবনী ( মরমতুনা অপরাধীদা প্রেম পীরম্মী )। মহাকপু নীওম্রবদি মায়াগী থৌরীদগী অরান্-খুভম ফংবা কদৌঙৈদসু ওইরোই।

## নৈনরোল

শ্রীমন্ মহাপ্রভুদি পরম করুণ ওই হায়বদি মহাক মুংশিংবা মকোক্নী। মরমদি মহাক্না অপরাধ-লৈবা মীতা ফাওবদা কৃষ্ণপ্রেম দান তৌথি। অস্তুক উদার ( পূকচেন-চাউবা ) ওইবা প্রভুবু নীওলবদি নীওলিবা মীতুনা মায়া লাংদগী নাম্থোকনী হায়বদা করিমতা চিংননঙাই লৈতে।

## মূল ৩৩

ওরে মূঢ় লোক, শুন চৈতন্যমঙ্গল।
চৈতন্য-মহিমা যাতে জানিবে সকল ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

ওরে—ওহে, মূঢ—অপঙবা, লোক—মী পূম্বা, শুন - নাকোঙনা তাও, চৈতন্যমঙ্গল—শ্রীলবৃন্দাবন দাসনা লেংবা শ্রীচৈতন্যভাগবত, চৈতন্য-মহিমা—শ্রীচৈতন্যগী মতীক-ময়াই, যাতে - মতুনা; জানিবে—খঙগনী; সকল—পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে খঙদবা মী পূম্বা, শ্রীচৈতন্যমঙ্গল পাতুনা তাও মতুদা শ্রীচৈতন্যগী মহিমা পুম্নমক খঙগনী।

## নৈনরোল

শ্রীবৃন্দাবন দাসগী চৈতন্য-ভাগবতকী মমিং অহানবদা শ্রীচৈতন্যমঙ্গল

হায়না থোল্লম্মী। কোন্থ্‌দা শ্রীলোচনদাসনস্থ শ্রীচৈতন্যমঙ্গল হায়বা শ্রীচৈতন্যগী পুন্সী রারী অমা লেংখি অদুদা শ্রীবৃন্দাবনদাসনা মাগী লাইরীকী ময়িং চৈতন্যমঙ্গল হায়বত্থু তোক্কুনা চৈতন্যভাগবত হায়না থোন্‌খি।

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মহিমা খণ্ডবা মীশিংদা শ্রীচৈতন্যভাগবত পাঠ তৌ হায়না শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজনা তাকপীরি।

## মুল ৩৪

কৃষ্ণলীলা ভাগবতে কহে বেদব্যাস।
চৈতন্যলীলার ব্যাস—বৃন্দাবনদাস॥ ৩৪॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণলীলা—শ্রীকৃষ্ণগী লীলা, ভাগবতে—শ্রীমদ্ভাগবতম কৌবা লাইরীক্তা, কহে—লীরে, বেদব্যাস—বেদ লেংবা ব্যাসদেবনা, চৈতন্য-লীলাব—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলাগী, ব্যাস ব্যাসদেবনা, বৃন্দাবনদাস—শ্রীবৃন্দাবনদাসনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদব্যাসনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লীলা লীরম্লে, শ্রীচৈতন্যলীলাগী ব্যাসনা শ্রীবৃন্দাবনদাসনী।

## তৈনরোল

শ্রীমন মহাপ্রভুগী পার্ষদ শ্রীবাস পণ্ডিতকী ভ্রাতানা পোকপা মচান্নুপী অমা লৈরম্মী, মহাক্কী মিংনা শ্রীমতী নারায়ণী কৌয়ি। শ্রীমতী নারায়ণী-দেবীসি শ্রীমন মহাপ্রভুগী কৃপা-ফংবীনী। নারায়ণীগী চহী মরিদা ভায়রি-তৈদা মভোম্দা মহাপ্রভুনা মহাক্কী প্রসাদী থুল্‌হনখি, নারায়ণীগী চহী তরা শুবা মতমদা প্রভুনা সন্ন্যাস লৌখি। নারায়ণী দেবীসিনী শ্রীবৃন্দাবনদাসবু পোকপী মমা। শ্রীমন্ নিত্যানন্দপ্রভুনা শ্রীবৃন্দাবনদাসগী ইষ্টদেবনী (লাৎচবা লাইনী)। মহাক্কী য়াথং মতুঙ ইন্না শ্রীবৃন্দাবনদাসনা শ্রীচৈতন্যভাগবত লেংখিবনী। গৌরগণোদ্দেশদীপিকানা হায়—"বেদব্যাসো য এবাসীদ্দাসো বৃন্দাবনোঽধুনা॥ ১০৯॥—বেদব্যাস ওইরম্বতুনা হৌজিক বৃন্দাবনদাস ওইরে।"

## মূল ৩৫

বৃন্দাবনদাস কৈল চৈতন্যমঙ্গল।
যাহার শ্রবণে নাশে সর্ব্ব অমঙ্গল ।। ৩৫ ।।

### শব্দার্থ

বৃন্দাবনদাস—শ্রীবৃন্দাবনদাসনা, কৈল—লে৲লয়ে, চৈতন্যমঙ্গল—শ্রীচৈতন্যমঙ্গল কৌবা লাইরীক, যাহার—মতুবু, শ্রবণে—নাকোঙনা তারগা নাশে—মাঙডী, সর্ব্ব—পূম্নমক, অমঙ্গল—ভক্তিগী মরমদা অকাযবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবনদাসনা শ্রীচৈতন্যমঙ্গল লে৲লয়ে, মতু শ্রবণ তৌবদা ভক্তিগী মরমদা অকাযবা পূম্নমক মাঙডী।

## মূল ৩৬

চৈতন্য-নিতাইর যাতে জানিয়ে মহিমা।
যাতে জানি কৃষ্ণ ভক্তিসিদ্ধান্তের সীমা ।। ৩৬ ।।

### শব্দার্থ

চৈতন্য নিতাইব—শ্রীশ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দগী, যাতে—মতুনা, জানিয়ে—খঙডী, মহিমা—মতীক ময়াই, যাতে—মতুনা, জানি—এৈনা খঙডী, কৃষ্ণভক্তিসিদ্ধান্তের—কৃষ্ণভক্তি করিনো হায়বগী রারোইগী, সীমা—ঙমথৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যমঙ্গল পাঠ তৌরগা শ্রীশ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দগী মহিমা করিনো হায়বা খঙগনী; মতু পারগা ঐ কৃষ্ণভক্তিগী মরমদা লৈবা সিদ্ধান্ত পূম্নমক্কী মচিন্থ খঙডী।

## মূল ৩৭

ভাগবতে যত ভক্তিসিদ্ধান্তের সার।
লিখিয়াছেন ইহাঁ জানি করিয়া উদ্ধার ।। ৩৭ ।।

**শব্দার্থ**

ভাগবতে—শ্রীমদ্ভাগবতমদা , যত—অদূকথক , ভক্তিসিদ্ধান্তের—ভক্তিগী মরমদা লৌবা রারে ইগী , সার মচি , লিখিযাছেন —ইরন্নী , ইহঁা—অসিদা ( শ্রীচৈতন্যভাগবত কৌবা লাইরাক্তা ) , জানি—এ খণ্ডবী করিয়া উদ্ধার —লৌখৎতুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদ্ভাগবতমদ যাওবা সিদ্ধান্তগী মচি খবিক্তো শ্রীচৈতন্য ভাগবত অসিদা লৌখৎতুনা ইরম্মে হায়বসি এ খণ্ডবী ।

**নৈনমল্লোল**

শ্রীমদ্ভাগবতম্না যুম্ফম ওইরগা শ্রীলবৃন্দাবনদাসনা শ্রীচৈতন্যভাগবত ইবনী , শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রীচৈতন্যভাগবতকী সিদ্ধান্ত-পূম্বগী প্রমান্নী ।

## মূল ৩৮

চৈতন্যমঙ্গল শুনে যদি পাষণ্ডী যবন ।

সেহ মহাবৈষ্ণব হয় ততক্ষণ ॥ ৩৮ ॥

**শব্দার্থ**

চৈতন্যমঙ্গল—শ্রীচৈতন্যভাগবত , শুনে- নাকোঙনা তায , যদি—বদি , পাষণ্ডী—ভগবানবু থাজদবা , যবন— হিন্দুধর্ম্মবু যেংথিবা , পাঙ্গল মুসল্মান , সেহ মহাক্ম , মহাবৈষ্ণব—অচৌবা বৈষ্ণব , হয- ওই , ততক্ষণ—খুদক্তুদা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্দা মাযওক্সন্দবা মীনা ( পাষণ্ডীনা ) অদুগা যবন ( হিন্দুধর্ম্মবু যেংথিবা যবন ) অমনা শ্রীচৈতন্য ভাগবত কৌবা লাইবীস্নে শ্রবণ তৌববদি মখোযস্থ খুদক্তুদা মহাবৈষ্ণব ওইগনী ।

## মূল ৩৯

মনুষ্যে রচিতে নারে ঐছে গ্রন্থ ধন্য ।

বৃন্দাবনদাস-মুখে বক্তা শ্রীচৈতন্য । ৩৯ ।

## শব্দার্থ

মনুষ্যে—মীওইবনা, রচিতে—লেংবা, নারে—ঙমদে, ঐছে—অসি-গুম্বা গ্রন্থ—লাইরীক, ধন্য—মহৈ-য়ানবা, বৃন্দাবনদাস-মুখে—শ্রীবৃন্দা-বনদাসগী চীন্দা বক্তা—বা-ঙাংবা মী, শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্যনা ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিগুম্বা মহৈ-য়ানবা লাইবীক্সে মীওইবনা লেংবা ঙম্বা নত্তে, শ্রীবৃন্দাবনদাসগী চীন্দা শ্রীচৈতন্যনা বক্তা ওইবনী।

## তৈনবোল

শ্রীমন মহাপ্রভুনা জীবগী মঙ্গলগীদমক শ্রীবৃন্দাবনদাসগী মুখদা মছামক্কী মহিমা ফোঙদোক্লিবনী হায়বদি মহাক্না মছামক্কী মহিমা-উৎপা শ্রীচৈতন্য-ভাগবত রচনা তৌহনবনী। বা হায়ববো অসিনী শ্রীচৈতন্য ভাগবতনা হাযরিবা বা অদু শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা হায়বা বাগুম্মা প্রামাণ্যনী, হাযবদি ভ্রম-প্রমাদনচিংবা য়াওবা নত্তে।

## মূল ৪০

বৃন্দাবনদাসপদে কোটি নমস্কার।
ঐছে গ্রন্থ করি তেঁহো তারিলা সংসার ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

বৃন্দাবনদাস-পদে—শ্রীবৃন্দাবনদাসগী খুয়াখাদা, কোটি নমস্কার—কোটিরক হুম্না খুরুমজে, ঐছে—অদুগুম্বা, গ্রন্থ—লাইরীক, করি—লেংদুনা, তেঁহো—মহাক্না, তারিলা—লানবিখি, সংসার—সংসার পুম্নবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবনদাসগী খুয়াখাদা কোটিরক হুম্না ঐনা খুরুমজরি, মরমদি মহাক্না অদুগুম্বা লাইরীক লেংলগা জগৎ পুম্নবু লানবিখি।

## মূল ৪১

নারায়ণী—চৈতন্যের উচ্ছিষ্ট-ভাজন।
তাঁর গর্ভে জন্মিলা শ্রীদাসবৃন্দাবন ॥ ৪১ ॥

নারায়ণী—শ্রীলবৃন্দাবনদাসগী মমা, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যগী, উচ্ছিষ্ট-ভাজন—লুকৃথাক্কী পাত্রীনী, তাঁর—মহাক্কী, গর্ভে - গর্ভদা, জন্মিলা—পোকখি, শ্রীদাসবৃন্দাবন—শ্রীলবৃন্দাবন দাস ঠাকুর।

মৈতৈলোন্দা হন্দোবপা

শ্রীমতী নারায়ণী দেবীদু শ্রীচৈতন্যগী লুকথাক খুন্‌বগী কৃপা-ফংবিনী। মহাক্কী গর্ভদা শ্রীবৃন্দাবনদাস পোকখি।

## নৈনরোল

শ্রীমতী নারায়ণী দেবীদু চহী মরিদা ওাযরিবৈদা প্রেম্না খোল লকক্-লকক্ তৌনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা কপ্‌খি। মতুদা য়াম্না পেনখ্রদুনা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা থৌজানবিদুনা মচ্ছামক্কী উচ্ছিষ্ট ( লুকৃথাক্ ) পীজবিখি।

## মুল ৪২

তাঁর কি অদ্ভুত চৈতন্যচরিত বর্ণন।
যাহার শ্রবণে শুদ্ধ কৈল ত্রিভুবন ॥ ৪২ ॥

## শব্দার্থ

তার—মহাক্কী ( শ্রীলবৃন্দাবনদাসগী ), কি অদ্ভুত—কযাদা ওকখ্রবা, চৈতন্য-চরিত-বর্ণন— শ্রীচৈতন্যদেবগী চরিত বর্ণনাদো, যাহার—মদু, শ্রবণে—নাকোঙনা তাবদা, শুদ্ধ কৈল—শেংদোক্লে, ত্রিভুবন—মরোল অহুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবনদাসনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলা লেংবদি অওকপনী। মাগী বর্ণনাদু শ্রবণ তৌবনা মরোল অহুমগী চিত্তদু শেংদোকখি ( হাযবদি চিত্তবু ভক্তি-পোক্নফম ওইবদা মতীকচাবা ওইহল্লে )।

## মুল ৪৩

অতএব ভজ লোক চৈতন্য-নিত্যানন্দ।
খণ্ডিবে সংসারদুঃখ পাবে প্রেমানন্দ ॥ ৪৩ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা, ভজ—নীঙথু, লোক—হে মযাম পুম্নমক;

চৈতন্য-নিত্যানন্দ—শ্রীচৈতন্য-অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু, খণ্ডিবে—কোকনী, সংসার-দুঃখ--পোল্ল-শির পোল্ল-শির তৌদুনা লৈবগী অৱাবা পাবে—ফংগনী, প্রেম-আনন্দ—শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবগী নুংঙাইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দাকপা

মরমদুনা, হে মযাম পুম্নমক, শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু নীঙও়। অদু ওইরবদি সংসারদা লৈবগী অৱাবা কোকনী অদুগা কৃষ্ণবু মুংশিদুনা নুংঙাইবা ফংগনী।

মূল ৪৪

বৃন্দাবনদাস কৈল চৈতন্যমঙ্গল।
তাহাতে চৈতন্যলীলা বর্ণিল-সকল ॥ ৪৪ ॥

শব্দার্থ

বৃন্দাবনদাস—শ্রীলবৃন্দাবন দাস, কৈল—লেংলম্মী, চৈতন্য মঙ্গল—চৈতন্যমঙ্গল কোবা লাইরীক, তাহাতে—মদুদা, চৈতন্য লীলা—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী লীলা, বর্ণিল—বর্ণনা তৌখি, সকল—লোইনমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবনদাসনা চৈতন্যমঙ্গল কোবা লাইরীক লেংখি। লাইরীক অদুদা শ্রীচৈতন্যলীলা পুম্নমক বর্ণন তৌখি।

মূল ৪৫

সূত্র করি সব লীলা করিল গ্রন্থন
পাছে বিস্তারিয়া তাহার কৈল বিবরণ ॥ ৪৫ ॥

শব্দার্থ

সূত্র করি—শম্পংনা, সব লীলা—লীলা পুম্নমক, করিল—তৌখি, গ্রন্থন—লেংবা, পাছে—মতুংদা, বিস্তারিয়া—শন্দোক্লা, তাহার—মদুগী (সূত্রগী), কৈল—ইখি, বিবরণ—অশুবা ৱারোল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যগী লীলা পুম্নমক অদু শম্পংনা (সূত্র ওইনা) লেংখি, অদুদগী মতুংদা সূত্রদুগী অকুপ্পা ৱারোল শন্দোক্লা ইখি।

## মূল ৪৬

চৈতন্যচন্দ্রের লীলা অনন্ত অপার ।
বর্ণিতে বর্ণিতে গ্রন্থ হইল বিস্তার ॥ ৪৬ ।

### শব্দার্থ

চৈতন্যচন্দ্রের—শ্রীচৈতন্যচন্দ্রগী, লীলা—লীলা, অনন্ত—লোইবা নাইদবনী, অপার—ওমথৈ লৈতবনী, বর্ণিতে বর্ণিতে—বর্ণন তৌর তৌরগা, গ্রন্থ—লাইরীক, হইল—ওইখরে, বিস্তার—পাকথোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যচন্দ্রগী লীলাদি লোইবা-নাইদবনী অমসুং ওমথৈ-লৈতবনী । বর্ণন তৌর-তৌরগা লাইরীক পাক্‌থোক্‌-চাউথোক্‌খরে ।

## মূল ৪৭

বিস্তার দেখিয়া কিছু সঙ্কোচ হৈল মন ।
সূত্রধৃত কোন লীলা না কৈল বর্ণন ॥ ৪৭ ।

### শব্দার্থ

বিস্তার পাকথোকপা, দেখিয়—উদুনা, কিছু—খরা, সঙ্কোচ—নীওজীও মাওর্জাওনবা, হৈল—ওইরে, মন—পুক্নীং, সূত্রধৃত সূত্রদা য়াওবা, কোন লীলা—করিগুম্বা লীলা খরদি, না কৈল বর্ণন—বর্ণন তৌহৌদ্রে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীকুনা পাকথোক চাউথোকখিবসু উবদা কবি করিগুম্বা লীলা খরদি বর্ণন তৌহৌদ্রে হায়না মবুক্তা চিংনখি ।

## মূল ৪৮

নিত্যানন্দ-লীলা-বর্ণনে হইল আবেশ ।
চৈতন্যের শেষ লীলা রহিল অবশেষ ॥ ৪৮ ।

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ-লীলা-বর্ণনে—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী লীলা-বর্ণনাদা, হইল

আবেশ—পূক্লীগু লূপশ্রে , চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যগী , শেষলীলা—অরোয়বা মতাঙগী লীলা , রহিল অবশেষ—চীথহৌরে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবনদাসদো শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুগী লীলা বর্ণনা তৌবদা পূক্লীগু লূপশ্ল খিবা মরম্মা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী শেষ লীলা চীথহৌরে ।

মূল ৪৯

সেই সব লীলাব শুনিতে বিবরণ ।
বৃন্দাবন-বাসী ভক্তের উৎকণ্ঠিত মন ।। ৪৯ ।।

শব্দার্থ

সেই—মতু , সব—পুম্নমক , লীলার—লীলাগী , শুনিতে—শ্রবণ তৌনবা , বিবরণ—অকুপ্পা মবোল , বৃন্দাবন-বাসী—বৃন্দাবনধামদ লৈবা , ভক্তেব—ভক্তগী , উৎকণ্ঠিত—খৌরাংবা , মন—পূক্লীগু ( ওইথি ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইহৌদ্রিবা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী লীলাশিং , পুম্বতুগী অকুপ্পা য়ারোল শ্রবণ-তৌনীঙবনা বৃন্দাবনধামদা লৈরম্বা ভক্তশিংগী পূক্লীগু লাংতক্লখি ।

মূল ৫০

বৃন্দাবনে কল্পদ্রুমে সুবর্ণসদন ।
মহাযোগপীঠ তাহা রত্নসিংহাসন ।। ৫০ ।।

শব্দার্থ

বৃন্দাবনে বৃন্দাবনধামদা , কল্পদ্রুমে—অনীঙবদা পীবা পাম্বীগী মখাদা , সুবর্ণ-সদন—সনাগী সঙ্গাই, সনাগী মন্দির , মহাযোগপীঠ—শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মিলনস্থান আচৌবা , তাহা—মতুদা , রত্নসিংহাসন—রত্ননা মচাক ওইবা সিংহাসন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবন-ধামদা কল্পবৃক্ষগী মখাদা সনাগী মন্দির মহাযোগপীঠ লৈ , যোগপীঠতুগী মনুঙদা রত্নঙা ক্তনা শাবা সিংহাসন লৈ ।

## মৈনন্নোল

**কল্পদ্রুম**—অর্থদি অপান্বদা পীবা পামেল হায়বনী। কল্পবৃক্ষ হাযবসি প্রাকৃত নত্তে, মসিগী মপাল, মহৈ, উশা, মউনচিংবা পুম্নমক প্রাকৃত-নত্তবা মণিমাণিক্যগুম্না ইলং-লংই অতুগা প্রাকৃত-নত্তবা ৎ্ণ-চেনবনী। শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলাগীদমক চঙগদবা পোৎতাতু চঙগদবা মতমদা উ পান্বীসিনা হেক্তা পীবা ওন্মী। উপান্বীসিগী রাখন -লান্বা ফংদবা শক্তি লৈ। **মহাযোগ পীঠ**—পরিকবশিংগা লোয়ননা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মিলন-স্থানবু যোগপীঠ কৌযি। মসিগী মওং মনা-লীশীঙ-লোংবা থন্বানগী মওংনী, মথাযদা কর্ণিকাদা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী রত্নসিংহাসন লে, মতুগী মায়কৈ মরিদা সেবাগী লেরিবী সখী-মঞ্জরীশিংনা তোঙান্-তোঙানবা থম্বান্-মনা-মান্বা মফম অমমমদা সেবাগী পোৎলম পাযহনা মথঙ-মনাও নাইনা লেপ্পুনা লৈ। যোগপীঠসি প্রাকৃত-নত্তবা মণিরত্ননা মচাক ওইরগা শাবনী।

## মূল ৫১

তাতে বসি আছে সদা ব্রজেন্দ্রনন্দন।
শ্রীগোবিন্দদেব নাম সাক্ষাৎ মদন॥ ৫১॥

## শব্দার্থ

তাতে—মতুদা (রত্নসিংহাসন অতুদা); বসি—ফমহনা, আছে—লৈ সদা—মতম পুম্বদা, ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌ নন্দগী মপারী (শ্রীকৃষ্ণ), শ্রীগোবিন্দদেব—শ্রীগোবিন্দদেব, নাম—মিং, সাক্ষাৎ—তর তরং থোক্লকপা, মদন—প্রাকৃত-নত্তবা মদন (কামদেব)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রত্নসিংহাসন অতুদা ব্রজনিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণনা মতমপুম্বদা ফমহনা লৈ। শ্রীগোবিন্দদেব কৌবা সাক্ষাৎ মদনদেবনী।

## মৈননোল

শ্রীকৃষ্ণগী প্রকট-লীলাদা ভৌমবৃন্দাবনগী মনুঙদা যোগপীঠ প্রকট ওইখিবা মফমতুদা কবিরাজ গোস্বামীগী মতমদা (হৌজিক্সু) ভাস্থোইবম্বা শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহতুগী মিং শ্রীগোবিন্দদেব কৌযি, শ্রীগোবিন্দ অসি শ্রীরূপ-গোস্বামীনা লিংখৎলম্বা বিগ্রহনী।

মূল ৫২

রাজসেবা হয় তাহাঁ বিচিত্র প্রকার।

দিব্যসামগ্রী দিব্যবস্ত্র অলঙ্কার ।। ৫২ ।।

শব্দার্থ

রাজসেবা—নিংথৌগী হৌনবী সেবা, হয়—ওইয়ে, তাহাঁ—মহুদা, বিচিত্র প্রকার—মখল মখাগী, দিব্যসামগ্রী প্রাকৃত-নত্তবা পোৎ, দিব্যবস্ত্র—প্রাকৃত-নত্তবা ফরোল, অলঙ্কার—লীক্‌-কোল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমহুদা মখল মখাগী রাজসেবা তৌয়ি। পোৎলম পুম্বা দিব্য (প্রাকৃত-নত্তবা) ভাক্তনী, ফিরেল অমদি লীককোন পুম্বা দিব্য ভাক্তনী।

ঐনবরোল

মমল-য়াম্বা পোৎচৈ মরা-কাইনা লাওলগা নিংথৌনা তৌবা সেবা অচৌবা অহুবু রাজসেবা কৌযি।

মূল ৫৩

সহস্র সেবক, সেবা করে অনুক্ষণ।

সহস্রবদনে সেবা না যায় বর্ণন ।। ৫৩ ।।

শব্দার্থ

সহস্র—লীশীঙ, সেবক সেবারি, পূজারি (সেবা-পূজা তৌবা মী), সেবা—সেবা, করে—তৌয, অনুক্ষণ—মতম পুম্বা, সহস্রবদনে—চীন লীশীঙনা, সেবা-সেবাদুবু, না যায়—ওইবা য়াদে, বর্ণন—ৱারী লীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সেবক (সেবা-তৌবা মী) লীশীঙনা মতম পুম্বদা সেবা তৌয়ি সেবাগী ৱাহু চীন লীশীঙনা লীবদা লোইবা নাইরোই।

মূল ৫৪

সেবার অধ্যক্ষ শ্রীপণ্ডিত হরিদাস।

তাঁর যশগুণ সর্ব্বজগতে প্রকাশ ।। ৫৪ ।।

### শব্দার্থ

সেবার—সেবাগী , অধ্যক্ষ—হঙ্গবা ; শ্রীপণ্ডিত হরিদাস—হরিদাস পণ্ডিতনী ; তাঁর—মহাক্কী যশ-মিংচৎ গুণ—গুণ সর্ব্ব-জগাত—জগৎ পুম্নদা , প্রকাশ—ফোঙলিবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সেবা তৌবদু যেংশল্লিবা হঙ্গবদি শ্রীহরিদাস পণ্ডিতনী। মাগী মমিং অদুগা মগুণ জগৎ পুম্নমক্ত। খঙনরিবনী ।

### মুল ৫৫

সুশীল সহিষ্ণু শান্ত বদান্য গম্ভীর ।

মধুরবচন মধুরচেষ্ট অতি ধীর ।। ৫৫ ।।

### শব্দার্থ

সুশীল -লমচৎ-ফজবা সহিষ্ণু অথাঙ কনবা , শান্ত—তপ্পা বদান্য-পীনহৈবা গম্ভীর-চাঙলেন্ন , মধুরবচন—খোন্থুন্না , মধুর চেষ্টা—তৌথোরকপদা খোযদানঙাই ওইবা , অতি—যাম্না , ধীর—ঈঙবা, পাখত্তবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীহরিদাস পণ্ডিত অদু লমচৎ-যজনী, অথাঙ-কননবা, অতপ্পনী, পীনহৈবনী , চাঙলেম্বনী খোন্থুম্ননী, থৎক-লুবনী, অদুগা যাম্না ঈবা পাখৎতবনী ।

### মুল ৫৬

সভার সম্মানকর্ত্তা, করেন সভার হিত ।

কৌটিল্য মাৎসর্য্য হিংসা না জানে তাঁর চিত ।। ৫৬ ।।

### শব্দার্থ

সভার—মী পুম্নমক্তা , সম্মানকর্ত্তা—সম্মান-তৌবনী , করেন—তৌযি , সভার—মীপুম্নমক্কী , হিত—কান্নবা , কৌটিল্য—পুকচেল্ল খোয়বা , মাৎসর্য্য—কলক্-খম্বনবা , হিংসা—য়েংথিবা , না জানে—খঙদে , তাঁর—মাগী , চিত—থম্মোইনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্তি মীপূম্নমকপু সন্মান তৌয়ি, পূম্নমক্কী কান্নবদা তৌয়ি। পুকচেল-খোয়বা, কলক-খন্নবা অমদি য়েংথিবা হায়বতু মাগী থম্মোইনা খঙদে।

## মূল ৫৭

কৃষ্ণের যে সাধারণ সদগুণ পঞ্চাশ।

সে সব গুণের তাঁর শরীরে নিবাস ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, যে—মতু, সাধারণ—চাউরাকপা, সদগুণ—অফবা গুণ, পঞ্চাশ—য়াঙখৈনী, সে সব গুণের—গুণ পুম্নমকপু, তাঁর—মহাক্কী, শরীরে—হকচাঙদা, নিবাস—লৈবা (ওই)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী অফবা গুণ যাঙখৈথক চাউরাক্লা লৈ। গুণ পুম্নমক অদু মহাক্কী (হরিদাসগী) হকচাঙদা লৈরম্মী।

## তৈনবোল

শ্রীকৃষ্ণগী অনন্ত গুণ-শিংগী মনুঙদা প্রধান গুণ য়াঙখৈনী, মখোয়তুদি—সুরম্য-দেহ (ফজবা হকচাঙ); সুলক্ষণ ভাক্তগী ওইবা, রুচির (পান্নবাই ওইবা), তেজস্বী (মঙাল-চেনবা), বলীয়ান্ (পাঙ্গল-কনবা), কৈশোর-বয়োযুক্ত (চহী ১৫-১৬ কী মতাঙগী কিশোর হায়বতুগী শাবান), বিবিধ-অদ্ভুত-ভাষাবিৎ (অঙকপা লোল মখলমখা খঙবা), সত্যবাক্ (অচুম্বদা ডাঙবা), প্রিয়ম্বদা (মুংশিবা ৱা ডাঙবা), বাবদূক (নাকোঙনা তানীঙবা অমসুং গুণ পুম্নমক্লা তিল্লবা ৱাহৈ শীজন্নবদা হৈশিংবা), সুপণ্ডিত (নীঙথিনা ওইবা পণ্ডিত), বুদ্ধিমান (বুদ্ধি-থৌবা), প্রতিভান্বিত (অনৌবা পুথোক-ঙম্বা), বিদগ্ধ (রসিক), চতুর (মীন্নবা), দক্ষ (থবক তৌবদা হৈশিংবা), কৃতজ্ঞ (তৌবিমল খঙবা), সুদৃঢ়ব্রত (নীংথিনা ব্রত চেংপা), দেশ কাল সুপাত্রজ্ঞ (মফম-মতমগী মতীকচাবা মীতা খঙবা), শাস্ত্রচক্ষু (শাস্ত্র-উবা), শুচি (মাংদবা, শেংবা), বশী (ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা), স্থির (লেঙদবা), দান্ত (ইন্দ্রিযদমন ঙম্বা), ক্ষমাশীল (ভাকপীহৈবা), গম্ভীর (চীঙলেম্বা) ধৃতিমান (অখাঙকনবা), সম (মান্নবা চংপা), বদান্য (পীনহৈবা),

ধার্ম্মিক ( ধর্ম্ম-চেনবা ), শূর ( থৌনাফবা ), করুণ ( নুংশি-হৈবা ), মান্য-মানকৃৎ ( ইকাইখুম্নফম-থোকপদা ইকাইখুম্নবা ), দক্ষিণ ( স্বভাব ফজবনা মেংবা-থোৎপা ), বিনয়ী ( নো-নূকপা ), হ্রীমান্ ( ইকাই-থীগনবা ) শরণাগতপালক ( চঙজরকপা মীবু য়োকপীবা ), সুখী ( নুংঙাইবা ), ভক্ত-সুহৃৎ ( ভক্তগী মরূপ ), প্রেমবশ্য ( প্রেমগী মথাপোনবা ), সর্ব্বশুভঙ্কর ( মঙ্গল পুন্নমক থোক্হনবা ), প্রতাপী ( মতীক-মগুণ-লৈবা ), কীর্ত্তিমান্ ( মি, চৎপা ), রক্তলোক ( মীগী নুংশিনফম ওইবা ), সাধুসমাশ্রয় ( সাধু-শিংগী চঙজফম ), নারীগণমনোহারী (নুজা-পুম্বগী পুক্নীং-হূবা), সর্ব্বারাধ্য ( পুন্নমক্কী লাংনফম ), সমৃদ্ধিমান (চাউখৎতুনদা লৈবা), বরীয়ান্ ( পুঙথোই থোইবা ) অমসুং ঈশ্বর ( অথোইবা মপু )।

হায়রিবা গুণখিবিক্সি শ্রীলহরিদাসগী দেহেদা লৈ। অদুবু ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদা শ্রীরূপগোস্বামীনা হায় মদুদি সত্যবাক্—তগী হৌরগা হ্রীমান্ ফাওবদা লৈরিবা গুণশিংদু কৃষ্ণভক্তদা লৈ হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়। হায়রিবা গুণশিংসিগী মশীঙদি কুন-মাপন্নী। অদুগা গুণশিংসি ভক্তদা লৈরবসু পূর্ণমাত্রাদা লৈতে, পূর্ণমাত্রাদা লৈবদি শ্রীকৃষ্ণদদনী। জীবশিংগী মরক্তদসু গুণশিংসে বিন্দু বিন্দুদমক লৈ।

অদুনা গুণ ৫০-গী মনুঙদা জীবদা লৈবা য়াবা গুণ ২৯-দুদমক শ্রীলহরিদাসদা লৈরম্মী হায়না লৌবা তাবনীনা, মাগী মফমদা সেই সবগুণ হায়বসিগী অর্থদি গুণ ২৯-দনী হায়না হনবা তাই।

কৃষ্ণভক্তদা কৃষ্ণগুণ সঞ্চার তৌবা য়াই হায়বগী প্রমাণ শ্রীমদ্ভাগবতমগী শ্লোক অমনা পীরি।

## মূল ৫৮

যস্যাস্তি ভক্তির্ভগবত্যকিঞ্চনা।
সর্ব্বৈর্গুণৈস্তত্র সমাসতে সুরাঃ।
হরাবভক্তস্য কুতো মহদগুণা
মনোরথেনাসতি ধাবতো বহিঃ।। ৫৮ ।।

## শব্দার্থ

যস্য -মহাক্কী, অস্তি-- লৈ, ভক্তিঃ—ভক্তি, ভগবতি— ভগবান্দা,

অকিঞ্চনা—অপাম্বা অমা যাওদবা , সর্ব্বৈঃ—পূম্নমক ; গুণৈঃ—গুণশিংগা ( লোযননা ) , তত্র—মফমতুদা হায়বদি ভক্ততুদা , সমাসতে—মতমপূম্বা লৈ , সুরাঃ—দেবশিংনা , হবৌ—হবিদা , অভক্তস্য—ভক্তি লৈতবা মীগী , কুতঃ—কদাযদগী , মহৎ গুণা —অৱাঙবা গুণশিং , মনোরথেন ওইদবা অরেম্বা পোং পূক্নীঙনা পাম্নুবনা , অসতি—নিত্য-নত্তবা বিষয সুখ তম্না , ধাবত —চেল্লিবা , বহিঃ -মপান্থোংদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্দা কনাগুম্বগী লম্নাই-অপাম্বা-অমা-যাওব্রবা ভক্তি লৈরবদি মওোন্দা দেবশিংনা গুণ পূম্নমক্না লোয়ননা মতমপূম্বা বাস তৌরে। হরিদা ভক্তি-লৈতবা মীগীদি মহৎ-গুণ শিংতু কদায়দগী ওইগদগে ? মরমদি অভক্তদি মতমপূম্বদা ওইদবা-পোং পামতুনা অসৎ ওইবা লম্বীদা হায়বদি নিত্য-ওইদবা লম্থুমগী মুংঙাইবত্ত তাম্নতুনা কোয়চেন চেল্লী ।

## লৈনরোল

**অকিঞ্চনা ভক্তি**—ফল-পামদবা ভক্তিবু হাযরিবনী ভক্তি চংপদা ফল অমতা থিদ্রবা হাযবদি ভুক্তি মুক্তি নচিংবা অপাম্বা অমতা যাওদবা, অদুবু অকিঞ্চনা ভক্তি হায়বনী । অসিগুম্বা ভক্তি-লৈবা ভক্ততুদা দেবশিংনা গুণ হাযবদি জ্ঞান বৈরাগ্য-নচিংবা, নত্রগা সত্যবাক্য নচিংবা গুণ পূম্নমক্না লোয়ননা মতম পূম্বদা বাস তৌয়ি । অভক্তশিংদদি গুণশিংসে অমতা লৈতে, মরম দ মখোযগী পূক্নাঙতু ভগবান-নত্তবা বিষয-সুখগী মাযকৈদা থুনা চেনশন্দুনা লৈ ।

## মুল ৫৯

পণ্ডিত-গোস্বাঞির শিষ্য অনন্ত-আচার্য্য ।
কৃষ্ণপ্রেমময়-তনু উদার মহা-আর্য্য ॥ ৫৯ ॥

## শব্দার্থ

পণ্ডিত-গোস্বাঞির—শ্রীলগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীগী , শিষ্য—শিষ্য , অনন্ত-আচার্য্য—অনন্ত-আচার্য্য , কৃষ্ণপ্রেমময়—কৃষ্ণবু নুংশিবদা লূপ্পা , তনু—হকচাঙ উদার—পূকচেল-চাউবা , মহা আর্য্য—পূকচেল য়াম্না তিংবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীগী শিষ্যনী শ্রীঅনন্ত আচার্য্য হায়বদু। আচার্য্যগী হকচাঙদু কৃষ্ণ-প্রেমদা লুপ্লম্মী, মহাক পূকচেল চাউয়ি অমসুং পূকচেল-ভিংঙী।

## মুল ৬০

তাঁহার অনন্ত গুণ কে করু প্রকাশ।
তাঁর প্রিয়শিষ্য ঞিঁহো পণ্ডিত হরিদাস॥ ৬০॥

### শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী, অনন্ত—ওমথৈ-নাইদবা, গুণ—গুণ অদু, কে—কনানা, করু—তৌগনী, প্রকাশ—ফোঙদোকপা, তাঁর—মহাক্কী (অনন্ত আচার্য্যগী), প্রিয়—নুংশিরবা, শিষ্য—শিষ্য, ঞিঁহো—মহাক্না; পণ্ডিত হরিদাস—হরিদাস পণ্ডিতনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅনন্ত আচার্য্যগী ওমথৈ-নাইদবা গুণশিংদু কনানা হায়বা ওমগদগে? মহাক্কী নুংশিরবা শিষ্যনী হরিদাস পণ্ডিতসে।

## মুল ৬১

চৈতন্য-নিত্যানন্দে তাঁর পরমবিশ্বাস।
চৈতন্য-চরিতে তাঁর পরম-উল্লাস॥ ৬১॥

### শব্দার্থ

চৈতন্য-নিত্যানন্দে—শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দদা, তাঁর—মহাক্কী; পরমবিশ্বাস—য়োঁনা থাজবা (লৈরম্মী), চৈতন্য-চরিতে—শ্রীচৈতন্যগী লীলাদা, পরম উল্লাস—য়োঁনা হরাওবা (ওইরম্মী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দদা হরিদাস পণ্ডিতনা য়োঁনা থাজরম্মী, শ্রীচৈতন্যগী লীলাশিং পাঠ তৌবদা য়াম্না হরাওজরম্মী।

## মূল ৬২

বৈষ্ণবের গুণগ্রাহী, না দেখয়ে দোষ।

কায়মনোবাক্যে করে বৈষ্ণব-সন্তোষ ॥ ৬২ ॥

### শব্দার্থ

বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী, গুণগ্রাহী—গুণ-লৌবা মীনি, না দেখয়ে—উদে, দোষ--মরাল, অশোয়বা; কায়মনোবাক্যে—হকচাও পুক্কীঙ-ৱাহৈ য়াওনা, করে—তৌয়ি, বৈষ্ণব-সন্তোষ—বৈষ্ণবনা পেন্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না মতম পূম্বদা বৈষ্ণবকী গুণদমক উরম্মী, দোষদি উখিদে। পুক্কীঙ-হকচাঙ অমদি ৱাহৈ য়াওনা বৈষ্ণবকী পেন্নবা তৌরম্মী।

## মূল ৬৩

নিরন্তর শুনেন তেঁহো চৈতন্যমঙ্গল।

তাঁহার প্রসাদে শুনেন বৈষ্ণব সকল ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

নিরন্তর—মতম পূম্বদা, শুনেন শ্রবণ তৌয়ি, তেঁহো—মহাক (হরিদাস পণ্ডিত) চৈতন্যমঙ্গল—চৈতন্য মঙ্গল কৌবা লাইরীক, তাঁহার—মহাক্কী, প্রসাদে—কৃপানা, শুনেন—শ্রবণ তৌয়ি; বৈষ্ণব সকল—বৈষ্ণব পূম্বনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না মতমপূম্বদা শ্রীচৈতন্যমঙ্গল কৌবা লাইরীক থীবদু শ্রবণ তৌযি। মহাক্কী কৃপানা বৈষ্ণব পূম্বমকম্ভ শ্রবণ তৌয়ি।

### তৈনরোল

শ্রীলহরিদাস পণ্ডিতকী কৃপানা বৈষ্ণবশিং পূম্বনা শ্রীচৈতন্যমঙ্গল শ্রবণ তৌযি হাযবাসনা তাকপদি মহাক্না লাইরীক্সি থীরগ। (পারগা) তাহল্লম্বা তাই।

## মূল ৬৪

কথায় সভা উজ্জ্বল করেন যেন পূর্ণচন্দ্র।

নিজগুণামৃতে বাঢ়াই বৈষ্ণব-আনন্দ ॥ ৬৪ ॥

## শব্দার্থ

কথায়—ৱাহৈনা , সভা—তিল্লম্বা মীপুম্ববু , উজ্জল করেন -ঙালহল্লী , যেন – গুম্না , পূর্ণচন্দ্র—মপুঙ ফাবা থাজগুম্না , নিজগুণামৃতে - মছামকী গুণ-অমৃতচুনা , বাঢায় হেঙ্গৎহল্লী , বৈষ্ণব-আনন্দ—বৈষ্ণবশিংগী নুংঙাইবদু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চৈতন্যমঙ্গল পাঠ তৌরকপগী ৱাহৈশিংচুনা, তিল্লম্বা মীপুম্ববু মপুঙ-ফাবা থাজনা তৌবগুম্না ঙালহল্লম্মী অতুগা মছামকী গুণশিংনা অমৃত ওইরগা বৈষ্ণবশিংগী নুংঙাইবদু হেঙ্গৎহল্লী ।

## মুল ৬৫

তেঁহো অতি কৃপা করি আজ্ঞা কৈলা মোরে ।

গৌরাঙ্গের শেষ-লীলা বর্ণিবার তরে ॥ ৬৫ ॥

## শব্দার্থ

তেঁহো– মহাক্না ( শ্রীল হরিদাস পণ্ডিতনা ) , অতি–য়াম্না , কৃপা করিযা—চানবিচুনা , আজ্ঞা—য়াথং কৈলা- তাউথবীরম্মী , মোরে—ঐঙোন্দা , গৌরাঙ্গের–শ্রীগৌরাঙ্গগী , শেষ– অরোয়বা , লীলা—লীলা ( তৌরম্বা থবকশিং ) , বর্ণিবার তরে—বর্ণনা তৌনবগীদমক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না ( শ্রীল হরিদাস পণ্ডিতনা ) য়াম্না চানবিচুনা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী শেষ লীলাদু বর্ণনা তৌননবগীদমক য়াথং ঐঙোন্দা ( কবিরাজ গোস্বামীদা তাউথরম্মী ।

## মুল ৬৬

কাশীশ্বর গোসাঞিঁর শিষ্য গোবিন্দ গোসাঞিঁ ।

গোবিন্দের প্রিয়সেবক তাঁর সম নাই ॥ ৬৬ ॥

## শব্দার্থ

কাশীশ্বর গোসাঞিঁর—কাশীশ্বর গোস্বামীগী , শিষ্য–সেবক , গোবিন্দ গোসাঞিঁ - গোবিন্দ গোস্বামীনী , গোবিন্দেব—ইষ্টদেব গোবিন্দগী ; প্রিয-সেবক নুংশিববা সেবক , তাঁব—মাগী , সম মাম্নবা নাই লৈতে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইষ্টদেব গোবিন্দগী অচানবা সেবারি গোবিন্দ গোস্বামীতু কাশীশ্বর গোস্বামীগী শিষ্যনী ; মহাক্না মান্নবা সেবারি অমা লৈরমম্রে।

## মূল ৬৭

যাদবাচার্য্য গোসাঞি শ্রীরূপের সঙ্গী।
চৈতন্যচরিতে তেঁহো অতি বড রঙ্গী ॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

যাদবাচার্য্য গোসাঞি—শ্রীলযাদবাচার্য্য গোস্বামী, শ্রীরূপের—শ্রীলরূপ গোস্বামীগী ; সঙ্গী—সঙ্গ—তৌবা মীনী, চৈতন্যচরিতে—শ্রীচৈতন্যগী লীলাদা, তেঁহো—মহাক (যাদবাচার্য্য), অতি—যাম্না ; বড—চাউবা, রঙ্গী—থরাইযাওবা মীনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলযাদবাচার্য্য গোস্বামী শ্রীরূপগী সঙ্গীনী। মহাক চৈতন্য-লীলাদা মথরাই য়াম্না লুপ্পা অমনী।

## মূল ৬৮

পণ্ডিতগোসাঞির শিষ্য ভূগর্ভগোসাঞি।
গৌর-কথা বিনা আর মুখে অন্য নাই ॥ ৬৮ ॥

### শব্দার্থ

পণ্ডিতগোসাঞির—পণ্ডিত গোসাঞিগী (পণ্ডিত হরিদাসগী), শিষ্য—শিষ্য, ভূগর্ভ গোসাঞি—ভূগর্ভ গোস্বামী ; গৌরকথা—শ্রীগৌরাঙ্গগী ৱা, বিনা—নত্তনা, আব—অতৈ, মুখে—চীন্দা, অন্য—অতোপ্পা, নাই—লৈতে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পণ্ডিত হরিদাসগী শিষ্য ভূগর্ভ গোস্বামীনী। শ্রীভূগর্ভ গোস্বামীগী চীন্দা শ্রীগৌরাঙ্গগী ৱা নত্তনা অতৈ অমা থোক্লমদে।

## মূল ৬৯

তাঁর শিষ্য গোবিন্দ-পূজক চৈতন্যদাস।
মুকুন্দানন্দ চক্রবর্ত্তী প্রেমী কৃষ্ণদাস ॥ ৬৯।

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী, শিষ্য—শিষ্য, গোবিন্দ-পূজক—ইষ্টদেব গোবিন্দগী পূজারি, চৈতন্যদাস—শ্রীচৈতন্যদাস, মুকুন্দানন্দ চক্রবর্ত্তী—শ্রীমুকুন্দানন্দ চক্রবর্ত্তী, প্রেমী—কৃষ্ণভক্ত, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী শিষ্যশিংগী মরক্তা গোবিন্দগী পূজারি চৈতন্যদাস, মুকুন্দানন্দ চক্রবর্ত্তী অদুগা ভক্ত কৃষ্ণদাস—মখোয়শুনী।

## মূল ৭০

আচার্য্য গোসাঞির শিষ্য চক্রবর্ত্তী শিবানন্দ।
নিরবধি তাঁর চিত্তে শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ ॥ ৭০ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য গোসাঞির—শ্রীল অদ্বৈত আচার্য্য গোস্বামীগী, শিষ্য—শিষ্য, চক্রবর্ত্তী শিবানন্দ—শিবানন্দ চক্রবর্ত্তী, নিরবধি—মতম পুম্বদা, তাঁর—মহাক্কী চিত্তে—থম্মোইদা, শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দ—শ্রী শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দবু (চেৎনা কোল্লী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিবানন্দ চক্রবর্ত্তী শ্রীল অদ্বৈতাচার্য্যগী শিষ্যনী। মতমপুম্বদা মাগী মবুক্তা শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দ অনীবু খন্দুনদা লৈ।

## মূল ৭১

আর যত বৃন্দাবনবাসী ভক্তগণ।
শেষ লীলা শুনিতে সভার হৈল মন ॥ ৭১ ॥

### শব্দার্থ

আর—অতৈ, যত—খিবিক, বৃন্দাবনবাসী—বৃন্দাবনধামদা বাস

তৌরম্বা, ভক্তগণ—ভক্তশিং, শেষলীলা—গৌরাঙ্গগী শেষ লীলা, শুনিতে—নাকোঙনা তাবগী; সভার—পুম্নমক্কী, হৈল—ওইখি, মন—পুক্কীও।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৈ বৃন্দাবনধামদা বাস-তৌরম্বা ভক্তশিং পুম্নমক্কা শ্রীগৌরাঙ্গগী শেষলীলা শ্রবণ তৌনীঙলম্মী।

## মূল ৭২

মোরে আজ্ঞা করিলা সভে করুণা করিয়া।
তা-সভার বোলে লিখি নির্লজ্জ হইয়া॥ ৭২॥

### শব্দার্থ

মোরে—ঐঙোন্দা (কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীদা), আজ্ঞা—য়াথং, করিলা—তাউথবিখি, সভে—পুম্নমক্কা, করুণা করিয়া—চান্‌বিহুনা, তা-সভার—মখোয় খ্বাইগী, বোলে—য়াথংনা, লিখি—ইবনী, নির্লজ্জ—ইকাইনাইদবা, হইয়া—ওইহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পুম্নমক্কা চান্‌বিহুনা ঐঙোন্দা য়াথং পীবিখি। মখোয় খ্বাইগী য়াথংনা ইকাই-ইকি থাদোকুনা (চৈতন্যচরিত) ইবনী।

## মূল ৭৩

বৈষ্ণবের আজ্ঞা পাঞা চিন্তিত অন্তরে।
মদনগোপালে গেলাঙ আজ্ঞা মাগিবারে॥ ৭৩॥

### শব্দার্থ

বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী, আজ্ঞা—য়াথং, পাঞা—ফংহুনা, চিন্তিত—বানা খল্লবা, অন্তরে—পুক্কীঙগা (লোয়ননা), মদনগোপালে—শ্রীমদনগোপালগী নাক্তা, গেলাঙ—চৎলে, আজ্ঞা—য়াথং, মাগিবারে—নিরুনবা হায়দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণবশিংগী যাথং ফংলতুনা পুক্নীঙদা চিন্তা তৌনা তৌনা শ্রীশ্রীমদন-গোপালগী য়াথং নিরুগে হায়না শ্রীশ্রীমদনগোপালগী মন্দিরদা চৎলী।

## নৈনফরোল

শ্রীশ্রীমদনগোপাল বিগ্রহসি শ্রীলঅদ্বৈতপ্রভুনা লাৎলম্বনী।

## মুল ৭৪

দর্শন করিয়া কৈলুঁ চরণবন্দন।

গোসাঞিদাস পূজারি করেন চরণসেবন ॥ ৭৪ ॥

## শব্দার্থ

দর্শন করিযা—য়েংদুনা, কৈলুঁ—তৌরম্মী, চরণ-বন্দন—খোঙদা খুরুম্বা, গোসাঞিদাস—গোসাঞিদাস কৌবা, পূজারি—পূজারিনা করেন—তৌয়ি, চরণসেবন—লাইগী চরণ-সেবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশ্রীমদনগোপালবু দর্শন তৌজরগা খুয়াখাদা ঐনা খুরুমজখি। মন্দিরগী পূজারি গোসাঞিদাস কৌবদুনা লাইগী চরণসেবা তৌরম্মী।

## মুল ৭৫

প্রভুর চরণে যদি আজ্ঞা মাগিল।

প্রভুকণ্ঠ হৈতে মালা খসিয়া পড়িল ॥ ৭৫ ॥

## শব্দার্থ

প্রভুর—শ্রীশ্রীমদনগোপাল প্রভুগী, চরণে—খুয়াখাদা; যদি—মতমদা, আজ্ঞা—য়াথং, মাগিল—নিজখি, প্রভুকণ্ঠ হৈতে—প্রভুমদন-গোপালগী ওক্শম্দগী, মালা—লৈ-পরেং, খসিয়া—নাম্থদুনা, পড়িল—তাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী চরণ-খাদা (লাইরীক ইবগীদমক) য়াথং নিজখিবা মতমদা প্রভুগী কণ্ঠদগী লৈ-পরেং নাম্থরকুনা তারকখি।

## মূল ৭৬

সর্ব্ববৈষ্ণবগণ হরিধ্বনি দিল।

গোসাঞিদাস আনি মালা মোর গলে দিল ॥ ৭৬ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্ব—পুম্নমক, বৈষ্ণবগণ—বৈষ্ণবশিংনা, হরিধ্বনি—হরি হরি শোন্‌বা, দিল—তৌরম্মী, গোসাঞিদাস—শ্রীগোসাঞিদাস, আনি—পুরক্লুনা, মালা—লৈপরেং, মোর—ঐগী, গলে—গুক্তা, দিল—হুক্লুরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুগী কণ্ঠদগী লৈপরেং হেক নাম্বরকপত্নদা ) বৈষ্ণবশিং পুম্নমক্না খোলহৌনা 'হরিবোল' হায়না লাউখি। ( শ্রীমদনগোপালগী পূজারি ) গোসাঞিদাসনা মালা পুরক্লুনা ঐগী গুক্তা হুকপীরে।

## মূল ৭৭

আজ্ঞামালা পাঞা মোর হইল আনন্দ।

তাহাঁই করিনু এই গ্রন্থের আরম্ভ ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

আজ্ঞামালা—যাথংগী মালা ; পাঞা—ফংদুনা ; মোর—ঐগী, হইল—ওইখি, আনন্দ—নুংঙাইবা, তাহাঁই—মফমদুমক্তদা, করিনু—তৌখি, এই গ্রন্থের—লাইরীকসিগী, আরম্ভ—হৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যাথং-তাকপা মালা ফংলদুনা ঐহাক নুংঙাইজখি। মফম অদুমক্তদা লাইরীক অসি ইবা হৌজখি।

## মূল ৭৮

এই গ্রন্থ লেখায় মোরে মদনমোহন।

আমার লিখন যেন শুকের পঠন ॥ ৭৮ ॥

### শব্দার্থ

এই—অসি, গ্রন্থ—লাইরীক, লেখায—ইহন্‌বনী, মোরে—ঐবু, মদনমোহন—শ্রীমদনমোহনজীনা, আমার—ঐনা, লিখন—ইবদি, যেন—গুম্মী, শুকের—ভেনবাগী, পঠন—পাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীকসি শ্রীমদনমোহনজীনা ঐবু ইহনবনী। ঐন ইবদি তেনবানা লাইরীক পাবগুম্বনি।

## মুল ৭৯

সেই লিখি, মদন গোপাল যে লিখায়।

কাষ্ঠের পুত্তলী যেন কুহকে নাচায়॥ ৭৯॥

### শব্দার্থ

সেই—মতুমক, লিখি—ইজে, মদনগোপাল—শ্রীমদনগোপালজীনা, যে—মতু, লিখায়—ইহল্লী, কাষ্ঠের—উগী, পুত্তলী—উনা শাবা হং, যেন—গুম্না, কুহকে—হংজগোই শাহনবা মীনা, নাচায়—জগোই শাহল্লী,

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদনগোপালজীনা ইহনবনা ঐনা ইবনী। উগী হ বু জগোই-শাহনবা মীনা হংবু জগোই শাহনবগুম্বনী।

### নৈনরোল

লাইরীক অদু লেংবদা কবিরাজ গোস্বামীগী মছামক্তী ওইবা থবক করিমতা যাওদে, অদুনা মাবু নিমিত্ত ওইহল্লগা শ্রীমদনগোপালজীনা লাইবীকু ইবনী হায়তুনা কবিরাজ গোস্বামী মছাগী দৈন্য ফোঙদোক্লিবনী।

## মুল ৮০

কুলাধিদেবতা মোর মদনমোহন।

যাঁর সেবক-রঘুনাথ রূপ সনাতন॥ ৮০॥

### শব্দার্থ

কুলাধিদেবতা—শাগৈগী অধিদেবতা, মোর—ঐগী, মদনমোহন—শ্রীমদনমোহনজী, যাঁর—মহাক্কী (শ্রীমদনগোপালগী) সেবক—সেবা-চংপা মী, রঘুনাথ—শ্রীল রঘুনাথ ভট্ট; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী, সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদনমোহন-দি ঐগী কুলাধিদেবতানী, মহাক্কী সেবকশিংদি শ্রীরঘুনাথ ভট্ট, শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বামীনী।

## নৈনরোল

শ্রীবিগ্রহ অতে লৈনা লৈনা কবিরাজ গোস্বামীনা ইহান হান্না শ্রীশ্রীমদনগোপালগী যাথং নিকবগী মরমদি অসিনী। শ্রীলরঘুনাথ, শ্রীলরূপ সনাতনখোযসি কবিরাজ গোস্বামীগী শিক্ষাগুরু ওইরম্মী, কনা কনা-গুম্বনা হায়বস্লু শ্রীলরঘুনাথ ভট্টদি কবিরাজ গোস্বামীগী দীক্ষাগুরুসু ওইবনী হায। মখোয় লোইনমক্না শ্রীশ্রীমদনগোপালগী সেবা তৌরম্মী, মরমতুনা মদনগোপাল মহাক্কী কুলদেবতা (শাগৈগী লাই)-নী। মরমসিনা খ্বাইপুম্বদগী হান্নমা মহাক্না মদনগোপালগী য়াথং নিরুবনী।

## মূল ৮১

বৃন্দাবনদাসের পাদপদ্ম করি ধ্যান।
তাঁর আজ্ঞা লঞা লিখি যাহাতে কল্যাণ ॥ ৮১ ॥

## শব্দার্থ

বৃন্দাবনদাসের—শ্রীলবৃন্দাবনদাসগী, পাদপদ্ম- খোঙ-থম্বালবু, করি—তৌজে, ধ্যান—ধ্যান ( খনবা ), তাঁর—মাগী, আজ্ঞা—য়াথং, লঞা—লৌতুনা লিখি—ইবনী, যাহাতে—মতুদা, কল্যাণ—মঙ্গল ( য়াইফবা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলবৃন্দাবনদাসগী খুয়াথম্বালবু ধ্যান তৌজে। মঙ্গল ওইনবা হায়তুনা মহাক্কী যাথং লৌজরগা ইজবনী।

## নৈনরোল

কবিরাজ-গোস্বামীনা ধ্যান তৌতুনা শ্রীলবৃন্দাবনদাস ঠাকুরগী য়াথংসু লৌজে। চৈতন্যলীলাগী ব্যাস-দি বৃন্দাবনদাস ঠাকুরনী, মরমতুনা চৈতন্য-লীলা বর্ণন তৌবগী অধিকারদি মহাক্কীনী; মহাক্না চানবিতুনা কনাগুম্বা অমদা বর্ণন-গী অধিকার পীরবদা মীতুনা বর্ণন তোবা ওমগনী, মহাক মঙবা

অতৈ অমগী চিত্তদা লীলাসিগী ফুরণ ওইবা ওয়ৌই। মরমত্তুনা কবিরাজ-গোস্বামীনা বৃন্দাবনদাস ঠাকুরগী য়াথং লৌরিবনী।

৮২

চৈতন্যলীলাতে ব্যাস— বৃন্দাবনদাস।
তাঁর কৃপা বিনা অন্যে না হয প্রকাশ ॥ ৮২ ॥

**শব্দার্থ**

চৈতন্যলীলাতে—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী লীলাদা ; ব্যাস—ব্যাসমুনিনী, বৃন্দাবনদাস – শ্রীবৃন্দাবনদাসনা, তাঁর – মহাকী, কৃপা—থৌজাল, বিনা —নত্তনা, অন্যে—অতোপ্পনদি, না হয়—ওইরোই, প্রকাশ ফোঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যলীলাদি বৃন্দাবনদাসনা ব্যাস-নী, মহাকী কৃপা নত্তনদি অতোপ্পা অমনা লীলা বর্ণন তৌবা ওয়ৌই।

মূল ৮৩

মূর্খ নীচ ক্ষুদ্র মুঞি বিষয়লালস।
বৈষ্ণবাজ্ঞা-বলে করি এতেক-সাহস ॥ ৮৩ ॥

**শব্দার্থ**

মূর্খ— অপঙবা, নীচ —অতোনবা, ক্ষুদ্র—অপীকপা, মুঞি—ঐ, বিষয়লালস—সংসার-বিষয়-পাম্নবা বৈষ্ণব-আজ্ঞা-বলে—বৈষ্ণবকী য়াথংনা ইপাঙ্গল ওইরগা, করি – তৌয়ি, এতেক—অসুক, সাহস – থৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক্তি অপঙবনী, অতোনবনী, পীশক-পীকপনী অদুগা ইন্দ্রিয় পেনবদা পাম্বা মীনী। অদুবু বৈষ্ণবশিংগী য়াথংনা ইপাঙ্গল ওইরগা থৌনা অসুক ফরুবনী।

মূল ৮৪

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-চরণের এই বল।
যাঁর স্মৃতে সিদ্ধ হয় বাঞ্ছিত-সকল ॥ ৮৪ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপ রঘুনাথ চরণের—শ্রীলরূপগোস্বামীগী অমসুং শ্রীলরঘুনাথ গোস্বামীগী থুয়ানা পীবিবা, এই বল—ইপাঙ্গল অসি, যাঁর—মখোযবু, স্মৃতে—নীঙশীঙবদা, সিদ্ধ হয—থুংঙী, বাঞ্ছিত—অপাম্বা, সকল—পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক্কী পাঙ্গল অসি শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথদাসগী চরণ-কৃপানা ওইবনী। মখোইবু নীঙশীঙবদা নীঙজবা পুম্নমক থুংঙী।

## মূল ৮৫

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ।

চৈতন্য চরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস। ৮৫ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে শ্রীলরূপ গোস্বামী অমসু, শ্রীলরঘুনাথ দাস গোস্বামী, পদে—মখোঙদা, যার আশ—মহাক্কী আশা, চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্য-চরিতকী মশক ওইবা অমৃতবু কহে—হাযজৈ, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীলরঘুনাথ দাস গোস্বামীগী খুযা-থম্বালদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা চৈতন্যচরিতামৃত লেংজৈ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে গ্রন্থকরণে বৈষ্ণবাজ্ঞারূপকথনং নাম অষ্টমপরিচ্ছেদঃ।

---

# আদি লীলা

## মাপলগুবা পরিচ্ছেদ

মুল ১

তং শ্রীমৎ কৃষ্ণচৈতন্যদেবং বন্দে জগদ্গুরুম ।
যস্যানুকম্পয়া শ্বাপি মহাব্ধিং সন্তরেৎ সুখম্ ॥ ১ ॥

**শব্দার্থ**

তম্ — মখোন্দা , শ্রীমৎকৃষ্ণচৈতন্যদেবম্ — শ্রীমৎকৃষ্ণচৈতন্যদেবদা ; বন্দে — খুরুমজৈ , জগদ্গুরুম্ — জগৎকী গুরুদা ; যস্য — মহাক্কী , অণুকম্পয়া — চান্‌বীবনা , শ্ব-অপি — হূঈ ফাওবা , মহা-অব্ধিম — মহাসাগর , সন্তরেৎ — ঈরোয়দুনা লান্থোকয়ি , সুখম্ — ইলায়-লাযনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না চানবিবনা হূঈ ফাওবা ঈরোয়রগা ঈলায়-লায়না মহাসাগর লান্থোকপা ঙম্লিবা — অদুগুম্বা শ্রীমৎকৃষ্ণচৈতন্যদেব জগৎগুরুদুবু ঐনা খুরুমজৈ ।

**তৈনবোল**

শ্লোকসি শ্রীশ্রীহরিভক্তিবিলাসগী দ্বিতীয-বিলাসগী অহান্‌বা শ্লোক অদুনী ।

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা কৃষ্ণপ্রেম যেনবগী মহিমাবু বর্ণন তৌবগী মতাঙদা গ্রন্থকার কবিরাজ গোস্বামীনা মছাবু ঙমদবা মীনী খঞ্জদুন। শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী কৃপা নিজরি । মহাপ্রভুগী কৃপানা হূঈ অমনফাওবা মহাসমুদ্র লান্থোকপা ঙম্বনীনা মহাক্কী কৃপাবু ফংলবদি মহাক্কী প্রেম-য়েন্‌বগী মহিমাবু বর্ণনা তৌবা কবিরাজ গোস্বামীসু ঙমফম থোকয়িনা হায়রিবনী ।

মুল ২

**জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্র ।**
**জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় জয় নিত্যানন্দ ॥ ২ ॥**

## শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজরি, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্র গৌরহরি কৌবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু; জয়—খুরুমজে, অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যবু, জয় জয়—খুরুমজে; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরহরি কৌবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু খুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য প্রভুবু খুরুমজে। শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু খুরুমজে।

## মূল ৩

জয় জয় শ্রীবাসাদি গৌরভক্তগণ।

সর্ব্বাভীষ্ট-পূর্ত্তিহেতু যাঁহার স্মরণ ॥ ৩ ॥

## শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজে, শ্রীবাস-আদি—শ্রীবাস-নচিংবা; গৌরভক্তগণ—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভক্তশিংবু, সর্ব্ব-অভীষ্ট—অনীওবা পুম্নমক, পূর্ত্তিহেতু—থুংনবগীদমক, যাঁহাব স্মরণ—মখোয়বু নীশিঙবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী শ্রীবাস-নচিংবা ভক্তশিংবু খুরুমজে। অনীওবা পুম্নমক থুংননবগীদমক মখোযবু নীওশীঙবনী।

## মূল ৪

শ্রীরূপ, সনাতন, ভট্ট রঘুনাথ।

শ্রীজীব, গোপাল দাস রঘুনাথ ॥ ৪ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী, সনাতন—শ্রীলসনাতন গোস্বামী, ভট্ট রঘুনাথ—শ্রীলরঘুনাথ ভট্ট গোস্বামী, শ্রীজীব—শ্রীল জীব গোস্বামী, গোপাল ভট্ট—শ্রীল গোপাল ভট্ট গোস্বামী, দাস রঘুনাথ—শ্রীলরঘুনাথ দাস গোস্বামী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ, সনাতন, রঘুনাথ ভট্ট, শ্রীজীব, গোপাল ভট্ট, রঘুনাথ দাস হাযবা গোস্বামী তরুকপুস্তু ঐনা নীঙশীঙজরি।

**মূল ৫**

এ-সব প্রসাদে লিখি চৈতন্যলীলাগুণ ।
জানি বা না জানি—কবি আপন-শোধন ॥ ৫ ॥

**শব্দার্থ**

এ-সব—পুম্নমকসিগী, প্রসাদে—কৃপানা, লিখি—ইবনী ; চৈতন্য-লীলা-গুণ—শ্রীমন চৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলা অমদি গুণশিং ; জানি—খঙজ্রা, বা—নত্রগা, না জানি—খঙদবরা, করি—তৌজে, আপন-শোধন—ইছাবু শেংদোকপা হাযবদি পুক্নীঙগী অমোংপা শেংদোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণব অমদি গুরুশিং অসিনা চানবিবনা ঐনা শ্রীমনচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলা-গুণশিংবু ইজবনী। খঙবরা খঙদবরা ঐহাক্না ইরুবদি ইছাগী চিত্ত শেংদোক্নবগীদমক্তনী।

**তাৎপর্য্য**

শ্রীচৈতন্যগী লীলা-গুণশিংগী মতীক-মযাইদি অঙকপনী, করিগুম্বা মওং অমা নত্রগা অমদা মহাক্কী লীলাগুণগা মরী লৈনরুবা মী অমগী চিত্তদুদা লৈরম্বা অমোংপা পুম্বা কোকয়ি। মৈগী চারুবা পাঙ্গল লৈবগুম্না চিত্তবু শেংদোকপা হাযবসি লীলাগুণশিংগী ওইবা ধর্ম্মনী। মৈগী চারুবা পাঙ্গল লৈ হাযবসি খঙজ্রগসু কনাগুম্বনা থুংনা হেক শোকপগা থুংতু চাক্নী, মতৌ অদুগুম্না শ্রীমন মহাপ্রভুগী লীলাগুণ খঙজ্রবসু অদুগা মদুবু বর্ণনা তৌবগী পাঙ্গল লৈত্রবস বর্ণন তৌগে হাযনা হেক হোৎনবমক্তদা লীলা-গুণশিংদুগী শাক্ত না বর্ণন-তৌবা মীদুগী চিত্তদা লৈরম্বা অমোংপদু কোকহল্লী।

**মূল ৬**

মালাকারঃ স্বয়ং কৃষ্ণ প্রেমামরতরুঃ স্বয়ম্ ।
দাতা ভোক্তা তৎফলানাং যস্তং চৈতন্যমাশ্রয়ে ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

মালাকারঃ—মালী, লৈকোন-পাম্নবা ; স্বয়ম্—মত্থামক ; কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণ , প্রেম—নুংশিবা , অমরতরুঃ—শিদবা পাম্বী , স্বয়ম্—মত্থামক ; দাতা—অপীবা মী , ভোক্তা—চারিবা মী , তৎ-ফলানাম্—( উপাম্বী ) অদুগী উহৈশিংগী , যঃ—মহাক , তম্—মহাকতুদা , চৈতন্যম্—শ্রীচৈতন্য-মহাপ্রভুদা , আশ্রয়ে—চঙজৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক মত্থামক্না হৈকোন-লৈকোন-পাম্নবা ওইবা, মত্থামক্না কৃষ্ণপ্রেম কৌবা শিদবা পামেল অদু ওইবা, অদুগা মহাক্না পামেলঅদুগী উহৈবু দান তৌবা ( পীথোকপিবা ) অমদি চারিবা মী অদু ওইবিবা—অদুগুম্বা শ্রীমন চৈতন্যপ্রভুগী মফমদা চঙজরি।

### মূল ৭

প্রভু কহে-আমি 'বিশ্বম্ভর' নাম ধরি।
নাম সার্থক হয়, যদি প্রেমে বিশ্ব ভরি॥ ৭॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা হায় আমি—ঐ , বিশ্বম্ভর নাম—বিশ্বম্ভর ( তাইবংবু য়োকপা ) ( হায়বা মিং ) , ধরি—লৌয়ি , নাম—মিং , সার্থক—মহৈ-য়ান্‌বা , হয—ওইগনী , যদি—বদি , প্রেমে—কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বষ্থনা , বিশ্ব—তাইবং পান্‌ববু , ভরি—থল্‌হল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা হায়—ঐগী 'বিশ্বম্ভর' হায়বা মিং লৈরে। ঐনা বিশ্ব-পুম্নবু কৃষ্ণপ্রেমনা থল্‌হল্লবদি ইমিংসে মহৈ য়ানুগনী।

### মুল ৮

এত চিন্তি লৈল প্রভু মালাকার-ধর্ম।
নবদ্বীপে আরম্ভিল ফলোদ্যান-কর্ম॥ ৮॥

## শব্দার্থ

এত—অসি ময়াম, চিন্তি—খল্লগা, লৈল—লৌখি ; প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা ; মালাকার-ধর্ম্ম—মালীগী থবক, নবদ্বীপে—শ্রীনবদ্বীপ ধামদা, আরম্ভিল—হৌখি, ফল-উদ্যান—হৈকোনগী, কর্ম্ম থবক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম অসি খল্লগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মালীগী ধর্ম্ম লৌখি। শ্রীনবদ্বীপ ধামদা হৈকোন শেম্নগী থবক হৌগংখি।

## মূল ৯

শ্রীচৈতন্য মালাকার পৃথিবীতে আনি।

ভক্তিকল্পতরু রপিলা সিঞ্চি ইচ্ছাপানী। ৯ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, মালাকার—মালী ; পৃথিবীতে—মালেম-লৈবাক্তা, আনি—পুরক্লুনা, ভক্তি-কল্পতরু—ভক্তিগী মশক ওইবা কল্পবৃক্ষ, রপিলা—থাম্মী, সিঞ্চি—চাইত্তুনা, ইচ্ছা-পানী—অনীওবা কৌবা ঈশীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন মহাপ্রভুনা মালী ওইত্তুনা ভক্তিগী মছক ওইবা কল্প-বৃক্ষ অদু পৃথিবীদা পুরক্লগা থাখি অদুগা মাগী ইচ্ছানা ঈশীঙ ওইনা পাম্বীদুদা চাইরগা পাম্বীদু মরেপ তাল্হনখি।

## তৈনবোল

ভক্তিনা মুল্লবা ফীভম য়োরবদা কৃষ্ণপ্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) হাযবদু পোকয়ি, মরমদুনা প্রেমদুবু ভক্তিগী মছক ওইবা পামেলগী উহৈ ওইনা খন্বা য়াই। ভক্তিগী মছক ওইবা পামেন্দা প্রেমগী মছক ওইবা ফল য়াল্লী হায়দুনা অদুগুম্বা পামেন্দু থাখি। ভক্তি-পামেল অসি প্রভুনা নবদ্বীপ কৌবা হৈকোন্দা থাখিবনী। মসিগী তাৎপর্য্য-অর্থদি অসিনী—নবদ্বীপকী হৈকোন্দা ভক্তিবৃক্ষ থাখিবদুদা কৃষ্ণপ্রেম হায়বা উহৈ য়াল্লী, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-খাদা প্রেম ফংগে হাযরবদি নবদ্বীপকী জ্ঞান-বু যুম্ফম ওইহল্লগা ভজন

তৌবা হৌগদবনী। নবদ্বীপকী ভজন হায়বদি পরিকরগা লোয়ননা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভজন হায়বনী। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী ভজন য়াওদনদি শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা পায়ম্বা ব্রজপ্রেম হায়বস্তু ফংবা যারোই। উ-মখোঙদা ঈশীঙ হৈরগা উকোন্গী পাম্বীচারাতু হম্-হম্ চাউখৎলকয়ি। প্রভুগী উকোনগী ভক্তি কল্পবৃক্ষতুদি প্রভুগী ইচ্ছাতনা হম্-হম চাউনা মরেপ তানখি। হাযবদি প্রভুগী ইচ্ছাতনা ভক্তিবৃক্ষতুগী মশা-মরেংগী মছক ওইবা ভক্তশিংগী মথীঙ হেক্লংখি।

## মূল ১০

জয় শ্রীমাধবপুরী কৃষ্ণপ্রেমপূর।

ভক্তিকল্পতরুর তেঁহো প্রথম অঙ্কুর ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

জয়—থুরুমজে, শ্রীমাধবপুরী—শ্রীলমাধবেন্দ্রপুরীদা, কৃষ্ণপ্রেমপুর—কৃষ্ণপ্রেমগী সমুদ্র; ভক্তিকল্পতরুর—ভক্তি কৌবা কল্পবৃক্ষগী, তেঁহো—মহাক্না (শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীনা), প্রথম—অহানবা, অঙ্কুর—ময়োল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেমগী সমুদ্র-ওইবা শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীবু থরুমজে। মহাক ভক্তি কৌবা কল্পবৃক্ষগী অহান্বা চোংবা ময়োল্লী।

## নৈনরোল

ভক্তিবু কল্পবৃক্ষগা চাংদম্নরি। ভক্তি-পাম্বীসিগী ময়োল্দি (অঙ্কুরদি) শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র পুরীনী হায়রি। মহাক কৃষ্ণপ্রেমপূর হায়বদি কৃষ্ণ-প্রেমগী সমুদ্রগা পাংথক্লী। সমুদ্রদগী ঈশীঙগী মনিল কাখৎলক্তুনা নোং ৫ই, নোংহুনা ঈশীঙ ওইদুনা পৃথিবীদা তারগা ঈতুঙফম্ পুম্নবু থলহল্লী মতুদগী মীশিংনা ঈশীঙ ফংঙী। মতৌসুম্না সমুদ্রদগী পরম্পরা ৫ইনা মী পুম্নমক্না ঈশীঙ ফংহনা লাক্লি। মতৌ অদুগুম্না শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীদগী পরম্পরা ওইনা জীবনা প্রেম ফংখিবনী হায়দুনা মহাকপু কৃষ্ণপ্রেমগী সমুদ্র-নী হায়রিবনী। সাক্ষাৎ ওইনদি শ্রীমন মহাপ্রভুদগী বিশ্ববাসী জীবনা কৃষ্ণ প্রেম ফংবনী, লৌকিক লীলাদদি শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মহাকী দীক্ষাগুরু শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীদগী প্রেম ফংখি (হায়বদি অদুগুম্না লীলাগী অভিনয়

তৌখি )। অদুগা শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীনা শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীদগী দীক্ষা লৌহুনা প্রেম ফংখিবনী। মরমদুন' জীবনা প্রেম ফংবগী মথও মনাওগী বা হায়রগদি শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীনা মুল ( মকোক ) হায়বদুনী ; মরমদুনা মহাকপু ভক্তি-পামেলগী অঙ্কুর ( মযোল ) কৌরিবনী।

## মূল ১১

শ্রীঈশ্বরপুরীরূপে অঙ্কুর পুষ্ট হৈল।
আপনে চৈতন্যমালী স্কন্ধ উপজিল ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীঈশ্বরপুরীরূপে—শ্রীঈশ্বরপুরী ওইনা, অঙ্কুর—( প্রেমগী ) মযোল্দু, পুষ্ট—যোল্লগা চাউরকপা, হৈল—ওইবে, আপনে—মছামক্না, চৈতন্য মালী—শ্রীচৈতন্য কোবা মালী, স্কন্ধ—মউ, উপজিল—ওইনা হৌগৎলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তি পামেন্দুনা শ্রীঈশ্বরপুরী ওইনা হম্ হম্ চাউখৎলম্মী, অদুদগী শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু কোবা মালী ( হৈকোন্-শওবা ) মহাক মছামক্না ভক্তি-পাম্বীদুগী মউ ওইনা হৌগৎলম্মী।

## মুল ১২

নিজাচিন্ত্যশক্ত্যে মালী হৈয়া স্কন্ধ হয়।
সকল শাখার সেই স্কন্ধ মূলাশ্রয় ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

নিজাচিন্ত্যশক্ত্যে—মছামক্কী রাখল্লা-লামওমদ্রবা শক্তিনা, মালী হৈয়া—মালী ওইনা ওইনা, স্কন্ধ—মউ, হয়—ওই ; সকল শাখার—উশা পূম্নমক্কী, সেই মহাক্মক্না, স্কন্ধ—মউ, মূলাশ্রয়—থোরককম মরুনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মালী ওইনা মছামক্কী অচিন্ত্য শক্তি শীজিন্নদুনা ভক্তি-পামেনগী মউ ( স্কন্ধ ) ওই্রখ। উশা ( শাখা ) পূম্নমক্কী মহাকমক্না থোরককম মরুনী।

## ৱৈনরোল

ময়াম্না খঙনবগদি মালীনা কদোৌঙেদমু পাম্বীগী মউ ওইদে, অদুগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুদি মহাক্কী মীনা-থন্দুনা-ফংদ্রবা শক্তিদু শীজন্নহনা মালী ওইনা পাম্বীগী মউ ওইথোকপা ঙমখি।

সকল শাখা—হায়বসিনা খঙহল্লিবদি শ্রীনিত্যানন্দনচিংবা শাখা পূম্নমকপুনী, শাখাশিংসিগী মুল-আশ্রয়দি (থোরকফম মক্কদি) শ্রীচৈতন্যগী মশক-ওইবা পাম্বীগী মউদুনী। পাম্বীগী মউদা নপ্লগা শাখা-প্রশাখাশিং (মশা-মরেংনা) উনা, উহৈ, উপান্নচিংবা পুবগুম শ্রীমন্ মহাপ্রভুবু আশ্রয় তৌরগা (মহাক্কী শক্তিনা) মহাক্কী পরিকরশিংন' জগত্তা কৃষ্ণপ্রেম যেল্লি।

## মুল ১৩-১৫

পরমানন্দপুরী আর কেশব ভারতী।
ব্রহ্মানন্দপুরী আর ব্রহ্মানন্দ ভারতী॥ ১৩॥
বিষ্ণুপুরী কেশবপুরী পুরী কৃষ্ণানন্দ।
শ্রীনৃসিংহ তীর্থ আর পুবী সুখানন্দ॥ ১৪॥
এই নব মুল নিকসিল বৃক্ষমূলে।
এই নবমূলে বৃক্ষ করিল নিশ্চলে। ১৫।

## শব্দার্থ

পরমানন্দপুরী— পরমানন্দপুরী কৌবা, আর—অদুগ, কেশব ভারতী—কেশব ভারতী কৌবা; ব্রহ্মানন্দপুরী—ব্রহ্মানন্দপুরী কৌবা, আর—অদুগা, ব্রহ্মানন্দ ভারতী—ব্রহ্মানন্দ ভারতী কৌবা, বিষ্ণুপুরী—বিষ্ণুপুরী কৌবা, কেশবপুরী— কেশবপুরী কৌবা; পুরী কৃষ্ণানন্দ—কৃষ্ণানন্দ পুরী কৌবা, শ্রীনৃসিংহতীর্থ শ্রীনৃসিংহ তীর্থ কৌবা, আর—অদুগা, পুরী সুখানন্দ—সুখানন্দপুরী কৌবা, এই—মসি, নব—মাপল, মূল—উন্ন, নিকসিল—থোরকখি, বৃক্ষমূলে— পাম্বীগী উন্নদা; এই নব মূলে—অনৌবা উন্ন মাপন অসিনা, বৃক্ষ - পাম্বীবু, করিল—ওইহল্লে, নিশ্চলে—লেঙদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পবমানন্দপুরী, কেশব ভারতী, ব্রহ্মানন্দপুরী, ব্রহ্মানন্দ ভারতী,

বিষ্ণুপুরী, কেশবপুরী, কৃষ্ণানন্দ পুরী, শ্রীনৃসিংহ তীর্থ অদুগা সুখানন্দপুরী হায়বা সন্ন্যাসী উরা মাপন অসি পাম্বীগী উরুদগী চোংথোরকপনী। মতৌ অসুম্না ( চৈতন্য কৌবা ) পাম্বীদুবু চেংনা লেঙহন্দরে।

## মুল ১৬

মধ্যমূল পরমানন্দপুরী মহাধীর।
অষ্ট দিকে অষ্ট মূল বৃক্ষ কৈল স্থির ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

মধ্যমূল—ময়ায়গী উরা, পরমানন্দপুরী—পরমানন্দপুরী, মহাধীর—য়াম্না তপ্না, অষ্টদিকে—মায়কৈ নীপান্দা, অষ্ট মূল—উরা নীপাল, বৃক্ষ—পাম্বীবু কৈল-স্থির—লেঙহল্লমদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াম্না তপ্না পরমানন্দপুরীনা ময়ায়-থংবা উরানী ( হায়বদি লৈস্থংদা চুমদ্রিংনা চত্তবা উরানী )। মায়কৈ নীপান্দনা উরা নীপাল অদু লৈহনা উপাম্বীদুবু চেংনা লেঙহল্লমদে।

## মুল ১৭

স্কন্ধের উপরে বহু শাখা উপজিল।
উপরি উপরি শাখা অসংখ্য হইল ॥ ১৭ ॥

### শব্দার্থ

স্কন্ধের—মউগী মথক্তা, বহু শাখা—উশা ময়াম, উপজিল—লোঙথোরকখি, উপরি উপরি—মথোয়গী মথক মথক্তা; শাখা—উশা, অসংখ্য—শীঙলাক ঙমদবমথৈ; হইল—লোঙথোরকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাম্বী মউগী মথক্তা উশা য়াম্না লোঙথোরকখি। মথোয়গী মথক মথক্তসু শীঙলাক-ঙমদবমথৈ উশা অমুক লোঙথোকখি।

### নৈনরোল

পাম্বীগী উরগী বর্ণনা পীরবা মতুঙদা উশাগী রা অমুক হায়রি।

পান্বী-মউগী মথক্লা উশা ময়াম লোঙখি অতুগা মথোযগীসু মথক্লা উশা ময়াম্মসু পোকখি, হায়বদি শ্রীচৈতন্যদগী আশ্রয় লৌতুনা শ্রীনিত্যানন্দন-চিংবা পার্ষদ ময়াম অমসুং পার্ষদ ময়ামসিদগী আশ্রয় লৌতুনা অমুক মথোয়গী শিষ্য-অনুশিষ্য ময়াম্না কৃষ্ণপ্রেম যেন্‌বা হৌখি।

## মূল ১৮

বিশ বিশ শাখা করি এক এক মণ্ডল।

মহা মহা শাখা ছাইল ব্রহ্মাণ্ড সকল।। ১৮ ।।

### শব্দার্থ

বিশ বিশ—কুন-কুন হাযবদি য়াম্না য়াম্না, শাখা—উশানা, করি—শেমতুনা, এক এক—অমমম, মণ্ডল—কাঙলুপ, দল, মহা মহা—অচৌ অচৌবা, শাখা—উশানা, ছাইল—কূপখি, ব্রহ্মাণ্ড সকল- ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অশুম্না চৈতন্য কৌবা পান্বীগী উশা ময়াম্না দল অমমম্ শারগা চাউর-চাউরবা উশাশিংনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্বনু শরাছম্না কূপখি।

### নৈনরোল

শ্রীচৈতন্য প্রভুগী পার্ষদ হায়বদি অথোয়বা ভক্ত অমমম্‌গী তুং ইন্‌বা ভক্ত—ময়াম তিল্লগা মণ্ডল হায়বদি দল অমমম্ লিংখিরম্মী; দল ময়ামসিনা মাযকৈ মায়কৈদা চৎতুনা কৃষ্ণপ্রেম য়েনখি।

## মূল ১৯

একৈক শাখাতে উপশাখা শত শত।

যত উপজিল শাখা, কে বর্ণিবে কত।। ১৯ ।।

### শব্দার্থ

এক এক—অমমম্, শাখাতে উশাদা; উপশাখা—উশাদগী লোঙ-থোরকপা উশা মচা; শত শত—চাম-চামনী হায়বদি য়ামখ্রে; যত—কয়ামূক, উপজিল—পোক্লম্মী, শাখা—উশা, কে—কনানা, বর্ণিবে—হায়গনী; কত—কয়ানো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উশা অমমম্দা উশা মচা চামা-চামা চোংথৎলম্মী। উশা লোঙথোক্লম্বদো কয়ানো হায়বা কনানা হায়গনী ?

মুল ২০

মুখ্য মুখ্য শাখাগণের নাম অগণন।

আগে ত করিব, শুন বৃক্ষের বর্ণন ॥ ২০ ॥

শব্দার্থ

মুখ্য মুখ্য - মচীম্বোংবা, শাখাগণের—উশাশিংগী, নাম—মিংদি, অগণন—শীঙথা-ঙমদব্নী, আগে ত—মতূঙদা, করিব—(বর্ণন) তৌরক্কে, শুন - ( হৌজিক ) তাবিয়ু, বৃক্ষের—পাম্বীগী, বর্ণন—ৱারোল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচীম্বোংবা উশাশিংগী মমিংশিংদি মশীঙ থীবা ঙম্বা নত্তে, মথোযদু মতূঙদা বর্ণন তৌরক্কে, হৌজিক্তি উ-পাম্বীদুগী ৱা তাবিয়ু।

মুল ২১

বৃক্ষের উপরে শাখা হৈল দুই স্কন্ধ।

এক অদ্বৈত নাম আর নিত্যানন্দ ॥ ২১ ॥

শব্দার্থ

বৃক্ষের—উ-পাম্বীদুগী, উপরে—মথক্তা, শাখা—উশা, হইল—ওইখি; দুই—অনী, স্কন্ধ মউ, এক - অমনা, অদ্বৈত নাম—শ্রীঅদ্বৈত কৌবা, আর—অতোপ্পা অমনা, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উপাম্বীগী মথক্তা উশানা মউ অনী ওইরে। অমগী মিংনা শ্রীঅদ্বৈত, অমগীনা শ্রীনিত্যানন্দ-নী।

নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতগা শ্রীনিত্যানন্দগা অনীসি ঈশ্বরতত্বনীনা স্বগোয়বু শ্রীচৈতন্যগী মছক ওইবা মূল স্কন্ধদগী লোঙথোরকপা মউগুম্বা উশা অচৌবনী হায়রিবনী।

## মূল ২২

সেই দুই স্কন্ধে বহু শাখা উপজিল ।
তার উপশাখাগণে জগৎ ছাইল ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মদু , দুই—অনী ; স্কন্ধে মউগুন্বা উশাদা , বহু—ময়াম , শাখা—উশা , উপজিল—পোকখি ; তার—মখোয়দুগী , উপশাখাগণে—উশা মচাশিংনা , জগৎ—জগৎপূম্বা , ছাইল—বুপ্লে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মউগুম্বা উশা অচৌবা অনী অদুনা উশা মরোঙ মরোঙ য়াম্না লোঙখি । মখোয়দুগী অমূক উশা-মরোল কয়ামস্থু পোকুনা জগৎ শীম্থু্ংখরে ।

## মূল ২৩

বড় শাখা উপশাখা তার উপশাখা ।
যত উপজিল, তার কে করিবে লেখা ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

বড়—অচৌবা , শাখা—উশা , উপশাখা—উশামচা , তার—মখোয়দুগী , উপশাখা—উশা-মচাগী মচা , যত—অদূক য়াম্না , উপজিল—পোকখি , তার—মখোয়বু , কে—কনানা ; করিবে লেখা—ইগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উশা অচৌবা, উশা-মচা, মখোয়দুদগী লোঙথোকখিবা উশা মচা খিবিক্তো কনানা ইবা ঙমগনী ?

### তৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতগা শ্রীনিত্যানন্দগা অনীগী পার্ষদ, শিষ্য, শিষ্যগী শিষ্য, মখোয়দুগীস্থু অমূক শিষ্য, অনুশিষ্য, মখোয়দুগীস্থু অমূক শিষ্য-অনুশিষ্য ওইবা [illegible] ভক্তশিংনা প্রেম য়েন্থোকপগীদমক্তা মকম থুদিংদা চাইথোক্লী ।

### মূল ২৪

শিষ্য প্রশিষ্য আর উপশিষ্যগণ।
জগৎ ব্যাপিল - তার নাহিক গণন ॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

শিষ্য শিষ্য, প্রশিষ্য -শিষ্যগী শিষ্য, আর—অতুগা, উপশিষ্যগণ—প্রশিষ্যগী শিষ্যশিংনা, জগৎ—জগৎ, ব্যাপিল—কূপখ্রে, তার—মতুগী, নাহিক লৈতে, গণন—মশীঙ থীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিষ্য, প্রশিষ্য অতুগা উপশিষ্যশিংনা জগৎ কূপ্লম্মী, মথোয়তুগী মশীঙ থীবা ওইথোক্কে।

### মূল ২৫

উডুম্বর-বৃক্ষে যৈছে ফলে সর্ব্ব-অঙ্গে।
এইমত ভক্তিবৃক্ষে সর্ব্বত্র ফল লাগে ॥ ২৫ ॥

### শব্দার্থ

উডুম্বরবৃক্ষে - হৈবোঙ পাম্বীদা, যৈছে—গুম্না, ফলে মহৈ য়াল্লী, সর্ব্ব-অঙ্গে—মছা মউ পূম্বদা, এই মত—অসিগুম্না, ভক্তি বৃক্ষে--ভক্তি-পাম্বীদা, সর্ব্বত্র—মফম পূম্বদা, ফল লাগে— মহৈ পাল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৈবোঙ পাম্বীগী মছা মউ পূম্বদা মহৈ পান্বগুম্না ভক্তি-পাম্বীগী মছা মউ পূম্বদা মহৈ পাল্লম্মী।

### মৈনরোল

শ্রীচৈতন্যদগী হৌদুনা মহাক্কী পার্ষদশিংতুগী পার্ষদশিং অমদি শিষ্য-অনু শিষ্যশিং পূম্বমক্না শ্রীচৈতন্যগী কৃপাদগী প্রেম যেম্হোকপা মতীক চানা ঙমখি।

### মূল ২৬

মূলস্কন্ধের শাখা আর উপশাখাগণে।
লাগিল যে প্রেমফল অমৃতকে জিনে ॥ ২৬ ॥

## শব্দার্থ

মূলস্কন্ধের—মরু ওইবা মউগী, শাখা—উশা, আব—অতুগা, উপ-শাখাগণে—উশালোঙবশিংদা, লাগিল—য়াল্লম্মী, যে প্রেমফল—প্রেম-কোবা ফল অতু, অমৃতকে জিনে—অমৃতবু ভমৈজে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরু ওইবা মউগী উশা অতুগা অরোঙবা উশা-মচাশিংদা য়াল্লম্বা প্রেম-কোবা উহৈতু অমৃতবুসু ভমৈজে।

## মূল ২৭

**পাকিল যে প্রেমফল অমৃত মধুর।**

বিলায় চৈতন্যমালী—নাহি লয় মূল্য॥ ২৭॥

## শব্দার্থ

পাকিল—মূনখি, যে—মতু, প্রেম-ফল—প্রেম কোবা উহৈ, অমৃতমধুর—অমৃতমুক থুম্বা, বিলায়—য়েল্লী, চৈতন্যমালী—শ্রীচৈতন্যগী মছক ওইবা মালীনা, নাহি লয় লৌদে, মূল্য মমল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমৃতমুক থুম্বা মূল্লম্বা প্রেম কোবা উহৈতু শ্রীচৈতন্যগী মছক ওইবা মালীনা য়েস্থোকয়ি, মমল লৌদে।

## নৈনরোল

শ্রীচৈতন্যনা প্রেম যেনবদা মমল লৌদে হায়বগী অর্থদি বিধি নাইনা ভজন-সাধন তৌদবা মীদসু প্রেম ফংহনখি হায়বনী। অপরাধ তৌবরা তৌদবরা হায়বগীসু বিচার তৌখিদে। অমদসু অমদসু মহাক্না কৃপা তৌরিখি, মহাক্কী অচিন্ত্য-শক্তিগী প্রভাবতগী মহাক্না হেক নীঙবগা অপরাধীগী অপরাধ খণ্ডন তৌবিরগা খুদক্তা অপরাধী ওইরম্বা মীতুদসু প্রেম পীনবিখি।

## মূল ২৮

**ত্রিজগতে যত আছে ধন রত্নমণি।**

**একফলের মূল্য করি তাহা নাহি গণি॥ ২৮॥**

## শব্দার্থ

ত্রিজগতে- জগৎ মরোল অহুমদা , যত—অতুক ; আছে—লৈ , ধন রত্নমণি—লন, রত্ন, মণি , একফলের—উহৈ অমগী . মূল্য-মমল , করি—মশীঙ লাক্লগা , তাহা—মতু ; নাহি গণি—মশীঙ মাঁপ্পে হায়বা যাদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরোল অহুমদা লৈবা লন-রত্নমণি পুম্নমক্কী মমল লাক্লগা থোকপা শেল্‌শীঙনা প্রেম-ফল অমগী মমল য়ৌবা ঙমদে ।

## মূল ২৯

মাগে বা না মাগে কেহো- পাত্র বা অপাত্র ।

ইহার বিচার নাহি, জানে 'দিব' মাত্র ।। ২৯ ।।

## শব্দার্থ

মাগে নীরৈ , বা—নত্রগা ; না মাগে—নীবদে , কেহো—কনা-মতনা পাত্র—মতীকচাবা , বা—নত্রগা , অপাত্র—মতীকচাদবা , ইহার—মতুগী , বিচার—রাখল , নাহি—লৈতে , জানে—খঙভী , দিব—পীগনী , মাত্র ছুতা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনানা নীরৈ নত্রগা নীরদে হায়বগী কনানা মতীক চায নত্রগা চাদে হায়বগী বিচার লৈতে, 'পীগনী' হায়দুতা মখঙভী ।

## মৈনবোল

প্রেম নীরবদস্‌সু পীরম্মী অদুগা নীরদবা মীদস্‌সু পীরম্মী । প্রেম ফংবদা মতীক-চাব। মী হায়বদি শুদ্ধচিত্ত ওইবা মীদস্‌সু পীরম্মী, অদুগা মতীক চাদবা হায়বদি মলিন-চিত্ত ওইবা মীদস্‌সু পীরম্মী । ( তৌবগীবুদি মতীক-চাদবগী চিত্তগী অমোৎপতু শ্রীমন মহাপ্রভুগী অচিন্ত্য শক্তিনা কোকহল্লগা পীরম্বনী ) । থৌজান-হৈবদা থমথেংলবা শ্রীচৈতন্যদেবনা প্রেম পীরম্বা মতমদা করিগুম্বা বিচার নাইরমদে, অত্তোপ্পা মরম অমতম্বু থিরমদে, মাগী অমতা-ভায়বা পান্দম হাযববু প্রেম-য়েন্‌বা হাযবতুনা লোইরম্লে। মরমতুনা মহাক্ন। থৃজোক থম্না মাযকৈ মরিমক্তা প্রেম চাইথোক্লম্মী, মী পূম্বনা মতু থূল্লগা চারম্মী, অদুগা মতু উরগা মহাক হুংঙাইবনা লোইরম্মী ।

### মূল ৩০

অঞ্জলি অঞ্জলি ভরি ফেলে চতুর্দ্দিশে।
দরিদ্র কুড়ায়ে খায় মালাকার হাসে॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

অঞ্জলি অঞ্জলি—খূজোক খূজোক ; ভরি—থল্লা , ফেলে—লংশেকয়ি , চতুর্দ্দিশে—মায়কৈ মরিদা , দরিদ্র—লৈত-লায়রবনা ; কুড়ায়ে—খুন্দুনা ; খায়—চায় , মালাকার—মালীনা , হাসে—নোকয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রেম-ফল অদু ) খূজোক খূজোক থল্লা মায়কৈ মরিদা চাইথোকয়ি। লৈত-লায়রবনা ( হায়বদি সাধন-ভজন তৌদবা মীনা অমদি কৃষ্ণপ্রেম-লৈতবা মীনা ) খুল্লগা চায় অদুগা মালীনা ( শ্রীচৈতন্যদেবনা হরাওদুনা ) নোকয়ি।

### মূল ৩১

মালাকার কহে—শুন বৃক্ষ পরিবার।
মূল শাখা উপশাখা যতেক প্রকার॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

মালাকার—মালীনা , কহে—হায় , শুন—নাকোঙনা তাবিযু , বৃক্ষ-পরিবার—উপান্বীগী ইমুঙ ; মূল শাখা—মরু ওইবা উশা , উপশাখা—উশাদগী লোঙথোকপা উশা-মচা , যতেক প্রকার—মখল লৈরিবা মথৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যদেবগী মশক-ওইবা মালীনা পান্বীগী ইমুঙগী মূল-শাখা অদুগা উপশাখা লৈরম্বা পুম্নমক্কা সম্বোধন তৌরম্বা হায়রম্মী।

### মূল ৩২

অলৌকিক বৃক্ষ করে সর্ব্বেন্দ্রিয় কর্ম্ম।
স্থাবর হইয়া ধরে জঙ্গমের ধর্ম্ম॥ ৩২ ॥

## শব্দার্থ

অলৌকিক—মীরয়েনগী নত্তবা, বৃক্ষ—উ-পাম্বী, করে—তৌযি, সর্ব্বেন্দ্রিয়—ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী, কর্ম—থবক, স্থাবর—চত্তবা; হইয়া—ওইরগা, ধরে—পায়, জঙ্গমের—অচৎপগী, ধর্ম—মথৌ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেম পাম্বীসে মীরয়েনগী নত্তবনীনা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী থবক তৌয়ি। চৎতবা পোৎ অমা ওইনা ওইনা অচৎপা পোৎ অমগী থবক তৌয়ি।

## মূল ৩৩

এ-বৃক্ষের অঙ্গ হয় সব সচেতন।

বাঢিয়া ব্যাপিল সভে সকল ভুবন ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

এ-বৃক্ষের—উ-পাম্বীসিগী, অঙ্গ—কায়াৎ, হয়—ওই; সব—পুম্বা সচেতন—খঙবা ( চেতন-লৈবা ), বাঢিয়া—হেঙ্গৎলক্লুনা, ব্যাপিল—শীম্মুংলম্মী, সভে—পুম্নমক্কা, সকল—পুম্বা, ভুবন—জগৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেম পাম্বীসিগী কায়াৎ লোইনমক চেতন-লৈবা ওইরম্মী। মখোয় পুম্বনা চাউবা হেঙ্গৎলক্লুনা জগৎপুম্বা শীম্মুংখি।

## মূল ৩৪

একলা মালাকার আমি কাহাঁ কাহাঁ যাব।

একলে বা কত ফল পাড়িয়া বিলাব ॥ ৩৪ ॥

## শব্দার্থ

একলা—ইথন্তা, মালাকার—মালী, আমি—ঐনা, কাহাঁ—কদায়দা; কাহাঁ—কদায়দা; যাব—চৎকনী, একলে বা—ইথন্তা, কত—কয়া, ফল—উহৈ, পাড়িয়া—হেক্তুনা, বিলাব—য়েন্‌গনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা শ্রীনিত্যানন্দনচিংবদা সম্বোধন তৌরগা হায়রম্মী) —মাল্লী ইথন্তনা কদাই-কদাইদা চংকনী? ইথন্তনা উহৈ কয়ামূক ৎেল্লগা য়েনগনী?

## মুল ৩৫

একলা উঠাঞা দিতে হয় পরিশ্রম।

কেহো পায়, কেহ না পায় রহে মনে ভ্রম॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

একলা—ইথন্তা, উঠাঞা—খুল্লগা, দিতে—পীবদা, হয—ওই, পরিশ্রম—হকচাঙ-বাবা; কেহ—কনানা, পায়—ফংলে, কেহ—কনানা, না পায়—ফংদে, রহে—লৈ, মনে—পূক্নীঙদা, ভ্রম—চিংনবা, অকাউবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উহৈশিংভু ঐহাক ইথন্তনা খুল্লগা ময়ামদা য়েন্থোকপদ্দ ৱাশনে। কনানা ফংলবা কনানা ফংদ্রিবা হাযবহু কাউদ্রনা চিংনবা অমা পোকয়ি।

## মুল ৩৬

অতএব আমি আজ্ঞা দিল সভাকারে।

যাহাঁ তাহাঁ প্রেমফল দেহ যারে তারে॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমতুনা, আমি—ঐনা, আজ্ঞা—যাথং, দিল—পীরি, সভাকাবে—লোইনমক্তা, যাহাঁ তাহাঁ—মফম অমদসু অমদসু, প্রেমফল—কৃষ্ণপ্রেম কোবা উহৈ; দেহ—পীউ, যারে তারে—মী অমদসু অমদসু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমতুনা ঐনা নখোয় পুম্নমক্তা য়াথং পীরবনী—নখোযনা মফম খুদিংমক্তা চংতুনা মী খুদিংমক্তা প্রেম ফল পীরুচো।

## মুল ৩৭

একলা মালাকার আমি কত ফল খাব।

না দিয়া বা এই ফল আর কি করিব॥ ৩৭ ॥

## শব্দার্থ

একলা—ইথন্তা, মালাকার—মালী, আমি—ঐহাক্, কত—কয়া, ফল—উহৈ; খাব—চাগনী; না দিয়া বা—পীদ্রগনা, এই ফল—উহৈসি, আর—অতৈ, কি—করি, করিব—তৌগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মালী ইথন্তনা উহৈ কয়া চাগনী? উহৈশিংসে পিজখোক্তনবু করি তৌনগদগে?

## মূল ৩৮

আত্ম-ইচ্ছা মতে বৃক্ষ সিঞ্চি নিরন্তর।

তাহাতে অসংখ্য ফল বৃক্ষের উপর ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

আত্ম-ইচ্ছা—ইছাগী অনীঙবা, মতে মওংদা, বৃক্ষ -উপাম্বীদা, সিঞ্চি—ঈশীঙ চাই, নিরন্তর -তত্তনা, তাহাতে—মতুদা, অসংখ্য—শীঙলাক ঙমদবা, ফল- উহৈ বৃক্ষের—পাম্বীগী, উপর—মথক্তা (পাল্লী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা নীঙবা মওংদা প্রেম পাম্বীদা, তত্তনা ঈশীঙ চাই। মরমতুনা উহৈ মশীঙ লাকঙমদনমথৈ উথক্তা পাল্লিবনী।

## মূল ৩৯

অতএব সভে ফল দেহ যারে তারে।

খাইয়া হউক লোক অজর-অমরে ॥ ৩৯ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—মরমতুনা, সভে—( নখোয় ) লোইনমক্না, ফল—প্রেম-কৌবা উহৈসে; দেহ—পীযু, যারে তারে—মী অমদসু অমদসু, খাইয়া—চারগা, হউক—ওইসনু; লোক—মীয়াম্না, অজর—হমুদবা, অমরে—শিদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমতুনা নখোয় লোইনমক্না মী অমদসু অমদসু প্রেম কৌবা ফল অসি পীজৌ। উইহৈসি চায়গা মীশিংতুনা হন্নুদবা অমদি শিদবা ওইসনু।

## নৈনরোল

স্বরূপকী য়েংলুবগদি জীবদি অজর-অমর ওইরিবনী, মায়াগী থৃত্তা তারুবনা মায়িক উপাধ লৌতুনা জীবনা পোকপা-শিবনচিংবগী বিষয ওইবনী। শ্রীমন্মহাপ্রভুগী অদুগা মাগী পার্ষদশিংগী কৃপানা জীবনা কৃষ্ণপ্রেম ফংবা মতমদা মায়াগী থৌরী নাম্বোক্নী, মতমতুমক্তদা জীবনা মাগী স্বরূপ অদুদা লৈরগা অজর-অমর ওইগনী। মতৌ অসুম্না, জীবনা মাগী স্বরূপ্তা লৈবা য়াননবা হায়তুনা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা পুন্নমক্তা য়াথং পীবগা লোয়ননা য়াথং পাওথোকপা ওম্বা শক্তিসু হাপ্লিখি।

## মুল ৪০

জগৎ ভরিযা মোর হবে পুণ্য-খ্যাতি।
সুখী হৈযা লোক মোর গাইবেক কীর্ত্তি॥ ৪০॥

## শব্দার্থ

জগৎ—টাইবংপান, ভরিয়া—থন্না, মোর—ঐগী, হবে—ওইগনী, পুণ্য-খ্যাতি—পুণ্য অমসুং মিংচৎ, সুখী—নুংঙাইবা, হৈয়া—ওইতুনা, লোক—মীনা, মোর—ঐগী, গাইবে—শক্নী; কীর্ত্তি মিংচৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগৎ শীন্না ঐবু পুণ্য-চেন্‌বা মীনী হায়না ঐগী মিংচৎ শন্‌গনী। মী পুম্বনা নুংঙাইরতুনা ঐগী মিংচৎ শক-শোন্‌গনী।

## মুল ৪১

ভারতভূমিতে হৈল মনুষ্যজন্ম যার।
জন্ম সার্থক করি কর পর-উপকার॥ ৪১॥

## শব্দার্থ

ভারতভূমিতে—ভারতবর্ষদা, হৈল—ওইরে, মনুষ্য জন্ম—মীওই-মপোক; যার—মহাকী; জন্ম—মপোক; সার্থক—মহৈ য়ান্‌বা, করি—

ওইহন্দুনা , ( সার্থক করি—মহৈ যাল্‌হন্দুনা ) , কর—তৌও , পর অতোপ্পগী , উপকার— কাল্লবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভারতবর্ষদা মীওই-মপোক্লা পোক্লগা মীতুগী মপোক অদু কান্নহন্নবা অতোপ্পগী কান্নবা থবক তৌও।

## নৈনরোল

পব-উপকার ( অতোপ্পগী কান্নগদবা থবক ) তৌরগদা মীওইবগী মপোক মহৈ যাল্লে হায়না শ্রীমনমহাপ্রভুনা হায়রি। অদুবু পর-উপকার হায়বসি কবিনো ? মীওইবগী অরা অংগু কোকহনবা, লৈত-লায়রবদা চেঙ-চাক ফিরোন্নচিংবা দান তৌবসু পর-উপকার মখল অমনী। অদুবু অরা-অনা পূম্নমক্কী থোয়রকফম মকুদি মায়া-লাংদা থুবনী ( মায়াবন্ধনী ), মাযাবন্ধন কোকহনবা ঙম্নবদদা জীবগী অরা-অনা মকুযুক্কা মাঙগদবনী। অদুগা মাযাবন্ধন কোকহল্লগা হায়বদি অরা-অনাগী মকু অদু যুকতংলগা কৃষ্ণপ্রেম দান তৌরবদি জীবনা মপান্নাইদ্রবা লেঙদবা মুংঙাইবা ফংবগী অধিকারী ওইগনী , প্রেম-দান অসিনা পর-উপকারগী অরোযবী পন্থুং ওইগনী হায়বা তাই।

## মুল ৪২

এতাবজ্জন্মসাফল্যং দেহিনামিহ দেহিষু।
প্রাণৈরর্থৈর্ধিয়া বাচা শ্রেয় আচরণং সদা ॥ ৭২ ॥

## শব্দার্থ

এতাবৎ—অসিযাবে , জন্ম পোকপগী , সাফল্যম্—মহৈযানবা ; দেহিনাম—শাবানবা জীবশিংগী , ইহ—পৃথিবীদা , দেহিষু—জীবশিংদা , প্রাণৈ—থরাইনা , অর্থৈঃ-লম্না , ধিয়া—বুদ্ধিনা , বাচা—রাহৈনা , শ্রেয়—মঙ্গল , আচরাম্—শাজৎ চৎপা , সদা—মতম পুম্নমক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগী মুপামচাশিংদা হায়খি—“থরাই, লন, বুদ্ধি, অমদি রাহৈনা জীবশিংগী ফননবা তৌবা শাজৎ চৎপনা জগৎসিদা জীবশিংগী মপোক মহৈ য়ানবা হায়বনী।”

## নৈনমরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোকপনী ( ১০/২২/৩৫ )।

থরাইনে, লন য় বুদ্ধিনে অমদি ৱাহৈমে—মরি অসিনা অতোপ্পগী কাম্নবা থবক তৌফম থোকয়ি। মরিমক্তী অতোপ্পগী কান্নবা তৌবদা পুথোকপা ঙম্লগদি ঙম্লিবা মীতু ধন্যনী ; মতু ঙমদবা মীনা থরাই পীথোকপা ঙমদ্রগ। লন গা বুদ্ধিগা অমদি ৱাহৈগতনা, মতুস্ু ঙমদ্রগা বুদ্ধিগা ৱাহৈ-গতনা, মতুস্ু ঙমদ্রগা ৱাহৈতনা ওইরবস্ু মীগী কান্নবা তৌগদবনী। মস্ুম তৌরবদি জীবগী মপোক মহৈ য়ানগনী।

উপাম্বীশিংনা মছাগী উনা, মপান্, মহৈ, মরুম, মরু, মকু, উ-মছামক ( কাষ্ঠ ), মনম, মখোম, উংনচিংবনা জীবশিংগী মফমদা উপকার তৌযি। মতু উবদগী শ্রীকৃষ্ণনা মাগী সথাশিংদা নৈনরিবা শ্লোকসিগী ৱাহৈশিংসে হায়খিবনী, মাগী বচন-সি মনাকোঙনা তারবা মীনা অতোপ্পগী উপকার তৌসন্নু হাযবগীদমক্নী। উ-পাম্বীশিংনা নোংজু নুংশা থাঙতুনা লৈরগা জীব-শিংদা উরুম পীনবী, মখোয়না চাদ্রবস্ু উহৈশিংতু অতোপ্পকী অরাম্বা কোকহন্নবগী পীথোকযি, মখোয়মক্কী মছাতুমক মীওইবগী চাক থোংনবা অমদি মৈ তীক্তুনা নিংথম্বা কোক্লবা হায়তুনা শীঙ ওইনা মৈদা থাহল্লী। থূদমসিগী মতূঙ ইন্না মী পুম্নমক্না মীতোপ পুম্বগী অৱাং-অপা মেন্নবা তৌগদবনী, হায়বদি চাক্লাম্বদা চাক, ফি শেংনঙাই লৈতবদা ফি অতুগা অনাবা মীদা হীদাক-লাংথক, থূদেংথীবদা তারবা মীদা চঙফম-থোকপা মতেঙ পীননবা মীপুম্নমক্না ঙম্বমখৈ হোৎনগদবনী হায়বা ৱাফমসি শ্রীকৃষ্ণগী পাওতাক্নী। অসি তৌবা ঙম্বা মীগী মপোক অতু মহৈ-য়াল্লবনী, অসি ঙমদবা মীগী মপোক্তি অরেম্বদা পোকপনী।

## মূল ৪৩

প্রাণিনামুপকারায় যদেবেহ পরত্র চ।
কর্ম্মণা মনসা বাচা তদেব মতিমান্ ভজেৎ ॥ ৪২ ॥

### শব্দার্থ

প্রাণিনাম্—জীবশিংগী ; উপকারায়—কাম্নবগীদমক, যৎ—মতু, এব—লেপ্পমক, ইহ—হন্দক্কী মপোক্তা, পরত্র—হৃযেংমূকী মপোক্তা, চ—অমসুং ; কর্ম্মণা—থবক্ক, মনসা—পুক্নীঙনা, বাচা—ৱাহৈনা, তৎ—মতু, এব—লেপ্পমক, মতিমান্—বুদ্ধি লৈবা মীনা, ভজেৎ—তৌগদবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**ছন্দকী অমদি হয়েংমুক্কী মপোক্তা জীবশিংগী উপকারগী মরম ওইবা থবক অদু খুৎনা, পুক্কীওনা অমদি রাহৈনা বুদ্ধি-লৈবা মীশিংনা তৌফম থোকয়ি।**

## নৈনশ্লোল

শ্লোকসি বিষ্ণুপুরাণ-দগী লৌথোরকপনী ( ৩/১২/৪৫ )।

**ইহকাল পরকাল** অনীমক্তা জীবশিংগী কান্নগদবদু বুদ্ধি-লৈবা মীশিংনা তৌফম থোকযি হায়রিবনী। চানগাই-লৈতবদা পীজবা, শেৎনগাই লৈতবদা শেৎনবা ফি পীবা, খুদোংথীবদা তারবা মীবু অরাবদগী কনবিবা—অসিনচিংবসে ইহকাল-দা তৌগদবা উপকারনী। উ পাম্বীনা উনানা, মপাম্না, মহৈনচিংবনা পর-উপকার তৌবসি ইহকালগী ওাক্নী। অদুবু মসিমু থাগৎনগাইনী। বিষ্ণুপুরাণগী শ্লোকসিদা যাওরিবা ইহ হায়বা শব্দসিনা রাফমসি তরংনা তাক্লি। অদুগা, নামকীর্ত্তন্নচিংবা, ভগবানগী রা নৈনবা অদুগা ভজনগী মরমদা উপদেশ পীদুনা অতোপ্পগী উপকার তৌবদি উপকার অদু পরকালগা মরী লৈনবনী। উপকারসিগী ফল ওইনা পরকালদা সংসার-মুক্তি ( পোক্ল শির পোক্ল-শির তৌদুনা অবাবা নংবদগী অরান্-খুভম ফংবা ) ওইগনী। অদুনা উপকার অসিমম্মু তৌফম থোকয়ি অমসুং থাগৎনগাইনী। ইহকালগী উপকারবুদি পরকালগী উপকাবনা হেন্না থাগৎনগাই ওইরবমু ইহকালংসি থৌশাদবদি যাদে। তশেংবদি, করিগুম্বা মতাঙদদি ইহকালগী উপকার নত্তনদি পরকালগী উপকার তৌবগী সুযোগ ওইদবা য়াই—চাবা ফংদদুনা অমদি অরাবা নংদুনা মী শিরবদি মীদুদা ভজন-গী উপদেশ কবদা মতাংদা পীগদৌরিবনো ?

**কর্ম্মণা**—খুৎনা খোঙনা নোমদুনা তৌবা থবক্তা (উপকাব তৌগদবনী)। **মনসা**—পুক্কীওনা ( তৌগদবনী ), হায়বদি পুক্কীওনমু অতোপ্পগী উপকার তৌগে হায়না খনগদবনী অদুগা লন্নাই বুদ্ধিবুমু অতোপ্পগী উপকার তৌবদা শীজন্নগদবনী। **বাচা**—রাহৈনা হায়বদি পাউতারুচিংবা পীদুনা ( অতোপ্পগী উপকার তৌগদবনী )। খ্বাইনা তাবা রা অমা লৈ, মদুদি - "সত্যং ব্রূয়াৎ প্রিয়ং ব্রূয়াৎ মা ব্রূয়াৎ সত্যমপ্রিয়ম্। — অৎইবা ঙাঙগদবনী, নুংশিবা রা ঙাঙগদবনী, অওইবা ওইরবমু নুংশিবোইদবা হাদি ঙাঙফদে।" অদুবু অতোপ্পগী উপকারতা তৌজনীঙবা মীনদি নীতিসি মতম্ পুম্বদা ইম্নীঙদে।

অতোপ্পগী উপকাবগীদমক্তা প্রিয় ওইদ্রবস্থ সত্যদি মহাক ওাওদব। ওমদে, নত্তুমক তৌফম থোকপনী। বিষ্ণুপুরাণস্থু ব্রাসিমক হায়রি—"শ্রেয়স্তত্র হিতং বাক্যং যদ্যপ্যত্যন্তমপ্রিযম্ যাম্নমক প্রিয়-নত্তবা ওইম্নবস্থু হিত-বাক্য ( কান্নগদবা ব্রা ) হাম্বনা মঙ্গলগী মছক্ৰা।"

স্থপ্পপা হাযরবদা জীবনা অতোপ্পগী উপকার তৌফম থোকযি হাযবদু নৈনরিবা শ্লোকসিদ হায়রি।

**মূল ৪৪**

মালী মনুষ্য – আমার নাহি রাজ্য-ধন।

ফল-ফুল দিয়া করি পুণ্য উপার্জ্জন॥ ৪৪ ॥

**শব্দার্থ**

মালী মনুষ্য হৈকোন-লৈকোন পান্নব মী আমাব – ঐগী, নাহি —লৈতে, রাজ্য-ধন—নিংথৌগী লৈবাক অতুগা লন, ফল-ফুল দিয়া —হৈ-লৈ পীতুনা, করি—তৌযি, পুণ্য—পুণ্য, উপার্জ্জন--তান্শনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐদি হৈকোন-লৈকোন-পান্নবা মীনী, ঐগীদি নিংথৌগী লৈবাকুপ্সা লৈবাক অতুগা শেল-থুম লৈজদে। অতুনা ঐনা হৈ-লৈ পীরগা পুণ্য তানশঞ্জে।

**মূল ৪৫**

মালী হৈয়া বৃক্ষ হইলাঙ এই ত ইচ্ছাতে।

সর্ব্বপ্রাণীর উপকার হয় বৃক্ষ হৈতে॥ ৪৫ ॥

**শব্দার্থ**

মালী—হৈকোন্-পান্নবা মী, হৈয়া—ওইতুনা, বৃক্ষ—উপাম্বী, হইলাঙ—ওইরবনী, এইত—অসে, ইচ্ছাতে—নীওবনা, সর্ব্বপ্রাণীর—জীব পুম্বগী, উপকার-কান্নবা, হয—ওই, বৃক্ষ হৈতে উপাম্বীদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মালী ওইরবস্থু ঐহাক পামজতুনা উ-পাম্বী ওইরবনী, মরমদি মতুম তৌরগা উপাম্বীদগী জীব পুম্নমক্কী কান্নবা ফংগনী।

## নৈনরোল

উ-পাম্বীনা জীব পূম্নমক্তা উপকার তৌব। ওম্মী হায়দুনা শ্রীমন্-মহাপ্রভুনা মালী ওইরবস্থ উ-পাম্বী ওইখি। মসিগী অর্থদি অসিনী—মীওইবদদা কৃষ্ণপ্রেম য়েনগদবা নত্তে, কবিমূক হায়নী শা-উচেক, তীন-কাণ্ড পূম্নমক্তা প্রেম পীগদবনী হাযব,স মহাক্না মাগী পার্ষদশিংদা হায়খিবনী।

## মুল ৪৬

অহো এষাং বরং জন্ম সর্ব্বপ্রাণ্যুপজীবিনাম্।
সুজনস্যেব যেষাং বৈ বিমুখা যান্তি নার্থিন. ।। ৪৬ ।।

## শব্দার্থ

অহো—আ॰, এষাম—মখোযসিগী ( উপাম্বীশিংগী ), বরম—অথোইবা, জন্ম—মপোক, সর্ব্বপ্রাণী উপজীবিনাম—জীবপূম্নমক্কী হিংন-নবগী মছক ওইবা, সুজনস্য—অযবা ( থৌজান-হৈবা ) মীগী, ইব—মতৌগুমা, যেষাম—মখোযগী ( মফমদগী ), বৈ—লেপ্পমক, বিমুখা—নীঙবা কায়দুনা; যান্তি—চৎলী, ন—নত্তে ( যান্তি ন—চত্তে ), অর্থিন—পোৎনীবশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগী নুপামচাশিংদা হায়রম্মী আ।, জীব পূম্নমক্কী হিংননবা পাম্বৈগী মশক ওইরিবা উপাম্বীশিংসিগী মপোক্তি খ্বাইদগী হেন্‌বনী, মরমদি, অফবা মীগী মফমদগী নিবা-লাকপা মাশিংনা নীঙবা কাযদুনা থক হন্দবগুম্ মখোয়গী ( উপাম্বীশংগী ) মফমদগীসু নিবা লাকপা মীশিংনা নীঙবা কাযনা থক হন্দে।

## নৈনরোল

মী, শা উচেক, তীন কাণ্ড-নচিংবা জীব পূম্নমক্তা উ পাম্বীদগী উপকার ফঙী। উগী উহৈ, উরূ, উনা, মপাম্নচিংবসি জীব অয়াম্বগী চীঞ্জাক্কী, জীব পূম্নমক্তা উরুম্ন লাংঙী, অসিনচিংবা মওঙদা উ-পাম্বীনা জীব পূম্নমক্কী

উপকার তৌয়ি। মরম সিনা উ-পাম্বীগী মপোকপু অতৈ পূম্নমকী মপোক্তগী হেল্লী হায়রিবনী—মরমদি অতোপ্পা জীব অম্রতনা উ-পাম্বীনা তৌবগুম্না জীব পুম্নমকী উপকার তৌবা ওমদে।

## মূল ৪৭

এই আজ্ঞা কৈল যবে চৈতন্য মালাকার।
পরম আনন্দ পাইল বৃক্ষ-পরিবার॥ ৪৭॥

### শব্দার্থ

এই—মসি, আজ্ঞা—য়াথং, কৈল যবে—তৌরবা মতমদা, চৈতন্য-মালাকার—শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য কৌবা মালীনা, পরম—অযৌবী, আনন্দ—নুংঙাইবা, পাইল—ফংখি; বৃক্ষ-পরিবার—উ-পাম্বীগী শাগৈনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য কৌবা মালীনা য়াথংসি তাউথরকপা মতমদুদা পাম্বী শাগৈনা (হায়বদি শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী ভক্তশিংনা) খম-থেংনা হরাওখি।

## মূল ৪৮

যেই যাহাঁ তাহাঁ দান করে প্রেমফল।
ফলাস্বাদে মত্ত লোক হইল সকল॥ ৪৮॥

### শব্দার্থ

যেই—মহাক, যাহাঁ তাহাঁ—মফম অমদা অমদা, দান করে—দান তৌয়ি, প্রেমফল—কৃষ্ণ-প্রেম কৌবা উহৈ, ফল আস্বাদে—উহৈগী মহাওনা, মত্ত—ময়াই-কাবা, লোক—মীশিং, হইল—ওইখি, সকল—পুম্বনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উ-পাম্বী-শাগৈগী কনানো অমনা কৃষ্ণপ্রেম কৌবা উহৈহু দান

তৌরু-তৌরুবা মফমদা উহৈগী মহাওনা মাশিংদু লোইনা ময়াই ফারম্মী নত্রগা ঙাওরম্মী।

## মুল ৪৯

মহামাদক প্রেম-ফল পেট ভরি খায়।

মাতিল সকল লোক—হাসে নাচে গায় ॥ ৪৯ ॥

### শব্দার্থ

মহামাদক - য়াম্না ময়াইকানঙাই ওইবা, প্রেম-ফল—প্রেম কৌবা উহৈ, পেট—পূক, ভ'র থন্না, খায়—চায়, মাতিল—ঙাওজে, সকল লোক—মী পুম্নমক, হাসে—নোকয়ি, নাচে -জগোই শায়, গায়—ঈশৈ শকয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াই-কানঙাই ওইবদা য়োৌরবা কৃষ্ণপ্রেম কৌবা উহৈদু (মী পুম্নমক) পূক থন্না চায। মখোয় লোইনা ঙাওখৎলদুনা নোকয়ি, জগোই শারকয়ি অদুগা ঈশৈ শরুকয়ি।

## মুল ৫০

কেহো গড়াগড়ি যায় কেহোত হুঙ্কার।

দেখি আনন্দিত হৈঞা হাসে মালাকার ॥ ৫০ ॥

### শব্দার্থ

কেহো - কনামনা, গড়াগড়ি যায় - থরো থবো ওল্ল, কেহোত—কনামনা, হুঙ্কার—হুঙ হায়না ঙংঙি, দেখি- উরগা, আনন্দিত হৈঞা —নুংঙাহরদুনা, হাসে—নোকয়ি, মালাকার - মালীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা লৈপাকথক্তা থরো থরো ওল্লী, কনামনা হুঙ হায়না লাউনা ঙংঙি। মদু উরগা হরাওরদুনা শ্রীচৈতন্য মালীনা নোকয়ি।

## মুল ৫১

এই মালাকার খায এই প্রেমফল।
নিরবধি মত্ত রহে বিবশ বিহ্বল ॥ ৫১ ॥

## শব্দার্থ

এই মালাকার—মালী অসিনা, খায—চায়, এই প্রেমফল প্রেম কৌবা উহৈ অসি, নিববধি মতম পূম্বদা, মত্ত অঙাওবা ( ওইদুনা ), রহে—লৈ, বিবশ তৌকম-খঙদবা, বিহ্বল—ককঙাওনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু কৌবা মালীসিনা প্রেম কৌবা উহৈদু চায, অদুগা মতম পূম্বা অঙাওবগুম তৌকম-খঙদবদোনা অমসুং ককঙাওনদুনা লৈ।

## মুল ৫২

সর্ব্বলোক মত্ত কৈল আপন সমান।
প্রেমে মত্ত লোক বিনা দেখি আন ॥ ৫২ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্বলোক–মী পুম্নমকপু, মত্ত কৈল–ঙাওহল্লম্মী, আপন-সমান —মছামক্কা মান্ননা, প্রেমে—কৃষ্ণবু নুংশিবনা মত্ত—ঙাওবা, লোক— মী, বিনা—নত্তনা, নাহি দেখি—উখিদ্রে, আন–অতৈমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য প্রভুনা মী পুম্নমকপু মছামক্কা মান্ননা ঙাওহনখি। প্রেম্না ঙাওরবা মী নত্তনা অতৈমা উবা ফংখিদ্রে।

## মুল ৫৩

যে যে পূর্ব্বে নিন্দা কৈল বলি 'মাতোয়াল'।
সেহো ফল খায়, নাচে বোলে 'ভাল ভাল' ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

যে যে- কনা কনাগুম্বা মীনা , পূর্ব্বে—মমাঙৈগুদা , নিন্দা কৈস— থীনা ঙাওলম্মী , বলি হাযত্নুনা , মাতোয়াল—অঙাওবা , সেহো— মখোয়স্তু , ফল উটহে , খায় চায় , নাচে- জগোই শাই , বোলে— হায , ভাল ভাল - ফৈ ফৈ ( হাওয়ি হাওয়ি ) ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈগুদা শ্রীমন মহাপ্রভুবু অঙাওবনী হাযত্নুনা থীনা ঙাওনরম্বা মীতা-শিংত্নুনা প্রেম কোবা উটহে চারগা 'হাউয়ি হাউয়ি' হায়ত্নুনা জগোই শারম্মী।

### মূল ৫৪

এইত কহিল প্রেমফল-বিবরণ ।
এবে শুন ফল-দাতা যে-যে শাখাগণ ।। ৫৪ ।।

### শব্দার্থ

এইত - অসিনীদো , কহিল- লীজরে ; প্রেমফল - প্রেম কোবা ফলগী , বিবরণ ৱারোল এবে হৌজিক ; শুন—নাকোঙনা তাবিযু , ফলদাতা—উটহে-য়েনবা , যে-যে—মন্থু মন্থু , শাখাগণ- উশাশিং ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেম কোবা উটহেগী ৱারোল হায়জৱিবা অসিনীদো । হৌজিক উটহে-য়েন্‌বা উশাশিং লৈরম্বশিংত্নুগী ৱা নাকোঙনা তাবিযু ।

### মূল ৫৫

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ।। ৫৫ ।।

### শব্দার্থ

শ্রীরূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী , রঘুনাথ—শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামী ,

পদে – খোঙদা , যার – কনাগুম্বা অমগী , আশ – আশা ( লৈ ), চৈতন্যচরিতামৃত শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত কৌবা লাইরীক, কহে – লীজৈ ; কৃষ্ণদাস - শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামী অমদি শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামীগী খুযাখাদা আশা থমজরিবা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লীজৈয়ে।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে ভক্তি-কল্পবৃক্ষবর্ণনং নাম নবম-পরিচ্ছেদঃ।



# আদি লীলা

## তরাশুবা পারচ্ছেদ

### মুল ১

শ্রীচৈতন্যপদাম্ভোজ-মধুপেভ্যঃ নমো নমঃ ।
কথঞ্চিদাশ্রয়াদ্ যেষাং শ্বাপি তদগন্ধভাগ ভবেৎ ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্য-পদ-অম্ভোজ—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী খোঙ-থম্বালগী , মধুপেভ্যঃ—খোইহী-চুপ্পশিংদা , নম' নমঃ—খুরুমজে , কথঞ্চিৎ—মওং কৈনোমদা , আশ্রযাৎ—চঙজবদা , যেষাম্—মখোয়গী মফমদা ; শ্বা-অপি—হুঈ-ফাওবা , তৎ-গন্ধ মণমতুগী , ভাক্—শরুক-ফংবা , ভবেৎ—ওই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মওং কৈনোমদা মখোয়গী মফমদা চঙজকবদা হুঈফাওবনা শ্রীচৈতন্যগী খোঙ থম্বালগী মণম ফংজবিবা—অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্যগী খোঙ-থম্বালগী খোইহীচুপ্পা খোইমুশিংবু হন্না হন্না খুরুমজরি ।

### তাৎপর্য

শ্রীচৈতন্যগী খোঙবু থম্বালগা চাংদম্নরী । মসিনা তাকপদি মহাক্কী খোঙতু ফজে, মাম-মুংশিবনী, মেঙগী অমদি পবিত্রনী হায়বনী । মহাক্কী চরণ-থম্বালগী খোইহী-চুপ্পা খোইমুদি মহাক্কী ভক্তশিংনী । কৈনোমা তৌদ্রুনা ভক্তশিংদুগী মনাক্তা চঙজরবদি মীদি লাযরদুনা হুঈ-ফাওবা শ্রীচৈতন্যগী খোঙ-থম্বালগী মণম ফংবা ঙমজে, হায়বদি শ্রীচৈতন্যগী চরণ-সেবাগী অধিকারী ওইবা ফংজে ।

### মুল ২

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-নিত্যানন্দ ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়— থুকমজৈ, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-নিত্যানন্দ— শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু, জয় অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু থুরুমজৈ, জয় গৌরভক্তবৃন্দ —শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী ভক্ত পুন্নবু থুকমজৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু, শ্রীনিত্যানন্দবু, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু অমসুং শ্রীগৌরচন্দ্রগী ভক্তশিংবু থুরুমজরি।

### মূল ৩

এই মালীর এই বৃক্ষের অকথ্য কথন।

এবে শুন মুখ্যশাখার নামবিবরণ ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

এই মালীর— মালীসিগী, এই বৃক্ষের উ-পাম্বীসিগী, অকথ্য— রাহৈনা ফোঙদোকপা যাদবা, কথন— রাফম এবে—হৌজিক; শুন— নাকোঙনা তাবিয়ু; মুখ্য-- মরু ওইবা, শাখার- উশাগী, নামবিবরণ— মিংগী রারোল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মালীসিগী উ-পাম্বীসিগী রাদি রাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্বা নত্তে। হৌজিক মরু ওইবা উশাশিংগী মিংশিংগী রাবোল নাকে ঙনা তাবিয়ু।

### মূল ৪

চৈতন্যগোসাঞির যত পারিষদচয়।

গুরু-লঘু ভাব তার না হয় নিশ্চয় ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যগোসাঞির—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী, যত— অদূক, পারিষদচয়— পার্ষদ পুম্বা, গুরু - থকথোংবা, লঘু—থাথোংবা, ভাব—রাখল, তার —মহাকগী; না হয় ওইদে, নিশ্চয়- অরেপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লৈরম্বা পার্ষদ ময়ামমতুগী মরক্তা কনানা থক-থো৲বনো কনানা খা-থো৲বনো হাযবতু লেপ্পা ঙমদে।

মূল ৫

যত যত মহান্ত- কৈল তাঁ সভার গণন।
কেহ না করিতে পারে জ্যেষ্ঠ লঘু-ক্রম ।। ৫ ।।

শব্দার্থ

যত যত মহান্ত—মহান্ত লৈরম্বা মযাম ময়ামদো, কৈল—তৌরে, তঁ-সভার- মখোয় পুম্বগী, গণন—শীঙথাবা, কেহ—কনানম্তু, না করিতে পারে- তৌবা ঙম্মোই, জ্যেষ্ঠ-লঘু—অচৌ পিশক্কী, ক্রম—মথঙ মনাও।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লৈবম্বা মহান্ত মযাম ময়ামতু পুম্বমক্কী মশীঙ থাবে। কনানম্তু মখোযতুগী মরক্তা অচৌ-পিশক খাযবগী মথঙ-মনাও লেপ্পা ঙম্মোই।

মূল ৬

অতএব তাঁ-সভারে করি নমস্কার।
নাম মাত্র করি, দোষ না লবে আমার। ৬ ।।

শব্দার্থ

অতএব – মরমতুনা, তাঁ-সভারে—মখোয পুম্বদা, করি তৌজে, নমস্কার খুরুম্বা, নামমাত্র- মিংতা, করি পন্‌জে; দোষ না লবে—দোষ লৌবিবোই, আমার—ঐগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমতুনা মখোয়দা ঐনা খুরুমজে। মখোয়গী মি৲তমক পন্‌জগে, ঐগী দোষ লৌবিবা য়াদে।

## মুল ৭

বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-প্রেমামরতরোঃ প্রিয়ান।
শাখারূপান্ ভক্তগণান কৃষ্ণপ্রেমফলপ্রদান ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

বন্দে—থুকমজৈ। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-প্রেম-অমর-তরোঃ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা প্রেমগী শিদ-পামেলগী, প্রিয়ান্—নুংশিরবা, শাখা-রূপান—উশাগী মছক ওইবা, ভক্তগণান্—ভক্তশিংবু, কৃষ্ণপ্রেম-ফল-প্রদান্—কৃষ্ণবু নুংশিবা কৌবা উহৈ পীনবিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-কৌবা প্রেম পামেন শিদবগী উশাগী মছক ওইবা অমদি কৃষ্ণপ্রেম-কৌবা উহৈবু পীনবিরিবা গৌরভক্তশিংবু থুকমজরি।

## মুল ৮

শ্রীবাস পণ্ডিত আর শ্রীরাম পণ্ডিত।
দুই ভাই দুই-শাখা জগতে বিদিত ॥ ৮ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীবাস পণ্ডিত—শ্রীবাস পণ্ডিত, আর—অমসুং, শ্রীরাম পণ্ডিত—শ্রীরাম পণ্ডিত, দুই ভাই—মচীন্মনাও অনী; দুই শাখা—উশা অনী, জগতে - জগৎতা, বিদিত—খঙনরবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাস পণ্ডিতকা শ্রীরাম পণ্ডিতকা মচীন্মনাও অনীসে উশা অনী হাযনা জগৎনা খঙনরিবনী।

## মুল ৯

শ্রীপতি শ্রীনিধি তাঁর দুই সহোদর।
চারিভাইর দাস দাসী গৃহ পরিকর ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীপতি—শ্রীপতি, শ্রীনিধি—শ্রীনিধি, তাঁর—মখোয়গী, দুই—অনী; সহোদর—পোকমিন্নবা মচীন্‌-মনাও, চার ভাইর—মচীম্নাও মরিগী, দাস-দাসী—মনাই-মুপা মনাইনুপী, গৃহ-পরিকর—ইমুঙগী মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপতিগা শ্রীনিধিগা অনীসি মখোয়গা হেক পোকমিন্নবনী। মচীম্নাও মরিগী দাস-দাসী য়াওনা মখোয়গী ইমুঙ অমত্তনী।

## মুল ১০

দুই শাখার উপশাখায় তাঁসভার গণন।

যাঁর গৃহে মহাপ্রভুর সদা সঙ্কীর্ত্তন ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

দুই শাখার—শাখা অনীগী, উপশাখায়—উপশাখানা, তঁা-সভার—মখোয় লোইনমক্কী, গণন—মশীঙ থাবনী, যাঁর—মখোয়গী, গৃহে—যুমদা, মহাপ্রভুর শ্রীমন্‌ মহাপ্রভুগী, সদা—মতম পুম্বদা, সঙ্কীর্ত্তন—ময়াম তিন্দুনা নাম শোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাখা অনীগী উপশাখালক্তা মখোয় পুম্বা মশীঙথাবদা য়াওরবনী। মখোয়গী যুমদা শ্রীমন মহাপ্রভুনা মতম পুম্বদা নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌয়ি।

## দৈনমত্মোল

শ্রীবাস পণ্ডিত অমদি শ্রীরাম পণ্ডিত অনীসি শ্রীমন্‌ মহাপ্রভুগী শাখা (উশা) অনীনী হায়বদি মখোয়নীসে মহাপ্রভুগী মুখ্য পার্ষদনী। মখোয়নীগা পোকমিন্নবা শ্রীপতিগা শ্রীনিধিগা অমসুং মখোয়গী দাস-দাসীশিংনা উপশাখানী (শাখাগী শাখানী)। উপশাখাশিংসে শ্রীবাস পণ্ডিত অমদি শ্রীরাম পণ্ডিত অনীগী তুংইনবা ভাক্নী। মখোয়সি অহানবদা হালিসহরগী মনাক্তা কুমারহট্ট হায়বা লমহুদা লৈরম্বনী, শ্রীঅদ্বৈতগী য়াথং মতুঙ ইন্না মখোয় নবদ্বীপ-তা লাক্নুনা লৈখিবনী। নবদ্বীপ-ত মখোয়গী মাঙ্গোন্দা শ্রীমন্‌ মহাপ্রভুনা মতম পুম্বদা কীর্ত্তন তৌখি।

### মূল ১১

চারি ভাই সবংশে করে চৈতন্যের সেবা।
গৌরচন্দ্র বিনা নাহি জানে দেবী-দেবা ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

চারি ভাই—মচীম্মনাও মরি, সবংশে—শাগৈগা লোয়নবা, করে—তৌরি; চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, সেবা-থৌগল; গৌরচন্দ্র বিনা—শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু নত্তনা, নাহি জানে—খঙদে; দেবী-দেবা—অতৈ লাই অমদি লাইরেম্মা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচীম্মনাও মরিনা মখোয়গী শাগৈ পুম্বগা লোযননা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী সেবা তৌরি। মখোয়না শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুবু নত্তনা অতোপ্পা লাই-লাইরৈমা অমতা খঙলমদে হায়বদি নীঙলমদে।

### মূল ১২

আচার্যরত্ন নাম ধরে এক বড় শাখা।
তাঁর পরিকর—তাঁব শাখা-উপশাখা ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

আচার্যরত্ন—আচার্য্যরত্ন, নাম—মিং ধরে—লৌরি, এক—বড়শাখা—অচৌবা শাখা অমনা, তাঁর—মহাক্কী, পরিকর—মীশিংনা, তাঁর—মহাক্কী, শাখা-উপশাখা—মশা-মাঙ্গরঙনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অচৌবা শাখা অমগী মিংনা আচার্য্যরত্ন কৌরি। মহাক্কী পরিকরশিংনা মাগী শাখা-উপশাখানী।

### মূল ১৩

আচার্য্যরত্নের নাম—শ্রীচন্দ্রশেখর।
যাঁর ঘরে দেবীভাবে নাচিলা ঈশ্বর ॥ ১৩ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্যরত্নের—আচার্য্যরত্নগী , নাম—মিংদি , শ্রীচন্দ্রশেখর—শ্রীচন্দ্রশেখর ( কৌম্বি )। যাঁর—মহাক্কী , ঘরে—য়ুমদা , দেবী-ভাবে—দেবী শাহ্নুনা , নাচিলা—জগোই শাখি , ঈশ্বর—শ্রীচৈতন্য ঈশ্বরনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আচার্য্যরত্নগী মিংদি শ্রীচন্দ্রশেখর কৌম্বি। মাগী য়ুমদা শ্রীচৈতন্য ঈশ্বরনা রুক্মিণীদেবী শাহ্নুনা জগোই শাখি।

### তৈনবয়োল

শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্যগী য়ুমদা নোংমা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগা মহাক্কী পরিষদশিংগা লোয়ননা কৃষ্ণ-লীলা শাম্নখি। মদুদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা রুক্মিণী শারগা সভা ময়ায়দা লেংশল্লকুনা রুক্মিণী লুহোংবগী মতাঙতু শাম্নখি, অদুগী তুংদা আদ্যাশক্তিগী বেশদা জগোই শাখি অমসুং পুম্নমক্কী মমা ওইবগী মতৌদা পুম্নমক্তা খোম্লাং ইন্‌খি।

## মুল ১৪

পুণ্ডরীক বিদ্যানিধি বড শাখা জানি।
যাঁর নাম লৈয়া প্রভু কান্দিলা আপনি ।। ১৪ ।।

### শব্দার্থ

পুণ্ডরীক বিদ্যানিধি—শ্রীপুণ্ডরীক বিদ্যানিধি , বড শাখা—অচৌবা উশা ; জানি—ঐ খঙঙী , যাঁর—মহাক্কী , নাম—মিং , লৈযা—শোল্লগা , প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা , কান্দিলা—কপ খি ; আপনি—মছামক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুণ্ডরীক বিদ্যানিধি অচৌবা শাখা অমনী হায়বা ঐ ( গ্রন্থকার-না ) খঙঙী। মাগী মিং শোন্‌বদগী শ্রীমন্ মহাপ্রভু মছামক্তা কপ খি।

### তৈনবয়োল

শ্রীপাদ পুণ্ডরীক বিদ্যানিধি চট্টগ্রামদা পোকপনী। বিদ্যানিধি হায়বসি মহাক্কী উপাধিনী। নবদ্বীপসু মাগী য়ুম অমা লৈরম্মী। গঙ্গাদা মাগী ভক্তি

কয়ামূক লৈরম্বগে হাযববু মথোঙনা শোকনী হায়না কিবদগী মহাক গঙ্গাস্নান তৌরমদে। গদাধর পণ্ডিত গোস্বামী মহাকী মন্ত্রশিষ্যনী। পুণ্ডরীক বিদ্যা-নিধিগা উনব্রিঙৈগী মমাঙদা নোংমা শ্রীমন্ মহাপ্রভুদো বিদ্যানিধিগী মিং শোল্লুবদগী কপ্লম্মী। ব্রজলীলাদা মহাক বৃষভানুরাজ ওইরম্মী।

## মূল ১৫

বড শাখা গদাধর পণ্ডিতগোসাঞি।

তেঁহো লক্ষ্মীরূপা— তাঁর সম কেহো নাঞি ॥ ১৫ ॥

## শব্দার্থ

বড়শাখা—অচোবা শাখা, গদাধর পণ্ডিত গোসাঞি—শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামী, তেঁহো—মহাক, লক্ষ্মীরূপা—লক্ষ্মী-পূম্নমক্না তিনবী শ্রীরাধাস্বরূপানী; তাঁর সম—মহাক্না মান্নবা কেহো—কনাস্ম, নাঞি—লৈতে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অচোবা শাখা অমনা গদাধর পণ্ডিত গোস্বামীনী। মহাক সর্ব্বলক্ষ্মীময়ী ( লক্ষ্মীপূম্নমক্না তিনবী ) শ্রীরাধাস্বরূপানী। মহাক্না মান্নবা কনাস্মু লৈতে।

## মূল ১৬

তাঁর শিষ্য-উপশিষ্য— তাঁর উপশাখা।

এইমত সব শাখার উপশাখার লেখা ॥ ১৬ ॥

## শব্দার্থ

তাঁর মহাকী, শিষ্য সেবক, উপশিষ্য শিষ্যগী শিষ্য তাঁর—মহাকী; উপাশাখা—শাখাগী শাখানী, এই মত--মতৌ অসূম্না, সব—পূম্নমক, শাখার—শাখাগী, উপশাখার—উপশাখাগী, লেখা ইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকী শিষ্য-উপশিষ্যশিংতু মহাকী উপশাখা ওাক্রী। অসুম্না শাখা-শিংগী উপশাখাশিং পূম্নমক ইবদি অন্নারগনি মহক্রী।

## মূল ১৭

বক্রেশ্বর পণ্ডিত প্রভুর বড প্রিয় ভৃত্য।
এক ভাবে চব্বিশ প্রহর যাঁর নৃত্য ॥ ১৭ ॥

## শব্দার্থ

বক্রেশ্বর পণ্ডিত—শ্রীবক্রেশ্বর পণ্ডিত, প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী; বড—যাম্না; প্রিয়—নুংশিবা, ভৃত্য—মনাই, এক ভাবে—মচাওশীংনা, চব্বিশ—কুম্মরি, প্রহর—পুঙ অহুমগী মতম, যাঁর—মহাক্কী, নৃত্য—জগোই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবক্রেশ্বর পণ্ডিত (কৌবা শাখা অদু) শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী য়াম্না নুংশিবা মনাইনী। মহাক মচাও-শীংনা পুঙ হুম্ফুত্রা-নীথোই চুপ্না জগোই শাখি।

## নৈনরোল

দ্বাপর লীলাদা বক্রেশ্বর-পণ্ডিতসে মরিগুবা ব্যূহ ওঙ্গবা অনিরুদ্ধ অদুনী (গৌরগণোদ্দেশ /৭১/)। কৃষ্ণ-আবেশ ওইবদগী জগোই শাদুনা মহাক্না মহাপ্রভুবু পেল্হনখি। মতম অমদা মহাক অতৎ-অথম-লৈতনা প্রহর ২৪ (নুমীৎ হুম্নী) চুপ্না মচাও অমতদা জগোই শাখি। মহাক্না জগোই শাবা মতমদা মহাপ্রভুনা ঈশৈ থোল্লম্মী।

## মূল ১৮

আপনে মহাপ্রভু গায় যাঁর নৃত্যকালে।
প্রভুর চরণ ধরি বক্রেশ্বর বোলে— ॥ ১৮ ॥

## শব্দার্থ

আপনে—মছামক্না; মহাপ্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা, গায়—ঈশৈ শকল্লি, যাঁর—মহাক্কী, নৃত্যকালে—জগোইগী মতমদা; প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, চরণ—খোঙ, ধরি—পায়রগা, বক্রেশ্বর—শ্রীবক্রেশ্বরনা; বোলে—হায়।

মৈতৈলোন্দা-হন্দোকপা

মহাক্না জগোই শাবা মতমদা শ্রীমন্ মহাপ্রভু মহাক্না ঈশৈ শকয়ি। শ্রীমন মহাপ্রভুগী চরণ কোন্দুনা শ্রীবক্রেশ্বর পণ্ডিতনা হায়রম্মী—।

মূল ১৯

দশসহস্র গন্ধর্ব্ব মোরে দেহ চন্দ্রমুখ।

তারা গায় মুঞি নাচোঁ তবে মোর সুখ॥ ১৯॥

শব্দার্থ

দশসহস্র লীশীঙ তরা, গন্ধর্ব্ব—স্বর্গগী পুঙ-ঈশৈ-তৌবা দেবতা জাৎ, মোরে-ঐঙোন্দা, দেহ পীয়ু, চন্দ্রমুখ—হে থাজ-মায়তা-তাবা ইবুংঙো, তারা মখোয়না, গায়—ঈশৈ শকপা, মুঞি—ঐনা; নাচোঁ—জগোই শাগনী, তবে—অদু ওইরবদি, মোর—ঐগী, সুখ—নুং-ঙাইবা (ওইগনী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওহে থাজ-মায়তা তাবা প্রভু, ঐঙোন্দা গন্ধর্ব্ব লীশীঙতরা পীবিয়ু। মখোয়না ঈশৈ শক্লগা ঐহাক জগোই শাজগে; অদু ওইরবদি ঐহাক নুংঙাইজগনী।

মূল ৬

প্রভু বোলে তুমি মোর পক্ষ এক শাখা।

আকাশে উড়িতাম যদি পাঙ আর পাখা॥ ২০॥

শব্দার্থ

প্রভু বোলে—শ্রীমন্ মহাপ্রভুন হায়, তুমি—নহাক, মোর—ঐগী, পক্ষ—(উচেকী মশাগুম্না) শাগল নামা, এক—অমা, শাখা—উশা, আকাশে—নোংদোন অতিয়াদা, উড়িতাম্—পাইগদৌবনী, যদি পাঙ—ফংলবদি, আর—অতোপ্পা, পাখা—শাগল নামা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হে বক্রেশ্বর মহাক্না ঐগী শাখা অমা ওইরবনু ঐগীদি উচেকী মশাগুম্বনী অতোপ্পা শাগল নামগা ফংলম্লবদি ঐহাক নোংদোন-অতিয়াদা পাইরমগদবনী।

### নৈনমল্লোল

শ্রীবক্রেশ্বর পণ্ডিতসে কৃষ্ণ-প্রেম য়েনবদা প্রভুগী মতেঙ অচৌবা। অমা ওইখি হায়বত্তু নৈনরিবা পয়ারশিং ভাক্লি।

### মূল ২১

পণ্ডিত জগদানন্দ প্রভুর প্রাণরূপ।
লোকে খ্যাত যেঁহো সত্যভামার স্বরূপ।২১॥

### শব্দার্থ

পণ্ডিত জগদানন্দ- পণ্ডিত জগদানন্দ, প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী; প্রাণরূপ—থৱাইগী মশক্কী, লোকে—পৃথিবীদা, খ্যাত—ফাওয়ি, যেঁহো—মহাক, সত্যভামার—সত্যভামাগী; স্বরূপ- মশক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চৈতন্য-পার্শ্বগী উশা পণ্ডিত জগদানন্দতু শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী থৱাইনী। মহাক সত্যভামাগী মচক্কী হায়না জগৎনা খঙনৈ।

### নৈনমল্লোল

পণ্ডিত জগদানন্দসে দ্বাপর লীলাগী সত্যভামাতনী। প্রভুবু নুংশিবনা নীলাচল-দা প্রভুবু নুংঙাইনা থম্নবা মহাক্কা হোৎনৈ, অদুবু সন্ন্যাসধর্ম্ম মাঙগনী হায়দুনা অদুগা মীনা থীনা ঙাঙনগনী হায়দুনা প্রভুনা মাগী বাদু য়ারমদে।

### মূল ২২

প্রীতে করিতে চাহে প্রভুর লালন-পালন।
বৈরাগ্য লোক-ভয়ে প্রভু না মানে কখন।॥২২॥

### শব্দার্থ

প্রীতে—নুংশিবনা, করিতে -তৌবা, চাহে পাম্মী, প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, লালন-পালন—য়োক-শেন্নবা, বৈরাগ্য—সন্ন্যাস, লোকভয়ে- মীবু কিবনা, প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা, না মানে- য়াদে, কখন—কদাইঙদশু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুংশিবনা জগদানন্দনা প্রভুগী মুংঙাইনবা হায়দুনা অরাং-অপা য়েংশন্নীওঙী। অদুবু সন্ন্যাসধর্ম্ম মাঙগনী অদুগা মীনা থীনা ঙাওগনী হায়না কিবদগী কদৌঙৈদসু প্রভুনা জগদানন্দগী রাহু য়ারমদে।

## নৈনরোল

বৈরাগ্য-লোক-ভয় হায়বদি সন্ন্যাসধর্ম্ম মাঙগনী হায়বগীদমক কিবা অদুগা মীনা থীনা ঙাঙনগনী হায়বগী কিবা--অসিগুম্বা জাৎকী অকিবসি প্রভুগীদমক্তি লৈফম থোক্তে। অদুবু লম্বোইবনা পুন্নী লেন্‌বদা কেথোক মোথোকপা ফংতে হায়বসি ময়ামদা খঙহন্‌গে হায়বগীদমক্তা জগদানন্দগী রাহু য়ারমদে।

## মূল ২৩

দুইজনে খটমটী লাগায় কোন্দল।

তাঁর প্রীতের কথা আগে কহিব সকল॥ ২৩॥

## শব্দার্থ

দুইজনে—অনীদুনা, খটমটী—রামতেক ময়াগীদমক, লাগায়—তৌথদুনা চৎথৈ, কোন্দল—খৎনবা, তাঁর—মাগী; প্রীতের—মুংশিজবগী, কথা—রারী, আগে—তুংদা ( অন্ত্যলীলাগী তরানিথোইশুবা পরিচ্ছেদদা ), কহিব—লীগে, সকল—লোইনমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয অনীনা মতেক ময়াগীদমক হেক হেক ঙাংনৈ খৎনৈ, মখোয়গী মুংশিনবগী রারীদু ঐহাক লোইনমক তুংদা লীরক্তে।

## মূল ২৪

রাঘব পণ্ডিত প্রভুর আদ্য অনুচর।

তাঁর এক শাখা মুখ্য মকরধ্বজ কর॥ ২৪॥

## শব্দার্থ

রাঘব পণ্ডিত—রাঘব পণ্ডিত, প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী; আদ্য—

অহানবা, অনুচর—তুংইনবা মীনী ; তাঁর—মহাক্কী ; এক শাখা—শাখা অমনা, মুখ্য—মকোক, মকরধ্বজ কর—শ্রীমকরধ্বজ করনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাঘব পণ্ডিত হাযবত্তু প্রভুগী অহানবা তুংইনবনী, মহাক্কী শাখা অমগী মকোক ওইবা মীনা শ্রীমকরধ্বজ কর হায়বত্নী।

## নৈনরোল

শ্রীরাঘব পণ্ডিত—মহাক্কী ময়ুমদি পানিহাটিদনী। মহাক দ্বাপর-লীলাদা ধনিষ্ঠা সখী ওইরম্মী।

শ্রীমকরধ্বজ কর—মহাক্তি দ্বাপরলীলাদা চন্দ্রমুখ নট ওইরম্মী।

## মূল ২৫

তাঁর ভগ্নী দময়ন্তী প্রভুর প্রিয়দাসী।
প্রভুর ভোগসামগ্রী যে করে বারমাসী॥ ২৫॥

## শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী (রাঘব পণ্ডিতকী মচন), ভগ্নী—মচন, দময়ন্তী—দময়ন্তী দেবী, প্রভুর—প্রভুগী, প্রিয়দাসী—মুংশিবা মনাইনী, প্রভুর—প্রভুগী, ভোগ সামগ্রী হাননবা পোৎ, যে করে—তৌরম্বত্তু ; বারমাসী—থা থাগী ওইবা থা তরানিথোইগী চাননবা পোৎ পুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাঘব পণ্ডিতকী মচম্নুপী দময়ন্তীদু প্রভুগী অচানবা মনাইনী। মহাক্না প্রভুগী থা তরানীথোইগীদমক থা থাদা ফংবা অচাপোৎ থোরাং তৌরম্মী।

## নৈনরোল

দময়ন্তী—মহাক্সি দ্বাপরলীলাগী গুণমালা সখী ওইরম্মী।

## মূল ২৬

সে সব সামগ্রী যত ঝালিতে ভরিয়া।
রাঘব লইয়া যায় গুপত করিয়া॥ ২৬॥

### শব্দার্থ

সে—মহু ; সব—পুন্না ; সামগ্রী—পোৎ ; যত—অহুথক , ঝালিতে—থুম্মুক্তা , ভরিয়া—হাপ্‌চল্লগা , রাঘব—রাঘব পণ্ডিতনা ; লইয়া—পুচ্নুনা ; যায়—চৎলী ; গুপত করিয়া—চেৎনা লোম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভোগসামগ্রী পুন্নমক অহু থুম্মুক্তা হাপ্লগা রাঘব পণ্ডিতনা চেৎনা লোম্না পুচ্নুনা চৎলী।

### নৈনরোল

শ্রীমন্ মহাপ্রভুবু দময়ন্তীনা য়াম্না লুনা নীঙজে। মহাক্না মতম মতমগী অফংবা পোৎ অহু মহাপ্রভুদা হাহন্নীঙঙী। অহুনা মতম মতমগী পোৎনা অচাপোৎ শাহুনা থম্মী। মহু পুন্নমক থুম্মুক অমদা হাপ্লগা রথযাত্রাগী মমাঙদা প্রভুগী মকমদা ( নীলাচল-দা ) রাঘব পণ্ডিতকী মথুন্তা থারম্মী। মসিগী বারীহু অন্ত্যলীলাগী দশম অধ্যায়দা মরীক চুম্না ইরি।

### মূল ২৭

বারমাস প্রভু তাহা করেন অঙ্গীকার।
'রাঘবের ঝালি' বলি প্রসিদ্ধি যাহার ॥ ২৭।

### শব্দার্থ

বার—তরানীথোই , মাস—থাবুম ; প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা , তাহা—মহু , করেন অঙ্গীকার—লৌম্নি , রাঘবের ঝালি—রাঘবকী থুম্মুক ; বলি—হায়না , প্রসিদ্ধি—মিংচৎপা , যাহার—মাগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থা তরানীথোই শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মহু ( ভোগসামগ্রীহু ) লৌম্নি ; থুম্মুক অহু 'রাঘবকী থুম্মুক' হায়না মিংচৎলী।

### মূল ২৮

সে সব সামগ্রী আগে করিব বিস্তার।
যাহার শ্রবণে ভক্তের বহে অশ্রুধার ॥ ২৮ ॥

## শব্দার্থ

সে সব সামগ্রী—পোৎ পুর্নমক্তো, আগে—তুংদা ; করিব বিস্তার—শন্দোক্লা হায়গে, যাহার—মহু ; শ্রবণে—নাকোঙনা তাবদা ; ভক্তের—ভক্তগী, বহে—চেন্থে, অশ্রু—পিরাংগী, ধার—ঈচেন্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভোগসামগ্রী পূম্বদো মতুঙদা শন্দোক্লা হায়জগে, মহু ময়াম্ নাকোঙনা তাবদা ভক্তগী মিৎলুদগী পিরাং শিন্থে।

## মুল ২৯

প্রভুর অত্যন্ত প্রিয় পণ্ডিত গঙ্গাদাস।

যাঁহার স্মরণে হয় ভববন্ধ নাশ। ২৯ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, অত্যন্ত—য়াম্না য়ৌনা, প্রিয়—নুংশিবা, পণ্ডিত গঙ্গাদাস—শ্রীগঙ্গাদাস পণ্ডিত ; যাঁহার—মহাক্কী (মহাকপু), স্মরণে—নীঙশীঙবদা, হয়—ওই, ভববন্ধনাশ—সংসারগী মায়াল্লাং মাঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গঙ্গাদাস পণ্ডিত শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী য়াম্না নুংশিবা ভক্তনী। মহাকপু নীঙশীঙবদা সংসারগী মাযা-লাং কোকয়ি।

## নৈনস্নোল

গঙ্গাদাস পণ্ডিতকী টোলদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা অণাঙ ওইরিঙৈদা ব্যাকরনচিংবা শাস্ত্র তম্খি। নবদ্বীপকী বিদ্যানগরদা গঙ্গাদাস লৈরম্মী। মহাক বশিষ্ঠমুনিগী প্রকাশ ( শকফোঙ ) অমনী।

## মুল ৩০

চৈতন্য পার্ষদ শ্রীআচার্য্য পুরন্দর।

পিতা করি যাঁরে বোলে গৌরাঙ্গ ঈশ্বর ॥ ৩০ ॥

## শব্দার্থ

চৈতন্য-পার্ষদ—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী লোয়নবা, শ্রীআচার্য্য পুরন্দর—

শ্রীআচার্য্য পুরন্দর ; পিতা কন্নি—মপানী হায়না, যাঁরে—মহাকপু, বোয়াল—কৌম্বি ; গৌরাঙ্গ ঈশ্বর—শ্রীগৌরাঙ্গ ঈশ্বরনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীআচার্য্য পুরন্দর শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী পার্ষদ অমনী। শ্রীগৌরাঙ্গ ঈশ্বরনা মহাকপু মপাবুংনী হায়না কৌখি।

## মুল ৩১

দামোদর পণ্ডিত শাখা প্রেমেতে প্রচণ্ড।
প্রভুর উপরে যেঁহো কৈল বাক্যদণ্ড ॥ ৩১ ॥

**শব্দার্থ**

দামোদর পণ্ডিত—শ্রীলদামোদর পণ্ডিত, শাখা—উশা, প্রেমেতে—কৃষ্ণ প্রেমদা, প্রচণ্ড—য়াম্না য়োরবা, প্রভুর উপরে—প্রভুগী মথক্তা ; যেঁহো—মহাক্না, কৈল—তৌখি, বাক্যদণ্ড—রাহৈনা চৈরাকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাখা অমনা দামোদর পণ্ডিত কৌবা শাখানী। মহাক্না মহাপ্রভুদা রাহৈনা চৈরাক পীখি।

## মৈমখ্রোল

শ্রীদামোদর পণ্ডিতসি ব্রজলীলাগী শৈব্যা হাযবতুনী। মহাক মহাপ্রভুগা লোয়ননা নীলাচলদা লৈমিন্নরম্মী। নীলাচলদা মহাপ্রভুনা লুখ্রাবী-মচা নিপামচা অমমু মুংশিনা লুনা তৌরম্মী। মতুংগীদমক দামোদর পণ্ডিতনা অভিভাবক অমগুম্না প্রভুদা শাওতাক পীতুনা অভাগু চান্না-লুনা তৌবত্থু থিংলম্মী।

## মুল ৩২

দণ্ডকথা কহিব আগে বিস্তার করিয়া।
দণ্ডে তুষ্ট তাঁরে প্রভু পাঠালো নদীয়া ॥ ৩২ ॥

**শব্দার্থ**

দণ্ডকথা—রায়াক-রাকেন্দ্বগী রা, কহিব—নীরকনী, আগে—তুংদা,

বিস্তার করিয়া—শন্দোক্তুনা , দণ্ডে—য়ায়াকৃপচদা , তুষ্ট—পেন্‌বা ( ওইর-চুনা ), তাঁরে—মহাকপু , প্রভু—মহাপ্রভুনা ; পাঠালো—থাখিরম্মী , নদীয়া—নদীয়াদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুবু দামোদর পণ্ডিতনা য়ায়াক-য়াতেম্বগী য়ারীচ্ শন্দোক্না মতৃঙদা লীজগে। য়ায়াকৃপা অচুদা পেন্নচুনা মহাপ্রভুনা মহাকপু নদীয়াদা থাখিরম্মী।

## মূল ৩৩

তাঁহার অনুজ শাখা শঙ্করপণ্ডিত।
প্রভুর 'পাদোপাধান' যাঁর নাম বিদিত ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী (দামোদর পণ্ডিতকী) ; অনুজ—মনাওনুপা , শাখা—উশা , শঙ্কর পণ্ডিত—শ্রীশঙ্কর পণ্ডিত , প্রভুর—মহাপ্রভুগী , পাদ-উপাধান—খোঙ থম্‌ফম্ মোন্ , যাঁর—মহাক্কী , নাম—মিং ; বিদিত—খঙনৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীদামোদর পণ্ডিতকী মনাওনুপা শঙ্করপণ্ডিতসু শাখা অমনী। মাবু মহাপ্রভুগী 'খোঙ-থম্ফম্-মোন্' হায়না খঙনৈ।

## নৈনরোল

শঙ্কর পণ্ডিত ব্রজলীলাগী ভদ্র হায়বচুনী। নীলাচলগী গম্ভীরাদা মহাক্না প্রভুগী খোঙ-থৌগল তৌয়ি। অঙিংদা খোঙ থৌগল তৌনা তৌনা তুম্মীওলক্লচুনা প্রভুগী খুযাদা তুম্থোকয়ি অচুগা প্রভুসু খোঙ-থম্ফম-মোন্দা মী থাইনা খোঙ থম্বগুম্না মহাক্কী মথক্তা প্রভুসু খোঙ থম্লগা চেপ থোকয়ি। মরমসিনা মহাকপু প্রভুগী পাদ-উপাধান ( খোঙগী মোন্ ) হায়না কৌনৈ।

## মূল ৩৪

সদাশিবপণ্ডিত যাঁর প্রভুপদে আশ।
প্রথমেই নিত্যানন্দের যাঁর ঘরে বাস ॥ ৩৪ ॥

শব্দার্থ

সদাশিব পণ্ডিত—শ্রীসদাশিব পণ্ডিত, যাঁর—মহাক্কী; প্রভুপদে—প্রভুগী খুয়াখাদা; আশ—আশা (লৈ), প্রথমেই—অহান্নবমক্তদা, নিত্যানন্দের—শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুগী, যাঁর—মাগী, ঘরে—যুমদা, বাস—লৈবা (ওই)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসদাশিব পণ্ডিত হায়বা শাখাতুনা মহাপ্রভুগী খোঙ-থম্বালবু মতম পুম্বদা সেবা তৌবগী আশা থমজরম্মী। শ্রীনিত্যানন্দনা (নবদ্বীপতা লেঙলকপদা) অহানবমক্তদা মাগী য়ুমদা বাস্ তৌখি।

মুল ৩৫

শ্রীনৃসিংহ-উপাসক প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী।
প্রভু তাঁর নাম কৈল 'নৃসিংহানন্দ' করি ॥ ৩৫ ॥

শব্দার্থ

শ্রীনৃসিংহ-উপাসক—শ্রীনৃসিংহদেব-লাৎপা, প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী—শ্রীপ্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী, প্রভু—মহাপ্রভুনা; তাঁর—মাগী, নাম—মিং, কৈল—থোনখি, নৃসিংহানন্দ—নৃসিংহানন্দ, করি—হায়দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনৃসিংহদেববু লাৎপা শ্রীপ্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারীদু শ্রীচৈতন্যপাম্বীগী শাখা অমনী। মহাপ্রভুনা মহাক্কী মিং 'নৃসিংহানন্দ' হায়না থোনখি।

মুল ৩৬

নারায়ণ পণ্ডিত এক বড়ই উদার।
চৈতন্য-চরণ বিনু নাহি জানে আর ॥ ৩৬ ॥

শব্দার্থ

নারায়ণ পণ্ডিত—শ্রীনারায়ণ পণ্ডিত; এক—অমনী, বড়ই—য়াম্না, উদার—পুকচেল-চাউবা; চৈতন্য-চরণ—শ্রীচৈতন্যগী খুয়া-থম্বাল; বিনু—নত্তনা; নাহি জানে—খঙদে; আর—অতৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চৈতন্য-পাম্বীগী শাখা শ্রীনারায়ণ পণ্ডিত য়াম্না পুকচেল-শুচাউবা অমনী। শ্রীচৈতন্য প্রভুগী খোঙ-খম্বাল নত্তনা অতৈম্বা মহাক খঙলমদ্দে।

## মূল ৩৭

শ্রীমান্-পণ্ডিত শাখা প্রভুর নিজ ভৃত্য।
দেউটী ধরেন যবে প্রভু করেন নৃত্য ॥ ৩৭ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীমান্ পণ্ডিত--শ্রীমান পণ্ডিত কৌবা; শাখা-উশা; প্রভুর—প্রভুগী, নিজ—মছামক্কী, লন্নাই, ভৃত্য—মনাইনুপা, দেউটী—মৈরা; ধরেন—পায়, যবে—মতমদা, প্রভু-প্রভুনা; করেন—তৌযি; নৃত্য—জগোই শাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমান্ পণ্ডিত কৌবা শাখাদু মহাপ্রভুগী মছামক্কী মনাইনী। মহাক প্রভুনা জগোই শাবা মতমদা মৈরা পায়খি।

## মূল ৩৮

শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী বড় ভাগ্যবান্।
যার অন্ন মাগি কাটি খাইলা ভগবান্ ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী—শ্রীশুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী; বড়—য়াম্না; ভাগ্যবান্—লাইবক-ফবনী, যার—মহাক্কী, অন্ন—চাক, মাগি—নিহুনা; কাটি—মুন্দুনা, খাইলা-হাখি, ভগবান্—শ্রীচৈতন্য ভগবাম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী শাখাদু য়াম্না লাইবক-ফবা অমনী। মহোক্নদগী চাক নিহুনা করিগুম্বা মতমদা মুন্দুনা ভগবান্ শ্রীচৈতন্যনা হাখি।

## নৈনরোল

শ্রীশুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী য়ৌরবা বিরক্ত বৈষ্ণবনী। মহাক নবদ্বীপতা লৈরম্মী। ভিক্ষা নিরুরগা ফংজকপা অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা মতুগী প্রসাদ শুল্লগা লেন্‌বা মীনী। নোংমদি প্রভুগী সঙ্কীর্তনদা মহাক্না মাগী ভিক্ষা-খাও অদু মরেংবান্দা য়াল্লগা জগোই শারম্মী। প্রভুনা ব্রহ্মচারীগী প্রেমদুনা থুমহংথিদুনা মনাক্তা চঙশিল্লগা মাগী ভিক্ষা-খাওদগী চেঙ খুজোক খুজোক লৌদুনা চারম্মী।

নোংমনা অমূক প্রভুনা কৃপা তৌবিদুনা শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারীদগী চাক নিরম্মী। প্রভুনা তাউথরকপা যাথংনা ভক্তশিংনা তাকপা মতুঙ ইন্না মহাক্না চেঙগা লফুগী লৈয়োনগা লোয়নবা মথুৎনদি শোক্তবমখৈ থোংলম্মী। প্রভুসু শ্রীনিত্যানন্দখোয়গা লোয়নবা স্নান তৌদুনা লেংলক্লগা মথুৎমক্তা অন্ন লৌরগা বিষ্ণুদা কৎলগা য়াম্না হরাওনা হাখি।

## মুল ৩৯

নন্দন-আচার্য্য শাখা জগতে বিদিত।
লুকাইয়া দুই প্রভুর যাঁর ঘরে স্থিত॥ ৩৯॥

## শব্দার্থ

নন্দন আচার্য্য—শ্রীনন্দন আচার্য্য, শাখা—উশা, জগতে—জগত্তা, বিদিত—খঙনৈ, লুকাইয়া—লোৎতুনা; দুই প্রভুর—প্রভু অনীগী, যাঁর—মাগী, ঘরে—য়ুমদা, স্থিত—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনন্দন আচার্য্য শাখা জগৎনা খঙনরবা শাখানী। প্রভু অনীনা ( শ্রীমন্ নিত্যানন্দপ্রভু অমসুং শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা ) মহাকী য়ুমদা লোৎতুনা লৈখি।

## নৈনরোল

শ্রীমন্‌নিত্যানন্দ প্রভুনা তীর্থদা কোয়দুনা লৈরিঙৈদা নবদ্বীপ-তা শ্রীমন্ মহাপ্রভু পোক্লকে হায়বা পাও খঙখি; মহুদা শ্রীনিতাইপ্রভুনা নবদ্বীপতা লেঙজলক্লগা অহান্‌বদা মহাপ্রভুগা উনদদুনা নন্দনাচার্য্যগী য়ুমদা

লেঙশন্‌বি। শ্রীমন মহাপ্রভুনা পার্ষদশিংগা লোয়ননা লেঙখ্রগা শ্রীনিত্যা-নন্দগা উনখি। অদুগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা নোংমা শ্রীপাদ অদ্বৈতাচার্য্যবু হুংশিবগী শাউবা হায়বদু শাউদুনা গঙ্গাদা চোংথখিরম্মী। শ্রীনিতাইগা শ্রীলহরিদাস ঠাকুরগা অনীনা পাযদুনা মহাপ্রভুবু ঈশীঙদগী লৌথংখি; মা পূম্নমক লোৎলু হায়না মখোয়দা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা হায়রগা প্রভু মছামক নন্দনাচার্য্যগী যুমদা লোংখি। নোংঙাল্লগা লোইনম্নক্না অমূক উনখি।

নৈনরিবা পয়ারসিদা হায়রিবা দুই প্রভু (প্রভু অনী) অসি শ্রীমন্ নিত্যানন্দগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগা নত্তদুনা মহাপ্রভুগা অদ্বৈতপ্রভুগা অনীবু হায়রিবনী হায়বসু য়াই. মরমদি শ্রীঅদ্বৈত প্রভুসু অমূকথক নন্দনাচার্য্যগী যুমদা লোংখিরম্মী। লোৎপগী থোদোক অদু অমুম্না থোকখি। শ্রীমন্-নিত্যানন্দনা নবদ্বীপ-তা লেঙলক্লবা মতুংদা নোংমা মহাপ্রভুনা রামাই পণ্ডিতকী মফমদা হায়খি—"রামাই! নঙ শান্তিপুরদা চৎতুনা অদ্বৈত-আচার্য্যদা হায়রু—মহাক্কীদমক আচার্য্যনা অদূক য়াম্না কপ্লদো, চারা কয়ারক হেন্‌বদো, গঙ্গাজল তুলসী কৎতুনা পূজা তৌখিবা শ্রীকৃষ্ণদো ঐনী, মহাক্কী প্রেমতনা চিংদুনা ঐহাক অবতার তৌরকপনী, মহাক মহাক্কী ঠাকুরাণীগা লাক্তুনা ঐবু পূজা তৌ হায়রুচো, শ্রীপাদ নিত্যানন্দনা মফমসিদা যৌরক্লে হায়বা পাওদুসু তম্মু।" মহাপ্রভুগী য়াথং ফংলদুনা রামাই পণ্ডিতনা শান্তিপুরদা লেঙলগা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদা মা পূম্নমক হঙ্গৎলুরে। মহাপ্রভুনা হায়রিবা য়াহ্ন সত্যনী হায়বদা অদ্বৈত মছামক্লা করিমতা চিংনরমদ্রবসু খায় পূম্নমক্লা থাজবা ওম্নবা হায়দুনা প্রভুবু চাংযেংগে হায়দুনা অদ্বৈতনা মপুক্লীঙদা রারেপ খি—মহাক প্রভুগী য়াথং মতুঙ ইন্না পূজাগী পোৎলম শেমশাদুনা ঠাকুরাণীগা লোয়ননা নবদ্বীপ পাংগনী, অদুম্নদি ওইরগা হান্না প্রভুগা উনরোই, মহাক নন্দন-আচার্য্যগী যুমদা লোৎতুনা লৈগনী। মানা লোৎপসি প্রভুনা খঙলবদি অদুগা প্রভুন মহাক ঈশ্বরনী হায়বগী ঐশ্বর্য্য উৎলবদি অদুগা মাগী কোক্তা প্রভুগী চরণ অদুনা নেৎপীরবদি—মদুতদা প্রভুদু তশেংনমক মহাক্লা নাঙ্ক্রিবা শ্রীকৃষ্ণদু মক্লী হায়বা খঙগনী। মসি হায়দুনা অদ্বৈতাচার্য্যনা মাগী গৃহিণীদা পূজাগী পোৎলম শেম-শানবা য়াথং তাউথবম্মী, অদুগা পোৎচৈশিংদু পুদুনা গৃহিণীগা লোয়ননা নবদ্বীপ য়োরগা নন্দন আচার্য্যগী যুমদা লৈখি অদুগা রামাই পণ্ডিতকী মফমদা হাযখি—"রামাই! নহাক প্রভুগী নাক্তা চৎলগা অদ্বৈতাচার্য্যদি লাক্লে হায়না হঙ্গৎলু। অদুগা মা পূম্নমক লোৎলু"। অন্তর্য্যামী প্রভুনা রামাই পণ্ডিতকী

চীজদগী আচার্য্য লেঙলক্কে হায়বা রাত্ নাকোঙনা তানা তানা হায়রকখি—"অং আচার্য্যনা এরু পরীক্ষা তৌনীওঙী, চৎলু রামাই, নন্দন-আচার্য্যগী য়ুমদগী মহাক্‌পু ( অদ্বৈতবু ) পুরকউ।" রামাইনা অমা হনগ্রগা পাও হেক পীবগা অদ্বৈতাচার্য্যনা মাগী গৃহিণীগা লোয়নবা প্রভুগী নাক হৌখি।

## মূল ৪০

শ্রীমুকুন্দ দত্ত শাখা প্রভুর সমাধ্যায়ী।
যাঁহার কীর্ত্তনে নাচে চৈতন্যগোসাঞি॥ ৪০॥

## শব্দার্থ

শ্রীমুকুন্দ দত্ত—শ্রীমুকুন্দ দত্ত; শাখা—উশা; প্রভুর—প্রভুগী, সমাধ্যায়ী—লাইরীক তম্মিনরকপনী, যাঁহার—মহাকী; কীর্ত্তনে—সঙ্কীর্ত্তনদা, নাচে—জগোই শাই, চৈতন্য গোসাঞি—শ্রীচৈতন্য প্রভু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগা লাইরীক তম্মিনরকপা শ্রীমুকুন্দ দত্তহু শাখা অমনী। মহাকী সঙ্কীর্ত্তনদা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা জগোই শাই।

## তৈনবোল

শ্রীমুকুন্দদত্ত বৈদ্য ( মাইবা ) ওইরম্মী। ময়ুম্না শ্রীহট্টদনী।

## মূল ৪১

বাসুদেব দত্ত প্রভুর ভৃত্য মহাশয়।
সহস্র মুখে যাঁর গুণ কহিলে না হয়॥ ৪১॥

## শব্দার্থ

বাসুদেব দত্ত—শ্রীবাসুদেব দত্ত, প্রভুর—প্রভুগী; ভৃত্য—মনাই; মহাশয়—পুকচেল্ চাওবনী; সহস্র মুখে—চীন লীশীঙনা, যাঁর—মহাকী, গুণ—গুণ, কহিলে—শক্লগা, না হয়—ওইদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসুদেব দত্ত প্রভুগী পুকচেন-চাউবা মনাই ভক্ত শাখা অমনী। মহাকী মগুণ চীন-লীশীঙ লোঙলবসু কনামতনা শুনা শকপা ওস্মোই।

## মূল ৪২

জগতে যতেক জীব—তার পাপ লঞা।

নরক ভুঞ্জিতে চাহে জীব ছোড়াইয়া ॥ ৪২ ॥

### শব্দার্থ

জগতে—জগৎতা; যতেক—লৈবা খিবিক; জীব—থরাই-পান্‌বা পোৎ; তার—মখোয়গী; পাপ—পাপ, লঞা—পুহ্নবা; নরক—নরক কোম, ভুঞ্জিতে—চাবা, তাবা, চাহে—পাম্মী; জীব—জীবশিংবু; ছোড়াইয়া—অরান্‌খুভম কংহল্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগৎতা লৈরিবা জীব খিবিকী পাপশিংহু পুহ্নবা মহাক্না নরক ভোগ তৌরগা জীবশিংবা মুক্তি ফংবহু মহাক পামজৈ।

### তাৎপর্য (মৈতৈলোন)

বাসুদেব দত্তনা মতম অমদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মফমদা নিজখি—"প্রভু, কৃপা তৌবিহ্নবা মসিমতা ওইহন্‌বিয়ু মহ্নদি—জগৎতা লৈরিবা জীব পুম্নমকী মপাপশিংহু ঐহাক্না পুজরগা মখোয়গী ওইনা ঐনা নরক ভোগ তৌবা, অদুগা মখোয়বা অরান্-খুভম কংহ্নবা চংখিবা।"

## মূল ৪৩

হরিদাসঠাকুর শাখার অদ্ভুতচরিত।

তিন লক্ষ নাম তেঁহো লয়েন অপতিত ॥ ৪৩ ॥

### শব্দার্থ

হরিদাসঠাকুর—শ্রীহরিদাস ঠাকুর কৌবা, শাখার—উশাগী, অদ্ভুত—অঙকপ-ফংবা, চরিত—লমচৎ; তিন—অহুম্; লক্ষ—লাখ, নাম—হরিনাম; তেঁহো—মহাক্না, লয়েন—লৌরি; অপতিত—নিয়ম কায়দবমখৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীহরিদাসঠাকুর কৌবা শাখাগী মতৌদি অঙকপনী। মহাক নিয়ম তেক্তবমখৈ হরিনাম লক্ষ অহুম্ (লুমিং খুদিংগী) লোল্লী।

## মূল ৪৪

তাঁহার অনন্ত গুণ—কহি দিঙ্মাত্র।
আচার্য্যগোসাঞি যাঁরে ভুঞ্জায় শ্রাদ্ধপাত্র ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী ; অনন্ত—ওমথৈ মাইদবা, গুণ—গুণ, মতীক-মথাই ; কহি—হায়রি ; দিঙ্মাত্র—য়াম্না শম্না ; আচার্য্যগোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভু, যাঁরে—মাবু ; ভুঞ্জায়—পীজৈ ; শ্রাদ্ধপাত্র—শোরাংকী বিষ্ণুদা কংপা প্রসাদ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী (হরিদাসঠাকুরগী) গুণগী মশীংদি ওমথৈ-নাইদে। ঐনা হায়রিবসি য়াম্না শম্না হায়রিবনী। শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্য প্রভুনা মহাক্পু শোরাংকী বিষ্ণু-প্রসাদ পীজখি।

### মৈনশয়রোল

শ্রাদ্ধগী পাত্রান্নদি বেদ-হৈবা ব্রাহ্মণ নত্তনা অতৈ কনামদা পীজবা য়াদে হায়না শাস্ত্রনা হায়। অদুবু হরিদাস ঠাকুরদি যবন-শাগেদা পোক্লবসু ভক্তি লৈবা মরম্না মহাক সজ্জনশিংগী মফমদা ইকাই-খুম্নাই ওইখি, অদুনা শ্রীমদ্ অদ্বৈতপ্রভুনা নোংমা পিতৃশ্রাদ্ধ শোল্লগা হরিদাস ঠাকুরবু ব্রাহ্মণদগী থোইবা মীনী হাযদুনা শ্রাদ্ধগী পাত্রান্নদু পীজখি। মদুদা অদ্বৈতপ্রভুগী শাগৈ-নাতৈ অদুগা মার্জোন-ফংদুনা লাক্লম্বা ব্রাহ্মণশিংদুনা মখোয়বু অপমান তৌরে হায়না খন্দুনা মদুগী মুমীত্তা অদ্বৈতাচার্য্যগী সঙ্গাইদা চাক চাখিদে। মরমদুনা অদ্বৈতপ্রভুসু ময়ামদুগা লোযননা মুমীৎ অদুমা চারা হেল্লে। নোংঙাল্লগা য়াম্না হায়র্জ-খোংচরবা তুংদা মখোয়না সিধা ওইনা লৌগে হায়না য়াবিখি, অদুগা চাক ওইনদি অদ্বৈতাচার্যগী শঙ্গাইদা চাবদি চারোই হায়খি। অদুনা মখোয় লোইনমক্তা সিধা ওইনা পীরে। লাইগী নোংদমরগী মদুগী মুমিত্রো নোং য়াম্না কন্না চুখি, মদুগী-ফল ওইনা মৈ পুম্নমক মূৎখি। মখোয়গী গ্রামদসু অদুগা থংনবা গ্রামদসু ব্রাহ্মণশিংনা মৈ ফংখিদে। মৈ লৈত্রবনীনা মখোয়গী চাক থোংবা য়ারমদ্রে। অদুগা মখোয়দো চাক লান্দনসু লোইরম্মে ; অঙকপা থৌদোক্তু শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুগী প্রভাবতগী থোক্লিবনী হায়বা মখোয় খঙখি ; মখোয়না অখোয়গী হায়না চংখিবা ব্যবহার

মতাম্তুগীদমক ইকায়রত্থনা শ্রীঅদ্বৈতগী নাক্তা চৎলগা ওরাওগী চঞীক অত্থু চারগে হায়না য়াখি। মতমত্থুদা শ্রীঅদ্বৈতনা মখোয়ন্ন লোইনমক্কা লোয়ননা শ্রীহরিদাসগী গোঁক্ষাদা য়োকয়ে, মকমত্থুদা য়োরগা মখোয়না উখি—গ্রাম অপুম্বগী মনুঙদা এক্বা হরিদাসগী মনাক্তদদা লৈপাক্কী মৈ-কম্বীদা মৈ লৈরম্বদো। মত্থু উবদা মখোয় লোইনমক ওকখি অত্থুগা হরিদাসগী ময়ামগীগা মান্নদবা মহিম উবদা ওকপদগী মখোয় যুম্বীগুম্না লোন থোক্কখিদে।

## মুল ৪৫

প্রহলাদ-সমান তাঁর গুণের তরঙ্গ।
যবন-তাড়নেও যাঁর নাহিক ভ্রূভঙ্গ ॥ ৪৫

## শব্দার্থ

প্রহলাদ-সমান—প্রহলাদগা মান্নবা, তাঁর—মহাক্কী, গুণের—গুণগী, তরঙ্গ- ঈথক, যবন-তাড়নেও—যবনশিংনা য়েত্থুনা ওৎপদস্থু, যাঁর—মহাক্কী, নাহিক—ওইদে; ভ্রূ—পীশুম, ভঙ্গ—শুকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মগুণগী ঈথক-ইপোম্নদি প্রহলাদগীগা মান্নবনী। যবনশিংনা মাবু চৈনা ফুত্থুনা ওৎলবা ফাওবদা মহাক্কী পীশুম শুকখিদে।

## লৈনমরোল

প্রহলাদ দৈত্য-নিংথৌ হিরণ্যকশিপুগী মচানুপানি। অত্থুবু প্রহলাদসে অয়োবী কৃষ্ণভক্ত অমা ওইরম্মী। কৃষ্ণভক্তি থাদোক্নবা হায়ত্থুনা হিরণ্যকশিপুনা প্রহলাদদা হন্না হন্না হায়খি, অত্থুবু প্রহলাদনা য়াত্রবদা মপা-হিরণ্যকশিপুনা মহাকপু যাম্না ওৎখি। মৈনুংদা লংশন্নী, শামু-মখোঙদা লংশন্নী, মহূ-কনবা লিলগী থায়াত্তা লংশন্নী; অত্থুবু প্রহলাদনা কৃষ্ণভক্তি থাদোকপদি শুকথা-থাদোকউ হায়বা যাখিদে। হরিদাস ঠাকুর যবন শাগৈদা পোকপনী, অত্থুবু হিন্দুগুম্ন হরিনাম কীর্তন তৌয়ি হায়ত্থুনা যবন-শিংনা মহাকপু য়াম্না শাউখি। যবন কাজিনা য়াম্না হায়-খেৎলব-ফাওবদা মহাক্কী মবুক্তো হোংত্রবত্থুদদি অম্মুন্না য়াথং তাওখি—"কৈথেল কুন্নীথোইদা পুরগা চৈনা ফুদৎলু।" কাজিগী যাথং পাওথোকখি, অত্থুবু হরিদাসগী হরিনাম্বু চেৎনা পাম্নবদি (নাম-নিষ্ঠাদি) শান্না অমফাওবা লেওখিদে। মবমসিনা মহাকপু প্রহলাদগা মান্নে হায়রিবনী।

## মুল ৪৬

তিঁহো সিদ্ধি পাইলে, তাঁর দেহ লৈয়া কোলে।

নাচিলা চৈতন্য প্রভু মহাকুতুহলে ॥ ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

তিঁহো—মহাক্না ( হরিদাস ঠাকুরনা ) ; সিদ্ধি পাইলে—দেহ থাদোক্লবদা , তাঁর—মহাক্কী , দেহ—হকচাঙ ; লৈয়া—লৌথংভুনা ; কোলে—মথাদা , নাচিলা—জগোই শাখি। চৈতন্যপ্রভু—শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা , মহাকুতুহলে—য়াম্না থৌরাংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীহরিদাস ঠাকুরনা থুগশ্রবদা মহাক্কী দেহত্থু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা কোন্‌খৎলগা য়াম্না থৌরাংনা জগোই শাখি।

## মুল ৪৭

তাঁহার লীলা বর্ণিয়াছেন বৃন্দাবনদাস।

যেবা অবশিষ্ট আগে করিব প্রকাশ ॥ ৪৭ ॥

### শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী ( হরিদাস ঠাকুরগী ) ; লীলা—লীলা, তৌরম্বা থবক , বর্ণিয়াছেন—লীরম্লে , বৃন্দাবনদাস—শ্রীবৃন্দাবনদাসনা ; যেবা—অত্থু , অবশিষ্ট—অরাংপা , আগে—তুংদা , করিব প্রকাশ—লীথজগে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরিদাস ঠাকুরগী য়াদি শ্রীবৃন্দাবন দাসনা লীরম্লে। অরাংপা লৈহৌবত্থু মতুংদা ঐহাক কোঙদোকচরকে।

## মুল ৪৮

তাঁর উপশাখা যত কুলীন-গ্রামী জন।

সত্যরাজ আদি তাঁর কৃপার ভাজন ॥ ৪৮ ॥

## শব্দার্থ

তাঁর—মহাকী, উপশাখা—অরোও বা উশা, যত—লৈবা খিবিক্তো ; কুলীনগ্রামী—কুলীনগ্রামদা লৈবা ; জন—মীশিং ; সত্যরাজ খান—সত্যরাজখান কৌবা শ্রীচৈতন্যগী পার্ষদ ; আদি—চিংবা, তাঁর—মহাকী ; কৃপার ভাজন—কৃপা-ফংবা মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরিদাস-ঠাকুরগী উপশাখাদি কুলীনগ্রামদা লৈবা মী খিবিক্তুনী। হরিদাস ঠাকুরগী কৃপা-ফংবদি সত্যরাজ খান নত্রগা সত্যরাজ বসুনচিংবনী।

## তৈনবোল

সত্যরাজ খান অসি গুণরাজ খানগী মচানুপানি অহুগা রামানন্দ বসুগী অপোকপা মপানী। হরিদাস ঠাকুরনা মতম খরা কুলীনগ্রামদা লৈরম্বদগী কুলীনগ্রামগী ভক্তশিংনা মহাকী তুংইন্বা ( অনুগত ) ওইখি।

## মুল ৪৯

শ্রীমুরারিগুপ্ত শাখা প্রেমের ভাণ্ডার ।

প্রভুর হৃদয় দ্রবে শুনি দৈন্য যাঁর ॥ ৪৯ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীমুরারিগুপ্ত—শ্রীমুরারিগুপ্ত কৌবা, শাখা—উশা, প্রেমের—কৃষ্ণবু মুংশিবগী ; ভাণ্ডার—পূকৈ, প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, হৃদয়—থম্মোই, দ্রবে—পেৎলী, শুনি—নাকোঙনা তারগা ; দৈন্য—তোমা চৎপা লীচৎ, যাঁর—মহাকী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমুরারিগুপ্ত কৌবা শাখাদু কৃষ্ণপ্রেমগী পূকৈনী। মহাকী তোমা চৎপা লীচৎকী রা তাবদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী থম্মোই পেৎখি।

## তৈনবোল

শ্রীমুরারিগুপ্ত নবদ্বীপ-তা লৈবনী, অচৌবা পণ্ডিত অমনী। মাইবগী থবক তৌয়ি। বৈদ্য ( মাইবা ) জাতিদা পোকপনী। মহাপ্রভুনা আত্মপ্রকাশ

তৌগ্রিশৈংগী মমাঙদা মহাক ভজন তৌরম্মি। মহাক্না ইবা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-চরিতামৃতম্ কৌবা সংস্কৃত লাইরীক অদু মমামা মুরারিগুপ্তের কড়চা হায়না খঙই।

## মূল ৫০

প্রতিগ্রহ না করে, না লয় কার ধন।
আত্মবৃত্তি করি করে কুটুম্ব-ভরণ ॥ ৫০ ॥

### শব্দার্থ

প্রতিগ্রহ—অতোপ্পগী দান লৌবা ; না করে—তৌদে , না লয়—লৌদে , কার—কনাগী , ধন—লন , আত্মবৃত্তি—শাগৈগী মশিন্ ; করি—তৌদুনা ; করে—তৌই , কুটুম্ব—ইমুঙ ; ভরণ—থাকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমুরারিগুপ্তদো অতোপ্পগী দান লৌদে ; কনাগুম্বগী মরন্ লৌদে। মথোয়গী জাৎকী শিল্ অদু তৌদুনা ইমুঙ থাকৃয়ি।

## মূল ৫১

চিকিৎসা করেন যারে হইয়া সদয়।
দেহরোগ ভবরোগ দুই তার ক্ষয় ॥ ৫১ ॥

### শব্দার্থ

চিকিৎসা—লায়েয়েঙবা , করেন—তৌয়ি , যারে—মাবু , হইয়া—ওইদুনা ; সদয়—থৌজাল্‌বা ; ( হইয়া সদয়-থৌজাল্‌বিদুনা, মুংশিবিদুনা ) , দেহরোগ—হকচাঙগী লাঈনা , ভবরোগ—সংসারগী অফা-অপুন কৌবা লাঈনা , দুই—অনীমক , তার—মহাক্কী ( অনাবা মীদুগী ) , ক্ষয—মাঙবা, তুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমুরারিগুপ্তনা মুংশিবিদুনা কনাগুম্বা অমবু লাঈয়েংবিরবদি অনাবা মীদুগী হকচাঙগী লাঈনা অমসুং সংসারগী অফা-অপুম্বা পুন্নগী লাঈনা অনীমক তুম্বা মাঙই

## মূল ৫২

শ্রীমান্ সেন প্রভুর সেবক প্রধান।
চৈতন্যচরণ বিনা নাহি জানে আন ॥ ৫২।

### শব্দার্থ

শ্রীমান্ সেন—শ্রীমান সেন ; প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী ; সেবক প্রধান—সেবক মকোক্পী , চৈতন্যচরণ—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী খোঙ ; বিনা—নত্তনা , নাহি জানে—খঙদে ; আন—অতৈমা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমান্ সেন হায়বত্থু শ্রীমন মহাপ্রভুগী সেবক অথোইবনী। মহাক শ্রীচৈতন্যগী চরণ নত্তনা অতৈমা খঙদে।

## মূল ৫৩

শ্রীগদাধরদাস শাখা সর্ব্বোপারি।
কাজীগণেব মুখে যেই বোলাইল হরি ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীগদাধরদাস—শ্রীগদাধরদাস ; শাখা—উশা , সর্ব্ব-উপরি—খ্বাইগী মথক্তা , কাজীগণের—কাজীশিংগী ( রায়েন-তৌবা অঙম্বা মুসলমান্শিংগী ), মুখে—চীন্দা , যেই—মহাক্না ; বোলাইল—শোল্হন্খি , হরি—শ্রীহরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী ) উশা শ্রীগদাধরদাস কৌবত্থু খ্বাইগী মথক্তনী। মহাক্না কাজীশিংগী মচীন্দা শ্রীহরি হায়বা রাহৈসি শোল্হন্খি।

### নৈনরোল

শ্রীমন্ মহাপ্রভু অমসুং শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভু অনীমকী শাখাদা শ্রীগদাধর দাসবু শীঙথানৈ। মহাক অয়াম্বা মতমদা গোপীভাব-তা চঙত্থুনা লৈ। মাগী গ্রামদা লৈবা যবন কাজীত্থু কীর্ত্তন তৌববু য়াম্না তাথিরম্মী। নোংমদি গদাধর-দাসনা কৃষ্ণপ্রেমগী আনন্দদা ডাওরত্থুনা অহিঙদা হরি হরি হায়না হৌনা-লাউনা শোল্ল শোল্লগা কাজীগী মফমদা থুংখি ; কাজীগী

ইমূঙদা চঙলগা মহাক্না হায়রম্মী—"হায়। কাজী, কদায়দা লৈ? থুনমক কৃষ্ণ শোল্লু, নত্রগদি হৌজিকমক নঙক থৎকনি।" ব্রাসি তারগা কাজীত্থ মৈ হৌনা শাউরত্থনা থোরকখি। গদাধরবু উবমক্তদা তপ থরম্মী। কাজীনা মহাক লাকপা করিগীনো হংবদা মঙাক্না খুমখি—"শ্রীগৌর-নিত্যানন্দগী কৃপানা মী পুম্নমক্কী মচীন্দা হরি হরি হায়না শোম্নরে, ব্রাৎলিবা হায়ববু নঙ্গাক্তা মঙায়রে। নঙবু হরিনাম শোল্‌হন্‌গে হায়বগীদমক ঐ লাক্লিবনী, কাজ্জী, নহাক হরি হরি শোল্লু। ঐহাক নপাপ পুম্নমক কোক্‌হন্‌গে।" মতমত্থদা কাজীনা নোক্ল-নোক্লত্থনা হায়রকয়ি—"তাওনে গদাধর, হয়েং শোনগে হরি, ঙসি নয়ুম চৎলো।" কাজীগী ব্রাসি তাবদা মুংঙাইবনা মকা লামখিত্থনা গদাধরনা হায়খি—"করিগী অমূক হয়েংনো? হৌজিক্তা নচাম্না হরি শোনগ্রে, মত্থনা মরম ওইত্থনা নঙগী অমঙ্গল পুম্নমক কোকখ্রবনী।" অসি হায়রগা গদাধর যৌনা ঙাওখি, খুবাক খু-খুত্থনা জগোই য়াম্না হেন্দোক্না শাখি। অত্থদগী মহাক যুম হন্‌খি। কাজীস্থ মতমত্থদগী হৌত্থনা য়েংখি তাথিবা পুম্নমক থাদোকখি।

## মূল ৫৪

শিবানন্দসেন প্রভুর ভৃত্য অন্তরঙ্গ।
প্রভু-স্থানে যাইতে সভে লযেন সঙ্গ ॥ ৫৪ ॥

## শব্দার্থ

শিবানন্দসেন—শ্রীশিবানন্দসেন; প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, ভৃত্য—মনাই, অন্তরঙ্গ মনুঙ হঞ্জনবা, প্রভু-স্থানে—(নীলাচলদা) শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মফমদা, যাইতে—চৎপদা, সভে—(মী) পুম্বনা, লয়েন—লৌয়ি; যার—মহাক্কী, সঙ্গ—সঙ্গ (লোয়নবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশিবানন্দসেন শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মনুঙ-হঞ্জনবা মনাইনী। (নীলচলদা) শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী নাক্তা চৎপা মতমদা মী পুম্নমক্না মহাক্কা লোয়ননা চৎমিম্মৈ।

## মূল ৫৫

প্রতিবর্ষ প্রভুর গণ সঙ্গেতে লইয়া।
নীলাচল চলেন পথে পালন করিয়া ॥ ৫৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রতিবর্ষ—চহী খুদিং ; প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী ; গণ—ভক্তশিংবু, সঙ্গেতে—লোয়নননা, লইয়া—পুত্থনা, নীলাচল—নীলাচলদা, চলেন—চৎলী, পথে—লম্বীদা, পালন—ঙাকশেন্‌বা অদুগা পীজ-পীথক, করিয়া—তৌথুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চহী খুদিং শ্রীমন মহাপ্রভুগী ভক্তশিংবু লোয়নননা পুরগা লম্বীদা ঙাক্-শেনবা অমদি পীজ-পীথক তৌথুনা নীলাচল তম্না শ্রীশিবানন্দসেন চৎলী।

### মূল ৫৬

ভক্তে কৃপা করেন প্রভু এ তিন স্বরূপে।

সাক্ষাৎ, আবেশ, আর আবির্ভাব রূপে ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

ভক্তে—ভক্তশিংদা ; কৃপা করেন—চানবী, প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা ; এ—মসি, তিন—অহুম্না, স্বরূপে—শকুম্না, সাক্ষাৎ—শংশংনা, চৎচংনা, আবেশ চঙতুনা তোংবা ; আর—অদুগা, আবির্ভাব—শকউৎপা, রূপে—মওংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা স্বরূপ অহুম অসি উৎতুনা ভক্তশিংবু কৃপা তৌবী—সাক্ষাৎ ওইনা ( শংশংনা খ্বাই পুম্নমক উবা য়াবা শকউৎপা ), আবেশ ( ভক্ত অমদা তোংতুনা উৎপা ) ওইনা, অদুগা আবির্ভাব ( কনাগুম্বা ভক্ত অমদদা উৎপা মনাক্তা লৈবা অতৈনদি উদবা ) ওইনা।

### মূল ৫৭

সাক্ষাতে সকল ভক্ত দেখে নির্ব্বশেষ।

নকুল ব্রহ্মচারিদেহে প্রভুর আবেশ ॥ ৫৭ ॥

### শব্দার্থ

সাক্ষাতে—শংশংনা উৎপদা, সকল ভক্ত—ভক্ত পুম্নমক্না ; দেখে—উই, নির্ব্বিশেষ—চপমান্নবা, নকুল ব্রহ্মচারিদেহে—শ্রীনকুল ব্রহ্মচারীগী হকচাঙদা ; প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, আবেশ শক্তি চঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শংশংনা চোংথোরকুনা শকউৎপদা 'শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু' ভক্ত পুম্নমক্না চপ-মান্নবা ( নির্বিশেষ ওইনা ) উই। শ্রীনকুল ব্রহ্মচারীগী দেহদা চঙতুনা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী আবেশ হায়বা শক্তি উৎপন্ন ওইখি।

## তৈনবোল

সাক্ষাৎ রূপ উৎপা মতমদা ভক্ত পুম্নমক্না মহাকপু উবা ফংঙী, কনামনা উই, কনামনা উদে, কনামনা শরূক অমা উই, কনামনা শরূক অমদি উদে—হায়বা অসিগুম্বসি সাক্ষাৎরূপ উৎলকপা মতমদা থোক্তে। প্রকট-লীলাগী মতমদা সাক্ষাৎরূপ অসি উবা য়াই। মহাপ্রভুগী প্রকট ওইবা মতমদা মী পুম্বনা মহাক্কী দর্শন ফংজখি। অস্নুম্না উববু নির্বিশেষ ওইনা ( হায়বদি খ্বাই পুম্নমক চপ মান্নবা ) উবা কৌয়ি।

কনাগুম্বা মীগী দেহে মনুঙদা ভগবানগী শক্তি চঙববু আবেশ কৌয়ি। আবেশসি সংসার-মায়া-পক্রবা অশেঙবা চিত্তনা মাগী ওইবা অতুগুম্বা ভক্তদা থোকয়ি। মতমতুদা মহাক টাইবঙ-ইরাঙ খঙদে ( বাহ্যজ্ঞান লৈতে ), গ্রহনা নত্রগা ভূত-না তোংলবা মীগুম্না মাগী মহৌশাগী লৈজবা শক্তিনচিংবা মাঙখিতুনা মঙোন্দা চঙলক্লিবা শক্তিতুনা মহাকপু পুরে। মতমতুদা মী খ্বাইগা মান্নদবা মতৌ মরাং তৌরকয়ি। ফীভম অতুগুম্বদা ভক্ততুদা ভগবান্‌গী আবেশ ওইরে হায়নৈ। মতৌ অতুম্না শ্রীনকুল ব্রহ্মচারীগী দেহদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী আবেশ ওইখি। আবেশগী মতমদা ব্রহ্মচারীনা মহাক কনানো হায়বা কাউখি, মহাক্কী দেহস্নু শ্রীগৌরাঙ্গগী দেহেগুম্না তৌরকয়ি, মচীন্দস্নু শ্রীগৌরনা রা ঙাঙঙী, মতমতুদা মাঙোন্দা প্রভুগী শক্তি ফোঙদোকখি।

## মূল ৫৮

'প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী' তাঁর আগে নাম ছিল।
'নৃসিংহানন্দ' নাম প্রভু পাছেতে রাখিল ॥ ৫৮ ॥

## শব্দার্থ

প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী—শ্রীপ্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী ; তাঁর—মহাক্কী, আগে—হান্না, নাম—মিং ; ছিল—ওইরম্মী ; নৃসিংহানন্দ—শ্রীনৃসিংহানন্দ, নাম—মিং, প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা ; পাছেতে—তুংদা ; রাখিল—থোন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হান্নদি মহাক্কী মিং শ্রীপ্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী ওইরম্মী। তুংদা শ্রীমন্ মহা-প্রভুনা শ্রীনৃসিংহানন্দ হায়বা মিং থোনখি।

মূল ৫৯

তাঁহাতে হইল চৈতন্যের আবির্ভাব।
অলৌকিক ঐছে প্রভুর অনেক স্বভাব।। ৫৯ ।।

শব্দার্থ

তাঁহাতে—মঙোন্দা (প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারীদা); হইল—ওইখি ; চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী, আবির্ভাব—শকউৎপা, অলৌকিক—মীরম্নেনগা মান্নদবা, ঐছে—অদুগুম্বা, প্রভুর—শ্রীমন মহাপ্রভুগী, অনেক—য়াম্না, স্বভাব—মতৌ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙোন্দা (প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারীদা) শ্রীচৈতন্যগী আবির্ভাব ওইখি (হায়বদি শ্রীচৈতন্যনা শক-উৎখি। মতৌ অদুম্না শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মীরম্নেনগী নত্তবা স্বভাব য়াম্না উৎখি।

নৈনরোল

হান্নগী মিংনা প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী কৌরম্বা অদুগা কোন্থংদা মহাপ্রভুনা নৃসিংহানন্দ হাযবা মিং থোনখিবা ভক্ত অদুদা নোংমদি শিবানন্দসেনগী য়ুমদা শ্রীমন মহাপ্রভুগী আবির্ভাব ওইখি (শক-উৎখি)। মহু নৃসিংহানন্দনা উখি, অতৈ কনামতনা উখিদে, শিবানন্দসু উথিদে।

মূল ৬০

আস্বাদিল এই সব রস শিবানন্দ।
বিস্তারি কহিব আগে এ সব আনন্দ ।। ৬০ ।।

শব্দার্থ

আস্বাদিল—মহাও তংখি ; এই সব—পূম্বসি, রস—রস (নুংঙাইবা), শিবানন্দ—শিবানন্দসেন, বিস্তারি—শন্দোক্না ; কহিব—লীথরক্কে, আগে—তুংদা ; এ সব—পূম্বসি, আনন্দ—নুংঙাইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশিবানন্দসেন হায়বা ভক্তনা রস পুস্থসি (হায়বদি সাক্ষাৎ, আবেশ, আবির্ভাব) মহাও তংখি। মুংঙাইবা পুস্থসিগী রাদি শন্দোরা তুংদা চাম্বথরক্কে।

## নৈনরোল

সাক্ষাৎ, আবেশ, আবির্ভাব-হায়বা মথল অহুমগী কৃপা লাইবক ফবা শিবানন্দনা ফংজখি। নবদ্বীপ-তা, নীলাচলদা অত্থগা মফম অতৈদা মহাক্না মহাপ্রভুগী প্রকটরূপ দর্শন তৌখি, মহাক্কী শ্রীমুখগী পাউতাক মনাকোঙনা তাখি। নকুল ব্রহ্মচারীগী দেহেদা মহাপ্রভুগী আবেশ ওইবা মতমদস্তু শিবানন্দ য়াওরম্মী। কুম অমা পৌবগী থাক্লুঙদা নৃসিংহানন্দনা শিবানন্দগী য়ুমদা পোৎলম মথেল মথেল লাঙতুনা মহাপ্রভুগী ভোগ কৎলম্মী; মতমত্থুদা প্রভুদি নীলাচলদা লৈবনী; অত্থবু প্রভুনা লেঙলক্তুনা (আবির্ভাব-তা) ভোগ অদু লৌখি। থোদোসি সত্যনী—নৃসিংহানন্দগী মিত্তা শেরান-তুরান্ উবা নত্তে—হায়বত্থ মতুঙগী চহীদা মহাপ্রভুগী শ্রীমুখমক্তদা শিবানন্দনা মনা-কোঙনা তাখি।

## মূল ৬১

শিবানন্দের উপশাখা—তাঁর পরিকর।

পুত্র ভৃত্য-আদি চৈতন্যের অনুচর ॥ ৬১ ॥

## শব্দার্থ

শিবানন্দের—শিবানন্দসেনগী, উপশাখা উশাগী উশা, তাঁর—মাগী, পরিকর—লোইনবশিং, পুত্র—মচানুপা; ভৃত্য-আদি—মনাই-নচিংবা, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, অনুচর—তুংইন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিবানন্দসেনগী উপশাখাদি, মাগী মচানুপা, মনাইনচিংবা ইমুঙ গী মী পুম্নমক্কী। মখোয় লোইনমক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী তুংইন্‌বনী।

## মূল ৬২

চৈতন্যদাস, রামদাস, আর কর্ণপুর।

তিন পুত্র শিবানন্দের—প্রভুর ভক্তশূর ॥ ৬২ ॥

## শব্দার্থ

চৈতন্যদাস—চৈতন্যদাস ; রামদাস—রামদাস , আর—অমুগা , কর্ণপূর—কর্ণপূর ; তিন পুত্র—মচাহুপা অহুম , শিবানন্দের—শিবানন্দগী , প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী , ভক্তশূর—ভক্ত অথোইবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিবানন্দগী মচাহুপা অহুম—চৈতন্যদাস, রামদাস, অমুগা কর্ণপূর—হায়বত্ শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী ভক্ত অথোইবনী ।

## নৈনরোল

কর্ণপূরগী মমিংদি পরমানন্দদাস কৌবনী। শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা শ্লোক লেংলগা মহাপ্রভুগী কর্ণ ( নাকোঙ ) পূর্ণ ওইহল্লী ( থল্হল্লী হায়বদি পেল্হল্লী ) হায়বগীদমক মমিং কর্ণপূর ওইখিবনী। পুরীদা ( শ্রীক্ষেত্রদা ) মমাগী গর্ভদা চঙহনখিবনী হায়রুনা মাগী মমিং অমনা পুরীদাস কৌয়ি। আনন্দ-বৃন্দাবনচম্পু, শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মহাকাব্যম্-নচিংবা মহাক্না লেংলম্বা সংস্কৃতগ্রন্থ নী।

## মুল ৬৩

শ্রীবল্লভসেন আর সেন শ্রীকান্ত ।

শিবানন্দ-সম্বন্ধে প্রভুর ভক্ত একান্ত ॥ ৬৩ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীবল্লভসেন—শ্রীবল্লভসেন ; আর—অমুগা ; সেন শ্রীকান্ত—শ্রীকান্ত সেন , শিবানন্দ-সম্বন্ধে—শিবানন্দগা মরী লৈনবা ; প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী , ভক্ত—ভক্ত, মনাই , একান্ত—হন্‌বা-নাইদবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবল্লভসেনগা শ্রীকান্তসেনগা শিবানন্দগী সম্বন্ধনীনা মখোয়নী মহাপ্রভুগী হন্‌বা-নাইদবা ভক্তনী ।

## মুল ৬৪

প্রভুর প্রিয় গোবিন্দানন্দ মহাভাগবত ।

প্রভুর কীর্ত্তনীয়া আদি শ্রীগোবিন্দদত্ত ॥ ৬৪ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর—মহাপ্রভুগী, প্রিয়—নুংশিরবা; গোবিন্দানন্দ—শ্রীগোবিন্দানন্দ; মহাভাগবত—মহাভক্তনী; প্রভুর—মহাপ্রভুগী, কীর্ত্তনীয়া—কীর্ত্তনশকপা; আদি—নচিংবা, শ্রীগোবিন্দদত্ত—শ্রীগোবিন্দদত্ত।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী নুংশিজরবা শ্রীগোবিন্দানন্দহু মহাভক্তনী। শ্রীগোবিন্দদত্তনা প্রভুগী কীর্ত্তনীয়া মকোক্নী।

মূল ৬৫

শ্রীবিজয়দাস নাম প্রভুর আখরিয়া।

প্রভুরে অনেক পুঁথি দিয়াছে লিখিয়া ॥ ৬৫ ॥

শব্দার্থ

শ্রীবিজয়দাস নাম—শ্রীবিজয়দাস কৌবা, প্রভুর—মহাপ্রভুগী, আখরিয়া—লাইরীক-শিনবা, অতোপ্পা লাইরীক য়েংলগা ময়েক শিন্দোকপা মী; প্রভুর—মহাপ্রভুগী, অনেক পুঁথি—লাইরীক য়াম্না, দিয়াছেন—পীখি; লিখিয়া—ইত্নুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবিজয়দাস কৌবহু মহাপ্রভুগী লাইরীক-শিন্বীবা মীনী ( আখরিয়ানী )। মহাক্না মহাপ্রভুগীদমক লাইরীক য়াম্না শিন্দোকখিরম্মী।

মূল ৬৬

'রত্নবাহু' বলি প্রভু থুইল তাঁর নাম।

অকিঞ্চন প্রভুর প্রিয় কৃষ্ণদাস নাম ॥ ৬৬ ॥

শব্দার্থ

রত্নবাহু—রত্নবাহু; বলি—কৌদুনা, প্রভু—মহাপ্রভুনা, থুইল—থমখি, তাঁর—মাগী; নাম—মিং, অকিঞ্চন—করিমত্তা লৈজদ্রবা, প্রভুর—মহাপ্রভুগী; প্রিয়—নুংশিজরবা; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাস; নাম—কৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীবিজয়দাসপু মিং "রত্নবাহু" হায়না কৌবিখি। অকিঞ্চন কৃষ্ণদাস কৌবা ভক্তমহু মহাপ্রভুগী সুংশিজবা অমনী।

মুল ৬৭

খোলা-বেচা শ্রীধর প্রভুর প্রিয়দাস।
যাঁহা-সনে প্রভু করে নিত্য পরিহাস ॥ ৬৭ ॥

শব্দার্থ

খোলা—লফু-মকা, বেচা—য়োন্‌বা, ( খোলা-বেচা—লফুমকা য়োন্‌বা মী ), শ্রীধর—শ্রীধর ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; প্রিয়দাস—সুংশিবা মনাই, যাঁহা মনে—মহাক্কা লোয়নন্না ; প্রভু—মহাপ্রভুনা, করে—তৌয়ি, নিত্য—তত্তুনা, পরিহাস—ফাগি-জুগাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খোলাবেচা ( লফু-য়োন্‌বা ) শ্রীধর মহাপ্রভুগী সুংশিনবা মনাইনী। মহাক্কা লোয়নন্না প্রভুনা তত্তুনা ফাগি-জুগাই তৌনৈ।

মুল ৬৮

প্রভু যাঁর নিত্য লয় থোড় মোচা ফল।
যাঁর ফুটা লৌহপাত্রে প্রভু পিলা জল ॥ ৬৮ ॥

শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভু, যাঁর—মহাক্কী ; নিত্য তত্তুনা, লয়—লৌয়ি, থোড়—লফুগী ময়োন্ পুঙগ্রী, মোচা—লফুথরো ; ফল—লফোই, যাঁর—মহাক্কী, ফুটা—অহোবা, লৌহ-পাত্রে—য়োৎকী-পাত্রদা, প্রভু—মহা-প্রভুনা, পিলা—ফান্‌খি, জল ঈশীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা শ্রীধরগী লফু-ময়োন্, লফু-থরো অমসুং লফোই তত্তুনা লৌয়ি। মহাক্কী অহোবা য়োৎকী পাত্রদা প্রভুনা ঈশীঙ ফান্‌খি।

## লৈনমল্লোন্

৮। শ্রীধরনা থোল্লা (লাফুগী-রুকা) য়োল্লি হায়রুনা মাবু থোল্লা-বেচা কৌয়ি। বোংশ্না কীর্তন পুনুনা শ্রুতুনা শ্রীধরগী অনুমদা লেত্তখি, মতমতুনা শ্রীধরগী শুমাঙদা য়োংকী থুজাই অকায়বা অমা তাদুনা লৈরম্মী। প্রভুনা থুজাইদুনা ঈশীঙ হৈরগা ফাম্নখি। মসিনা তাকপদি শ্রীধর যাম্না শেল-লৈতবা মীনী হায়বা অদুগা মহাপ্রভুগী অচানবা অমনী হায়বা অদুনী। শ্রীধরগী দোকান্দা লক্ক-পুঙগ্রী অমদি থরোনচিংবা লৈবা মতমদা মপু-মনাই ফাগি-জুগাই তৌনদুনা থংনৈ-চৈনৈ।

## মূল ৬৯

প্রভুর অতিপ্রিয় দাস ভগবান্ পণ্ডিত।

যাঁর দেহে কৃষ্ণ পূর্ব্বে হৈলা অধিষ্ঠিত ॥ ৬৯ ॥

## শব্দার্থ

প্রভুর—মহাপ্রভুগী; অতিপ্রিয়—য়াম্না নুংশিবা, দাস—নাই, ভগবান পণ্ডিত—শ্রীভগবান্ পণ্ডিত; যাঁর—মহাকী; দেহে—হকচাঙদা কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, পূর্ব্বে—হান্নদা; অধিষ্ঠিত—লৈরম্মী।

মৈতেইলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভগবান্ পণ্ডিত মহাপ্রভুগী য়াম্না নুংশিবা মনাইনী। মহাকী দেহে-মুংদা হান্নদগী শ্রীকৃষ্ণবু থমদুনা নীঙজরক্লিবনী।

## মূল ৭০

জগদীশ পণ্ডিত আর হিরণ্য মহাশয়।

যাঁরে কৃপা কৈল বাল্যে প্রভু দয়াময় ॥ ৭০ ॥

## শব্দার্থ

জগদীশ পণ্ডিত—শ্রীজগদীশ পণ্ডিত; আর—অদুগা, হিরণ্য—শ্রীহিরণ্য; মহাশয়—পুকচেল-চাওবা; যাঁরে—মখোয়বু; কৃপা কৈল—চানবিখি; বাল্যে—অঙাং শীংবক ওইবা মতমদা, প্রভু—মহাপ্রভু; দয়াময়—থৌজাল-হৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রী জগদীশ পণ্ডিত অমসুং শ্রীহিরণ্য পূরকচেন-চাওখনী। মহাপ্রভুগী অঙাঙ ওইরিঙৈ মতমদা কৌজ্ঞান্-হৈবা প্রভুনা মখোয়বু কৃপা তৌকিখি।

লৈনরোল

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী বাল্য-অবস্থা ওইরিঙৈ মতমদা নোংমা একাদশী তিথিদা বিষ্ণুদা কৎনবা নৈবেদ্য হৌরম্মী। অন্তর্য্যামী প্রভুনা মহু খঙলহুনা নৈবেদ্যহু হাগে হায়রগীদমক কপ্লম্মী। জগদীশ অমসুং হিরণ্য অনীনা মহু খঙলহুনা নৈবেদ্য পুম্নমক অহু পুরকুনা প্রভুবু হাহন্খি।

মুল ৭১

এই দুই ঘরে প্রভু একাদশীদিনে।

বিষ্ণুর নৈবেদ্য মাগি খাইলা আপনে॥ ৭১॥

শব্দার্থ

এই দুই—অনী অসি, ঘরে—য়ুমদা; প্রভু—মহাপ্রভুনা, একাদশী দিনে—একাদশী তাবা নুমিত্তা; বিষ্ণুর—বিষ্ণুগী, নৈবেদ্য—কৎনবা লুক; মাগি—নিহুনা, খাইলা—হাখি, আপনে—মছামক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( জগদীশ অমসুং হিরণ্যগী ) য়ুম অনীসিদা মহাপ্রভুনা একাদশী তাবা নুমীত্তা বিষ্ণুদা কৎপা লুক ( নৈবেদ্য ) অহু নিরগা মছামক্না হাখি।

মুল ৭২

প্রভুর পড়ুয়া দুই—পুরুষোত্তম, সঞ্জয়।

ব্যাকরণে মুখ্য শিষ্য বিখ্যাত জগতে॥ ৭২॥

শব্দার্থ

প্রভুর—মহাপ্রভুগী, পড়ুযা—পাঁডোরান্, দুই—অনী; পুরুষোত্তম —শ্রীপুরুষোত্তম; সঞ্জয়—সঞ্জয়, ব্যাকরণে—ব্যাকরণ শাস্ত্রদা; মুখ্য—অথোইবা; শিষ্য—শিষ্য, পাঁডোরান্, বিখ্যাত—মিং-চৎপা; জগতে—পৃথিবীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুগী পুরুষোত্তম অমসুং সঞ্জয় কৌবা পত্তোয়ান্ অনীশক লৈরম্মী। মখোয় ব্যাকরণ শাস্ত্রগী অথোইবা শিষ্যনী হায়না জগৎনা খঙনরম্মী।

## মূল ৭৩

বনমালী পণ্ডিত শাখা বিখ্যাত জগতে।
সোণার মূষল হল দেখিল প্রভুর হাতে॥ ৭৩॥

### শব্দার্থ

বনমালী পণ্ডিত—বনমালী পণ্ডিত; শাখা—উশা; বিখ্যাত—ফাওরম্মী; জগতে—জগত্তা, সোণার—সনাগী, মূষল—শূক, হল—লাঙ্গোল, দেখিল—উখি; প্রভুর—প্রভুগী, হাতে—খুত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বনমালী পণ্ডিত-কৌবা শাখাদু জগৎতা ফাওরম্মী। মহাক্না মহাপ্রভুগী খুত্তা সনাগী মূষলগা লাঙ্গোলগা উখি।

### তৈনবোল

নোংমা মহাপ্রভুনা শ্রীবলদেবগী ভাব-তা আবেশ তৌখি (চঙখি), মতমদুদা বনমালী পণ্ডিতনা প্রভুগী খুত্তা সনাগী মূষল অমসুং লাঙ্গোল পায়রব্দু উখি।

## মূল ৭৪

শ্রীচৈতন্যের অতিপ্রিয় বুদ্ধিমন্তখান্।
আজন্ম আজ্ঞাকারী তেঁহো সেবক প্রধান॥ ৭৪॥

### শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যগী, অতিপ্রিয়—য়াম্না নুংশিবা; বুদ্ধিমন্তখান—বুদ্ধিমন্তখান; আজন্ম—পোকপদগী হৌরদুনা; আজ্ঞাকারী—য়াথং ইন্বা, তেঁহো—মহাক, সেবক-প্রধান—মনাই অথোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বুদ্ধিমন্ত খান শ্রীচৈতন্যগী য়াম্না চাম্বা খনাইনী। হেক পোকপদগী হৌদুনা য়াথং-ইন্না ওইদুনা লাক্লবা সেবক অমোইননী মহাক।

মূল ৭৫

গরুড় পণ্ডিত লয়ে শ্রীনামমঙ্গল।
নামবলে বিষ যাঁরে না করিল বল॥ ৭৫॥

শব্দার্থ

গরুড পণ্ডিত—গরুড পণ্ডিতনা; লয়ে—লৌয়ি, শোল্লী; শ্রীনাম-মঙ্গল—মঙ্গলগী মশক ওইবা হরিনাম মহামন্ত্র, নামবলে—হরিনামগী মপাঙ্গম্না, বিষ—হূনা; যাঁরে—মঙোন্দা, না করিল—থোকখিদে, বল—পাঙল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গরুডপণ্ডিত কৌবা শাখাদু মতমপুম্বদা মঙ্গলগী মশক ওইবা হরিনাম মহামন্ত্র শোল্লম্মী। নাম শোন্বগী পাঙ্গম্না লিনগী হূনা মঙোন্দা পাঙ্গল থোকপা ঙমখিদে।

মূল ৭৬

গোপীনাথসিংহ এক চৈতন্যের দাস।
'অক্রুর' বলি প্রভু যাঁরে করে পরিহাস॥ ৭৬॥

শব্দার্থ

গোপীনাথ সিংহ—গোপীনাথ সিংহ; এক—অমা, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যগী, দাস-মনাই, অক্রুর-অক্রুর বৈষ্ণব, বলি—কৌদুনা; প্রভু—মহাপ্রভুনা, যাঁরে—মহাকপু, করে পরিহাস—ফাগি তৌদুনা লওনৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপীনাথসিংহ শ্রীচৈতন্যগী দাস অমনী। মহাকপু মহাপ্রভুনা 'অক্রুর' হায়না কৌদুনা লওনৈ।

মুল ৭৭

ভাগবতী দেবানন্দ বক্রেশ্বর-কৃপাতে।
ভাগবতের ভক্তি-অর্থ পাইল প্রভু হৈতে ॥ ৭৭ ॥

শব্দার্থ

ভাগবতী—ভাগবত-পাবা, দেবানন্দ শ্রীদেবানন্দ, বক্রেশ্বর-কৃপাতে—বক্রেশ্বরগী কৃপানা, ভাগবতের—শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী, ভক্তি-অর্থ—ভক্তি-ব্যাখ্যা, পাইল—ফংখি। প্রভু-হৈতে—মহাপ্রভুদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেবানন্দ হায়বা ভাগবতীদো (ভাগবত পাঠ তৌরগা অর্থ হন্দুনা মীওন্দা শ্রবণ তৌহন্‌বা মীদো) বক্রেশ্বরগী কৃপাদগী শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মফমদগী ভক্তি-অর্থ ফংজখি।

মুল ৭৮-৭৯

খণ্ডবাসী মুকুন্দদাস শ্রীরঘুনন্দন।
নরহরিদাস, চিরঞ্জীব, সুলোচন ॥ ৭৮ ॥
এইসব মহাশাখা চৈতন্য কৃপাধাম।
প্রেম ফল-ফুল করে যাহাঁ তাহাঁ দান। ৭৯ ॥

শব্দার্থ

খণ্ডবাসী মুকুন্দদাস—শ্রীখণ্ডবাসী মুকুন্দদাস, শ্রীরঘুনন্দন—শ্রীরঘুনন্দন, নরহরিদাস—শ্রীনরহরিদাস চিরঞ্জীব—শ্রীচিরঞ্জীব; সুলোচন—শ্রীসুলোচন, এই সব—অসি পুম্বা, মহাশাখা—উশা অচৌ-অচৌবা, চৈতন্য কৃপাধাম—শ্রীচৈতন্য কৌবা থোজান্ তুণ্ডকম পাম্বীগী; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম, ফল-উহৈ, ফুল—লৈরাং, করে—তৌয়ি, যাহাঁ তাহাঁ—মফম অমদগু অমদগু, দান—পীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খণ্ডবাসী মুকুন্দদাস শ্রীরঘুনন্দন, শ্রীনরহরিদাস, শ্রীচিরঞ্জীব, শ্রীসুলোচন হায়বা মখোয় পুম্বসে শ্রীচৈতন্য কৌবা কৃপা-পাম্বীগী উশা অচৌবা ওয়াক্রী। মখোয়না মফম অমদগু অমদগু কৃষ্ণপ্রেম কৌবা উহৈ অমসুং উপাল য়েন্‌খি।

## মূল ৮০-৮১

কুলীনগ্রামবাসী— সত্যরাজ, রামানন্দ।
যদুনাথ, পুরুষোত্তম, শঙ্কর, বিদ্যানন্দ ॥ ৮০ ॥
বাণীনাথ বসু আদি যত গ্রামী জন।
সভেই চৈতন্যভৃত্য চৈতন্য প্রাণধন ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

কুলীনগ্রামবাসী—কুলীনগ্রামদা লৈবা মী, সত্যরাজ—শ্রীসত্যরাজ, রামানন্দ—শ্রীরামানন্দ ; যদুনাথ— শ্রীযদুনাথ, পুরুষোত্তম—শ্রীপুরুষোত্তম, শঙ্কর—শ্রীশঙ্কর, বিদ্যানন্দ—শ্রীবিদ্যানন্দ, বাণীনাথ বসু - শ্রীবাণীনাথ বসু ; আদি- চিংবা, যত কয়া, গ্রামীজন – গ্রামদা লৈবা মী, সভেই —লোইনমক, চৈতন্যভৃত্য - শ্রীচৈতন্যগী মনাই, চৈতন্য প্রাণধন— শ্রীচৈতন্যনা মখোয়গী থবাই অমদি লন্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসত্যরাজ, শ্রীরামানন্দ, শ্রীযদুনাথ, শ্রীপুরুষোত্তম, শ্রীশঙ্কর অমসুং শ্রীবিদ্যানন্দ—মখোয়সি কুলীনগ্রামগী মীনী। শ্রীবাণীনাথনচিংবা কুলীনগ্রামগী মী পুম্বা শ্রীচৈতন্যগী মনাইনী অদুগা শ্রীচৈতন্যনা মখোয়গী থবাই অমসু লন্নী।

## মূল ৮২

প্রভু কহে কুলীনগ্রামের যে হয় কুকুর।
সেই মোর প্রিয়-অন্য জন রহু দূর ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা হায়, কুলীনগ্রামের—কুলীনগ্রামগী যে— মা, হয়—ওই, কুকুর হুঈ, সেই - মামক, মোর—ঐগী, প্রিয়— নুংশিবনী ; অন্য জন – অতোপ্পা মীদি, রহু - লৈসনু, দূর—লাপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা হায়—কুলীনগ্রামগীনীবু হায়রবদি হুঈকাওবা ঐগী নুংশিবনী, অতৈ মীগী রাদি লাপ্নবু থম্থো।

## মূল ৮৩

কুলীনগ্রামের ভাগ্য কহনে না যায়।
শূকর চরায় ডোম সেহো কৃষ্ণ গায় ॥ ৮৩ ॥

## শব্দার্থ

কুলীনগ্রামের—কুলীনগ্রামগী, ভাগ্য—লাইবক্তি, কহনে—হায়বা, না যায়—থোক্তে, শূকর—ওক; চরায়—শেন্নী, ডোম—চণ্ডাল; সেহো—মাহু; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ; গায়—শোল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কুলীনগ্রামগী লাইবক্তি হায়বদা থোক্তে। ওক-শেন্‌বা ডোম ফাওবনা কৃষ্ণনাম শোল্লী।

## মূল ৮৪

অনুপম বল্লভ, শ্রীরূপ, সনাতন।
এই তিন শাখা বৃক্ষের পশ্চিমে সর্ব্বোত্তম ॥ ৮৪ ॥

## শব্দার্থ

অনুপম বল্লভ—শ্রীঅনুপম বল্লভ, শ্রীরূপ শ্রীরূপ, সনাতন—শ্রীসনাতন; এই তিন শাখা—উশা অহুম অসি, বৃক্ষের—পাম্বীগী; পশ্চিমে—নোংচুপ্তা, সর্ব্বোত্তম—খ্বাইগী মকোক্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅনুপম বল্লভ, শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন কৌবা উশা অহুমসে নোংচুপ-লমদা খ্বাইদগী থোইবনী।

## তৈনবোল

অনুপম বল্লভ অসি শ্রীরূপ - সনাতনগী মনাওনুপানী অদুগা শ্রীজীব গোস্বামীবু পোকপা পম্বোনী। মহাক্কী মিংদি শ্রীবল্লভ কৌয়ি। গৌড়েশ্বরনা মহাক্কা অনুপম মল্লিক হায়বা উপাধি পীখিবনী। তৈনবিবা শাস্ত্রসিদা অনুপম হায়বা শব্দসি উপাধিনী অদুগা বল্লভ হায়বসি মাগী মিংনী।

### মূল ৮৫

তার মধ্যে রূপ-সনাতন বড় শাখা।
অনুপম-জীব রাজেন্দ্রাদি উপশাখা। ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মতুগী, মধ্যে—মনুঙদা, রূপ-সনাতন—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতন, বড়- অচৌবা, শাখা—উশানী, অনুপম—শ্রীঅনুপম বল্লভ, জীব—শ্রীজীব গোস্বামী, রাজেন্দ্রাদি—শ্রীরাজেন্দ্রন-চিংবা, উপশাখা—উশাগী উশা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুগী মনুঙদা শ্রীরূপকা শ্রীসনাতনগনা অচৌবা শাখানী। অতুগা শ্রীঅনুপমবল্লভ, শ্রীজীব অমসুং শ্রীরাজেন্দ্রনচিংবনা উপশাখানী।

### নৈনরোল

শ্রীরাজেন্দ্রসে কনা কনাগুম্বনা শ্রীসনাতন গোস্বামীগী মচানুপানী হায়না হায়। অতুবু শ্রীসনাতন গোস্বামীগী মচা পোক্লম্মী হায়বসি তশেংনা খঙবা ঙমদে।

### মূল ৮৬

মালীর ইচ্ছায় দুই শাখা বহুত বাড়িল।
বাড়িয়া পশ্চিমদিশা সব আচ্ছাদিল ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

মালীর—মালীগী, ইচ্ছায়—অনীঙবনা, দুই শাখা—উশা অনী (শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বামী), বহুত—য়াম্না; বাড়িল—শন্দোকখি, বাড়িয়া—শন্দোক্লুনা, পশ্চিমদিশা—নোংচুপ মায়কৈ, সব—লোয়না, আচ্ছাদিল--কূপখি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মালীনা (প্রভুনা) নীঙবা মতুঙ ইন্না শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বামী কোবা উশা অনীদু মশা-মরেং য়াম্না শন্দোকখি। অদুম্না শন্দোকপনা নোংচুপ-মায়কৈ পুম্না থুংনা কূপখি।

### মুল ৮৭

আ-সিন্ধুনদী-তীর আর হিমালয়।

বৃন্দাবন-মথুরাদি যত তীর্থ হয় ।। ৮৭ ।।

### শব্দার্থ

আ-সিন্ধুনদী—আ সিন্ধুতুরেলগী ; তীর--তোর্ব্বান ফাওবা ; আর—অমুখা ; হিমালয়—হিমালয় চীঙশাং, বৃন্দাবন-মথুরাদি—বৃন্দাবন অমসুং মথুরা-নচিংবা, যত—কয়া ; তীর্থ হয়—লাইফম লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আ সিন্ধুতুরেল-তোর্ব্বান ফাওবা অমসুং হিমালয় চীঙশাং য়াওনা অমুগা বৃন্দাবন-মথুরানচিংবা লৈরম্বা তীর্থ পুম্বদা মখোয় শন্দোক্লম্মী।

### মুল ৮৮

দুই শাখার প্রেমফলে সকল ভাসিল।

প্রেমফলাস্বাদে লোক উন্মত্ত হইল ।। ৮৮ ।।

### শব্দার্থ

দুই শাখার—উশা অনীগী, প্রেমফলে—কৃষ্ণপ্রেম কৌবা উঁহৈদা, সকল—লোইনমক, ভাসিল—তাউথরে, প্রেম-ফল-আস্বাদে—প্রেম-ফলগী মহাওনা, লোক—মীশিংনা, উন্মত্ত—ঙাওবা, হইল—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উশা অনীদুগী ( শ্রীরূপ সনাতন অনীগী ) কৃষ্ণপ্রেম কৌবা উঁহৈদা লোইনমক তাউথরম্মী। প্রেমফলগী মহাওনা মীপুম্নমক ঙাওরম্মী।

### মুল ৮৯

পশ্চিমের লোক সব মূঢ় অনাচার।

তাহাঁ প্রচারিল দোঁহে ভক্তি সদাচার ।। ৮৯ ।।

### শব্দার্থ

পশ্চিমের—নোংচুপকী, লোক সব—মী পুম্নমক, মূঢ—( ভক্তিগী

মরমদা ) খণ্ডদবা, আনাচার—আচার ( শাস্ত্রৎ ) নাইদবা, তাহাঁ—মফমহুদা, প্রচারিল—শন্দোকখি দোঁহে—অনীনা ( শ্রীরূপ-সনাতন অনীনা ), ভক্তি—কৃষ্ণভক্তি, সদাচার—আচার ফজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভারতকী নোংচূপ মাযকৈগী মী পুম্নমক ভক্তিগী মরমদা খণ্ডদবা ওাক্কী অতুগা আচার-নাইদবনী। মফমতুদা মখোয় অনীনা ভক্তিগা সদাচারগা শন্দোকখিরম্মী।

## মূল ৯০

শাস্ত্র দৃষ্টে কৈল লুপ্ত তীর্থের উদ্ধার।
বৃন্দাবনে কৈল শ্রীমূর্ত্তিসেবার প্রচার ॥ ৯০ ॥

## শব্দার্থ

শাস্ত্রদৃষ্টে—শাস্ত্রনা তাকপা মতুঙ ইন্না, কৈল—তৌখি লুপ্ত—মাঙলুরবা, কাউথোক্লরুবা, তীর্থের—লাইফমগী, উদ্ধার—পুথোকপা, বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা, কৈল—তৌয়ি, শ্রীমূর্ত্তিসেবার—শ্রীমূর্ত্তি লাংপগী, প্রচার—শন্দোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্র প্রমাণ মতুঙ ইন্না কাউথোক্লরবা তীর্থশিংদু ( শ্রীরূপ-সনাতন অনীনা ) পুথোকখি। মখোয়না বৃন্দাবন ধামদা শ্রীমূর্ত্তি-সেবা শন্দোকখি।

## নৈনরোল

শ্রীরূপ গোস্বামীনা শ্রীগোবিন্দ মূর্ত্তি অতুগা শ্রীসনাতন গোস্বামীনা শ্রীমদনমোহন মূর্ত্তিগী সেবা প্রচার তৌখি। অহানবদা বৃন্দাবন-দা লৈখিবা গৌড়ীয় বৈষ্ণবমন্দির তরেৎতি— মদনমোহন, গোবিন্দ, গোপীনাথ, রাধা দামোদর, রাধারমণ, রাধাশ্যামসুন্দর, অমসুং গোকুলানন্দগী মন্দিরনী।

## মূল ৯১

মহাপ্রভুর প্রিয় ভৃত্য রঘুনাথ দাস।
সর্ব্ব ত্যাগি কৈল প্রভুর পদতলে বাস ॥ ৯১ ॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রভুর—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, প্রিয় — মুংশিরবা, ভৃত্য—মনাই, রঘুনাথদাস—শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামী, সর্ব্ব—পূম্নমক, ত্যাগ—থাদোক্লনা, কৈল—তৌথি, প্রভুর শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, পদতলে—খুয়া-খাদা, বাস—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলরঘুনাথদাস গোস্বামী শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মুংশিরবা মনাইনী। (লম্বুম) পূম্নমক থাদোক্লনা শ্রীমন মহাপ্রভুগী খুয়া নাক্তা লৈথি।

### মূল ৯২

প্রভু সমর্পিল তাঁরে স্বরূপের হাথে।

প্রভুর গুপ্তসেবা কৈল স্বরূপের সাথে।। ৯২ ।।

### শব্দার্থ

প্রভু—শ্রীমন মহাপ্রভু, সমর্পিল—শিন্নখি, তাঁরে—মহাকপু (রঘুনাথদাসবু), স্বরূপের—শ্রীস্বরূপদামোদরগী, হাথে—খুত্তা, প্রভুর—শ্রীমন মহাপ্রভুগী, গুপ্তসেবা—অথুপ্পা সেবা, কৈল—তৌযি, স্বরূপের সাথে—শ্রীস্বরূপ দামোদরগা লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন মহাপ্রভুনা মহাকপু শ্রীস্বরূপদামোদরগী খুত্তা শিন্নরম্মী। শ্রীস্বরূপদামোদরগা লোয়ননা শ্রীমন মহাপ্রভুগী গুপ্তসেবা তৌয়ি।

### নৈনরোল

অহিংদা খোঙ-নোইবনচিংবা সেবা শ্রীলরঘুনাথদাসনা শ্রীলস্বরূপ দামোদরগা লোযননা তৌরম্মী। সেবাস্তু অহিংদা তৌবনীনা সাধারণ ময়াম্না উবা ফংদে, মরমতুনা সেবাস্তুবু গুপ্ত (অরোৎপা) সেবা কৌরিবনী।

### মূল ৯৩

ষোড়শ বৎসর কৈল অন্তরঙ্গ-সেবন।

স্বরূপের অন্তর্ধানে আইলা বৃন্দাবন। ৯৩ ।।

### শব্দার্থ

ষোড়শ—তরাতরুক, বৎসর—চহী; কৈল—তৌয়ি, অন্তরঙ্গ—মনূঙ হঞ্জনবা, সেবন—সেবা, স্বরূপের—শ্রীস্বরূপকী, অন্তর্ধানে—থুপথ্রবদা, আইলা—লাকখি, বৃন্দাবন—বৃন্দাবনধামদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলরঘুনাথদাস চহীতরাতরুক চুপ্পা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মনূঙহঞ্জনবা সেবা তৌবম্মী। শ্রীস্বরূপদামোদরনা থুপথ্রবা মতুঙদা মহাক বৃন্দাবন ধামদা লেঙলকখি।

### নৈনরোল

অন্তরঙ্গ-সেবন—লীলা-আবেশদা প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান লৈত্রবদা মহাকপু ঙাক্শেনবা সেবাতুবু হায়রিবনী।

### মূল ৯৪-৯৫

বৃন্দাবনে দুই ভাইর চরণ দেখিয়া।
গোবর্দ্ধনে ত্যজিব দেহ ভৃগুপাত করিয়া ॥ ৯৪ ॥
এই ত নিশ্চয় করি আইলা বৃন্দাবনে।
আসি রূপ-সনাতনের বন্দিলা চরণে ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন্দা, দুই ভাইর—মচীন্নাও অনীগী (শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতনগী), চরণ খোঙ, দেখিয়া—উজরগা, গোবর্দ্ধনে—শ্রীগোবর্দ্ধনগিরিদা, ত্যজিব—থাদোক্কে, দেহ—হকচাঙ, ভৃগুপাত—চীঙদগী চোংথদুনা শিবা, করিযা—তৌদুনা, এইত—অসিমক, নিশ্চয় করি—লেপ্তুনা, আইলা—লাকখি, বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন্দা, আসি—লাক্লগা, রূপ-সনাতনের—শ্রীরূপ সনাতনগী; বন্দিলা—খুরুমখি, চরণে—খোঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবন-দা শ্রীরূপ-সনাতন মচীন্নাও অনীগী চরণ থুরুমজরগা গোবর্দ্ধনগিরিদা ভৃগুপাত (চীঙদগী ওন্থদুনা নক্রগা চোংথদুনা) দেহ থাদোক্কে

হায়বা রারেপসিমক লৌরতুনা বৃন্দাবন-দা লাকখি। লাক্লগা মহাক্লা ( শ্রীরঘুনাথদাসনা ) শ্রীরূপ-সনাতনগী চরণ-খাদা থুকমজখি।

### নৈনরোল

নীলাচলদা মহাপ্রভুগী লীলা থুপগ্রবদা রঘুনাথদাস গোস্বামীনা মথরাই ফুংঙাইমন্দবদগী শিরমগদোরে। অতুমকপু স্বরূপদামোদরগী সঙ্গগুন্না মওং অমা তৌনা পুন্সি লেন্‌খি। অতুবু মতম ইকুই কুইদনা স্বরূপদামোদরস্সু থুপগ্রে, অতুদা রঘুনাথস্সু হিংনীঙলমদ্রে। অতুনা মহাক্লা রারেপখি— শ্রীবৃন্দাবন-দা চৎলগা শ্রীরূপ-সনাতনগী চরণ দর্শন তৌরগা গোবর্দ্ধন-গিরিদগী ওস্থোরক্তুনা থরাই থাগে। সঙ্কল্পসি তৌরগা মহাক বৃন্দাবন-দা লাক্‌খি।

### মুল ৯৬

তবে দুই ভাই তাঁরে মরিতে না দিল।

নিজ তৃতীয় ভাই করি নিকটে রাখিল।। ৯৬ ।।

### শব্দার্থ

তবে—অতুবু, দুই ভাই—মচীস্মনাও অনীনা, তাঁরে—মহাকপু; মরিতে না দিল—শিহল্লমদ্রে, নিজ—মখোয়মক্কী, তৃতীয়—অহুমশুবা; ভাই—মনাও, করি—ওইহন্দুনা, নিকটে—মনাক্তা, রাখিল—থমখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমতুদদি শ্রীরূপ-সনাতন মচীস্মনাও অনীনা শিবা যাদে হায়না মাবু ( রঘুনাথদাসবু ) থামখি। মখোয়না মাবু মখোয়মক্কী অহুমশুবা মনাও ওইহন্দুনা মনাক্তা থমখি।

### মুল ৯৭

মহাপ্রভুর লীলা যত—বাহির অন্তর।

দুই ভাই তাঁর মুখে শুনে নিরন্তর।। ৯৭ ।।

### শব্দার্থ

মহাপ্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, লীলা যত—লীলা খিবিক্তো, বাহির—মপান্থোঙগী ওইবা, অন্তর—মনুঙগী ওইবা, দুই ভাই—মচীস্মনাও অনীনা; তাঁর—মহাক্কী (রঘুনাথদাসগী); মুখে—চীন্দা, শুনে—নাকোঙনা তায়; নিরন্তর—তৎতনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্ৰভুগী মৱাম খ্বাইগা শান্নমিন্নবা ( সংকীৰ্ত্তনগুম্বা ) মপাঙ্গোংগী লীলা অদুগা ( ব্ৰজলীলাগী আবেশদা প্ৰলাপ তৌবনচিংবা ) মনুঙগী ওইবা লীলা খিবিক্তো ( শ্ৰীৰূপ সনাতন ) মচীন-মনাও অনীনা মহাকী ( ৰঘুনাথ-দাসগী ) চীন্দগী তত্তনা তাৱম্মী।

## মুল ৯৮

অন্নজল ত্যাগ কৈল অন্যকথন।

পল-তুই-তিন মাঠা করেন ভক্ষণ ॥ ৯৮ ॥

## শব্দাৰ্থ

অন্ন—চাক, জল—ঈশীঙ, ত্যাগ কৈল—থাদোকখৰে, অন্য—অতোপ্পা, কথন—ৱারী, পল—তোলা নীপাল, তুই-তিন—অনী অহুম, মাঠা—শঙ্গোম মাঠা, করেন—তৌয়ি, ভক্ষণ—চাবা, থকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্ৰীলৰঘুনাথদাস চাক ঈশীঙ থাদোক্‌খৰে অদুগা অতোপ্পা বিষয়গী ৱাস্‌সু ঙাঙখিদৰে। মাঠাদু পল অনী-অহুমদং থকযি।

## মুল ৯৯

সহস্ৰ দণ্ডবৎ করেন, লয়ে লক্ষনাম।

তুই সহস্ৰ বৈষ্ণবেরে নিত্য পরণাম ॥ ৯৯ ॥

## শব্দাৰ্থ

সহস্ৰ—লীশীঙ; দণ্ডবৎ—চৈশাঙগুম্না তাৱগা খুৰুম্বা, করেন—তৌয়ি, লয়ে—লৌয়ি, লক্ষনাম—নাম লক্ষ অমা; তুইসহস্ৰ—লীশীঙ অনী; বৈষ্ণবেরে—বৈষ্ণবশিংদা, নিত্য নুমীৎ খুদিঙগী, পরণাম—প্ৰণাম ( খুৰুম্বা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্ৰীলৰঘুনাথদাস নুমীৎ খুদিঙগী ভগবান্দা দণ্ডবৎ লীশীঙলক তৌদুনা খুৰুম্মী, হৰিনাম লক্ষ অমমম শোল্লী, অদুগা বৈষ্ণব লীশীঙ অনীদা খুৰুম্মী।

মুল ১০০

রাত্রিদিনে রাধাকৃষ্ণের মানস-সেবন।
প্রহরেক মহাপ্রভুর চরিত্র কথন ॥ ১০০ ॥

শব্দার্থ

রাত্রিদিনে—অহিং নুংথিন্দা, রাধাকৃষ্ণের—রাধাকৃষ্ণগী, মানস-সেবন—পূক্লীওদা তৌবা সেবা, প্রহরেক—প্রহর অমনা (পুঙ-অহুমরোম), মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; চরিত্র—তৌরম্বা থবক, কথন—ভাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং-নুংথিল অনীমক্তা শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনীবু পূক্লীওনা সেবা তৌয়ি। প্রহর অমরোমগী মতম্বা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী চরিত্রগী মরমদা বারী শাই।

মুল ১০১

তিন সন্ধ্যা রাধাকুণ্ডে অপতিত স্নান।
ব্রজবাসী বৈষ্ণবে করে আলিঙ্গন-মান ॥ ১০১ ॥

শব্দার্থ

তিন সন্ধ্যা—সন্ধ্যা অহুমদা হায়বদি অয়ুক নোংঙানবদা, নুমীৎ য়ুংবদা অহুগা য়াচঙবা মতমদা, রাধা কুণ্ডে—শ্রীরাধাকুণ্ডদা, অপতিত—তেক্তবা, স্নান—ইরুজবা, ব্রজবাসী—ব্রজদা লৈবা বৈষ্ণবপু, করে—তৌয়ি, আলিঙ্গন—কোন্বা, মান—ইকাইখুম্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সন্ধ্যা অহুমদা (অয়ুক নোংঙানবদা, নুমীৎয়ুংবদা অমসুং নুমীৎনা য়াচঙবা মতমদা) রাধাকুণ্ডদা স্নান তেক্তনা তৌযি। ব্রজদা লৈবা বৈষ্ণব থেংনরবদি বৈষ্ণবতুবু কোল্লী অহুগা মান তৌয়ি।

মুল ১০২

সার্দ্ধ সপ্তপ্রহর করে ভক্তির সাধনে।
চারি দণ্ড নিদ্রা—সেহো নহে কোনদিনে ॥ ১০২ ॥

### শব্দার্থ

সার্দ্ধ—তংখাই, সপ্তপ্রহর—প্রহর তরেৎ; করে—তৌয়ি; ভক্তির—ভক্তিগী, সাধনে—ভজন, লাইনীগুবা, চারি দণ্ড—দণ্ডমরি ( পুণ্ড ২ রোম ), নিদ্রা—তুম্বা; সেহো—মহুসু, নহে—ওইদে ( হায়বদি তুমদবা য়াওয়ি ), কোনদিনে—করিগুম্বা মুমীগুা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রহর তরেৎমখাই ভক্তিগী সাধন তৌযি, অমুগা দণ্ডমরিখক তুম্মী। করিগুম্বা মুমীগুদি দণ্ড মরি তুম্বসিসু তৌদবা য়াওরকয়ি।

### নৈনরোল

লীলা-আবেশদা লূপ্লা মুমীগুদি চারি-দণ্ডখক তুম্বসিফাওবা তোকপা য়াওয়ি। মরমসিনা করিগুম্বা মুমীগুদি শুক্কম তুমদে হায়রিবনী।

### মূল ১০৩

তাঁহার সাধনরীতি শুনিতে চমৎকার।
সেই রঘুনাথদাস প্রভু সে আমার ॥ ১০৩ ॥

### শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী, সাধনরীতি—ভক্তি-সাধন মতৌ, শুনিতে—নাকোঙনা তাবদা, চমৎকার—অঙকপনী, সেই—মহু, রঘুনাথদাস—শ্রীলরঘুনাথদাস গোস্বামী, প্রভু—প্রভুনী, আমার—ঐগী,

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলরঘুনাথদাসগী সাধন-মতৌদি তাবদা ঙকপনী। রঘুনাথদাস অমু ঐগীদি প্রভুনী।

### নৈনরোল

শ্রীলরঘুনাথদাস গোস্বামীমু শ্রীল কবিরাজ গোস্বামীগী রাগানুগা ভজনগী মরমদা শিক্ষাগুরুনী হায়রজুনা মহাকপু কবিরাজ গোস্বামীনা মহাক্কী প্রভুনী হায়রিবনী।

মুল ১০৪

ইহা সভার যৈছে হৈল প্রভুর মিলন।

আগে বিস্তারিয়া তাহা করিব বর্ণন ॥ ১০৪ ॥

শব্দার্থ

ইহা-সভার—মখোয় পুম্নমকসিগা, যৈছে—মওং অদুদা, হৈল—ওইরম্মী; প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগা; মিলন—তিন্নবা, আগে—তুংদা; বিস্তারিয়া—শন্দোক্লা, তাহা—মদু; করিব—তৌগনী, বর্ণন—লীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পুম্নমক্সিগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা উনখিবগী মওংদু তুংদা শন্দোক্লা লীথক্লগে।

মুল ১০৫

শ্রীগোপালভট্ট এক শাখা সর্ব্বোত্তম।

রূপ-সনাতন-সঙ্গে যাঁর প্রেম-আলাপন ॥ ১০৫ ॥

শব্দার্থ

শ্রীগোপালভট্ট—শ্রীগোপাল ভট্ট কৌবা, এক শাখা—উশা অমা, সর্ব্বোত্তম—খ্বাইগী মকোক্নী, রূপ-সনাতন-সঙ্গে—শ্রীরূপ-সনাতনগা লোয়ননা, যাঁর—মহাক্কী, প্রেম-আলাপন—কৃষ্ণপ্রেমগী মরমদা ৱারী ৱাতাই শাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপাল ভট্ট খ্বাইদগী থোইবা শাখা অমনী। শ্রীরূপ-সনাতনগা লোয়ননা মহাক কৃষ্ণপ্রেমগী মরমদা ৱারী-ৱাতাই শান্নখি।

মুল ১০৬

শঙ্করারণ্য- আচার্য্য বৃক্ষের এক শাখা।

মুকুন্দ কাশীনাথ রুদ্র উপশাখায় লেখা ॥ ১০৬ ॥

শব্দার্থ

শঙ্করারণ্য-আচার্য্য—শ্রীশঙ্করারণ্য-আচার্য্য; বৃক্ষের—পাম্বীগী; এক

শাখা—শাখা অমনী , মুকুন্দ—শ্রীমুকুন্দ সঞ্জয় ; কাশীনাথ—শ্রীকাশীনাথ ; রুদ্র—শ্রীরুদ্র , উপশাখায়—উপশাখালক্তা ; লেখা—শীগুজল্লে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশঙ্করাণ্য আচার্য্য প্রেম-পাম্বীগী উশা অমনী । উশাসিগী উপশাখাদি শ্রীমুকুন্দ, শ্রীকাশীনাথ অমসুং শ্রীরুদ্র-নী ।

মূল ১০৭

শ্রীনাথপণ্ডিত প্রভুর কৃপার ভাজন ।
যাঁর কৃষ্ণসেবা দেখি বশ ত্রিভুবন ॥ ১০৭ ॥

শব্দার্থ

শ্রীনাথপণ্ডিত—শ্রীনাথ পণ্ডিত , প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী , কৃপার—থৌজান্গী , ভাজন—মফম, পাত্র ; যাঁর—মহাক্কী , কৃষ্ণসেবা—শ্রীকৃষ্ণদা তৌবা সেবা , দেখি—উরগা , বশ—খা পোল্লী , ত্রিভুবন—ময়োল অহুম ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনাথ পণ্ডিত শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী কৃপা-ফংবা মীনী । মহাক্কী কৃষ্ণসেবা উবদা ময়োল অহুম্মক গুকয়ি ।

মূল ১০৮

জগন্নাথ-আচার্য্য প্রভুর প্রিয়দাস ।
প্রভুর আজ্ঞাতে তেঁহো কৈল গঙ্গাবাস ॥ ১০৮ ॥

শব্দার্থ

জগন্নাথ-আচার্য্য—শ্রীজগন্নাথ আচার্য্য , প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী , প্রিয়দাস—নুংশিবা মনাইনী , প্রভুর—শ্রীমন মহাপ্রভুগী , আজ্ঞাতে—য়াথংনা , তেঁহো—মহাক , গঙ্গাবাস—গঙ্গা তৌর্বান্দা লৈবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ আচার্য্য শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী অচান্বা মনাইনী । মহাপ্রভুগী য়াথংনা মহাক গঙ্গা তৌর্বান্দা বাস তৌখি ।

## মূল ১০৯

কৃষ্ণদাস বৈদ্য আর পণ্ডিত শেখর।
কবিচন্দ্র আর কীর্ত্তনীয়া ষষ্ঠীবর ॥ ১০৯ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণদাস বৈদ্য—কৃষ্ণদাস বৈদ্য, আর—অদুগা ; পণ্ডিত শেখর—পণ্ডিত শেখর, কবিচন্দ্র—শ্রীকবিচন্দ্র ; আর—অদুগা, কীর্ত্তনীয়া—কীর্ত্তন-শকপা, ষষ্ঠীবর—শ্রীষষ্ঠীবর।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদাস বৈদ্য অদুগা পণ্ডিত শেখর মহাপ্রভুগী শাখানী। শ্রীকবিচন্দ্র অদুগা কীর্ত্তন-শকপা ষষ্ঠীবরসু প্রভুগী শাখানী।

## মূল ১১০

শ্রীনাথ মিশ্র, শুভানন্দ, শ্রীরাম, ঈশান।
শ্রীনিধি, শ্রীগোপীকান্ত, মিশ্র ভগবান্ ॥ ১১০ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীনাথ মিশ্র—শ্রীনাথ মিশ্র, শুভানন্দ—শুভানন্দ ; শ্রীরাম—শ্রীরাম ; ঈশান—ঈশান, শ্রীনিধি—শ্রীনিধি, শ্রীগোপীকান্ত—শ্রীগোপীকান্ত ; মিশ্র ভগবান—ভগবান্ মিশ্র।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনাথ মিশ্র, শুভানন্দ, শ্রীরাম, ঈশান, শ্রীনিধি, শ্রীগোপীকান্ত, ভগবান্ মিশ্র—( মখোয়সি মহাপ্রভুগী শাখা ওন্নী )।

## মূল ১১১

সুবুদ্ধিমিশ্র, হৃদয়ানন্দ, কমলনয়ন।
মহেশ পণ্ডিত, শ্রীকর, শ্রীমধুসূদন ॥ ১১১ ॥

### শব্দার্থ

সুবুদ্ধিমিশ্র—সুবুদ্ধিমিশ্র, হৃদয়ানন্দ—হৃদয়ানন্দ, কমলনয়ন—কমলনয়ন, মহেশ পণ্ডিত—মহেশ পণ্ডিত, শ্রীকর—শ্রীকর ; শ্রীমধুসূদন—শ্রীমধুসূদন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সুবুদ্ধিমিশ্র, হৃদয়ানন্দ, কমলনয়ন, মহেশ পণ্ডিত, শ্রীকর, শ্রীমধুসূদন—( মথোয়সু মহাপ্রভুগী শাখা ওল্লী )।

## মূল ১১২

পুরুষোত্তম, শ্রীগালিম জগন্নাথদাস।
শ্রীচন্দ্রশেখর বৈদ্য, দ্বিজ হরিদাস ॥ ১১২ ॥

### শব্দার্থ

পুরুষোত্তম—পুরুষোত্তম ; শ্রীগালিম জগন্নাথদাস—বক্তৃতা য়াম্না তৌবা শ্রীজগন্নাথদাস ; শ্রীচন্দ্রশেখর বৈদ্য—শ্রীচন্দ্রশেখর বৈদ্য ; দ্বিজ—ব্রাহ্মণ , হরিদাস—হরিদাস।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষোত্তম, গালিম (বক্তৃতা য়াম্না পীবা) শ্রীজগন্নাথদাস, শ্রীচন্দ্রশেখর বৈদ্য, ব্রাহ্মণ হরিদাস—( মথোয়সু মহাপ্রভুগী শাখানী )।

## মূল ১১৩

রামদাস, কবিচন্দ্র, শ্রীগোপালদাস।
ভাগবতার্য্য, ঠাকুর সারঙ্গদাস ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

রামদাস—রামদাস ; কবিচন্দ্র—কবিচন্দ্র , শ্রীগোপালদাস—শ্রীগোপালদাস , ভাগবতার্য্য—ভাগবতার্য্য , ঠাকুর সারঙ্গদাস—ঠাকুর সারঙ্গদাস।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামদাস, কবিচন্দ্র, শ্রীগোপালদাস, ভাগবতার্য্য, ঠাকুর হরিদাস—( মথোয়সু মহাপ্রভুগী শাখানী )।

## মূল ১১৪

জগন্নাথ তীর্থ, বিপ্র শ্রীজানকীনাথ।
গোপাল আচার্য্য, আর বিপ্র বাণীনাথ ॥ ১১৪ ॥

শব্দার্থ

জগন্নাথ তীর্থ—জগন্নাথ তীর্থ ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ; শ্রীজানকীনাথ—শ্রীজানকীনাথ, গোপাল আচার্য্য—গোপাল আচার্য্য ; আর—অতুগা, বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; বাণীনাথ—বাণীনাথ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগন্নাথ তীর্থ, ব্রাহ্মণ শ্রীজানকীনাথ, গোপাল আচার্য্য, অতুগা ব্রাহ্মণ বাণীনাথ—( মখোয়সিসু মহাপ্রভুগী শাখা ওাক্সী।

মুল ১১৫

গোবিন্দ, মাধব, বাসুদেব তিন ভাই।
যাঁ সভার কীর্ত্তনে নাচে চৈতন্য নিতাই ॥ ১১৫ ॥

শব্দার্থ

গোবিন্দ—গোবিন্দ ; মাধব—মাধব ; বাসুদেব—বাসুদেব ; তিন—অহুম, ভাই—মচীন্মনাও, যাঁ—মখোয় ; সভার—পুম্নমক্কী, কীর্ত্তনে—কীর্ত্তন ঈশৈ শকপদা ; নাচে—জগোই শাই ; চৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, নিতাই—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবিন্দ, মাধব অমসুং বাসুদেব মচীন্মনাও অহুম্নী। মখোয় পুম্বনা কীর্ত্তন শকপদা শ্রীচৈতন্য প্রভুগা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগা জগোই শাই।

মুল ১১৬

রামদাস—অভিরাম সখ্যপ্রেমরাশি।
ষোল সাঙ্গের কাষ্ঠ-হাথে লৈয়া কৈলা বাঁশী ॥ ১১৬ ॥

শব্দার্থ

রামদাস অভিরাম—রামদাস অভিরাম, সখ্যপ্রেম—কৃষ্ণবু সখা ওইনা মুংশিবা, রাশি—মপৈ ; ষোল—তরাতরুক, সাঙ্গের—মী অনী চঙনা পোৎ পুনবা পোৎপুক্সী ; কাষ্ঠ—উ ; হাথে—খুত্তা ; লৈয়া—পুতুনা, কৈলা—ওইহনখি ; বাঁশী—বাঁশী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামদাস-অভিরামদি সখ্যভাবকী ভূগুকম্মী। সাঙ তরাতরুক শাংবা উশাও থুম্না পায়খৎলগা বাঁশী ওইনা থমখি।

## তৈনবোল

অভিরাম হায়বসি রামদাসকী অতোপ্পা মিংনী। সাঙ নক্রগা সাঙ্গ্য—উ মশাও অমগী ময়ায়-থীগাওদা য়াম্না লুম্বা পোৎ অমা পুন্শল্লগা মী অনী চঙনা থাংলবদি উ মশাঙ অতূবু সাঙ নক্রগা সাঙ্গ্য কৌয়ি। ষোল সাঙ্গের কাষ্ঠ—সাঙ তরাতরুক্কা মাম্নবা উ-মশাও অমবু হায়রিবনী। মসিগুম্বা উশাওবু পুবা তারবদি মী কুম্‌নীথোই (৩২) চঙবা তারে। অভিরামদাসদি অসিগুম্বা উ মশাওবু য়াম্না লায়না মখুৎনা থাঙ্গৎলগা বাঁশী থম্বগুম্না মচীন্‌বান্‌ মমাওদা থম্বা ঙম্মী। মহাক্না ব্রজলীলাগী শ্রীদাম সখানী।

## মুল ১১৭

প্রভুর আজ্ঞায় নিত্যানন্দ গৌড়ে চলিলা।
তাঁর সঙ্গের তিনজন প্রভু-আজ্ঞায় আইলা॥ ১১৭॥

## শব্দার্থ

প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী; আজ্ঞায়—য়াথংনা, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, গৌড়ে—গৌড়দেশদা, চলিলা—লেঙখি; তাঁর সঙ্গে—মহাকা লোয়নননা, তিনজন—মী অহুম, প্রভু-আজ্ঞায়—প্রভুগী য়াথংনা; আইলা—(গৌড়দা) লাকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী য়াথংনা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু গৌড়দা লেঙখি। মহাকা লোয়নননা মী অহুম মহাপ্রভুগী য়াথংনা গৌড়দা লাকখি।

## তৈনবোল

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগা লোয়নরিবা মী অহুমসি গোবিন্দ, মাধব অমসুং বাসুদেব ঘোষ হায়বা অহুম অসিনী।

## মুল ১১৮

রামদাস, মাধব আর বাসুদেব ঘোষ।
প্রভু—সঙ্গে রহে গোবিন্দ পাইয়া সন্তোষ॥ ১১৮॥

### শব্দার্থ

রামদাস—রামদাস ; মাধব—মাধব ; আর—অমসুগা , বাসুদেব ঘোষ —বাসুদেব ঘোষ ; প্রভু-সঙ্গে—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগা লোয়ননা , রহে—লৈ ; গোবিন্দ—গোবিন্দনা , পাইয়া—ফংদুনা , সন্তোষ—অপেন্‌বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামদাস, মাধব অমসুগা বাসুদেব ঘোষ ( হায়বা অমহসি গৌড়দা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগা লোয়ননা গৌড়দা চৎখি )। শ্রীমন্ মহাপ্রভুগা লোয়ননা গোবিন্দনা লৈহৌয়ি অমসুং মত্তুদা মহাক পেন্‌জখি ।

## মূল ১১৯

ভাগবতাচার্য্য চিরঞ্জীব শ্রীরঘুনন্দন ।
মাধবাচার্য্য কমলাকান্ত শ্রীযদুনন্দন ॥ ১১৯ ॥

### শব্দার্থ

ভাগবতাচার্য্য—ভাগবতাচার্য্য ; চিরঞ্জীব—শ্রীচিরঞ্জীব , শ্রীরঘুনন্দন —শ্রীরঘুনন্দন , মাধবাচার্য্য—শ্রীমাধবাচার্য্য , কমলাকান্ত—শ্রীকমলাকান্ত , শ্রীযদুনন্দন—শ্রীযদুনন্দন ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভাগবতাচার্য্য, শ্রীচিরঞ্জীব, শ্রীরঘুনন্দন, শ্রীমাধবাচার্য্য, শ্রীকমলাকান্ত অমসুগা শ্রীযদুনন্দন-খোয়সি মহাপ্রভুগী শাখা-লক্তা য়াওরিবনী ।

## মূল ১২০

মহাকৃপাপাত্র প্রভুর জগাই-মাধাই ।
পতিত পাবন গুণের সাক্ষী দুই ভাই ॥ ১২০ ॥

### শব্দার্থ

মহাকৃপা—কৃপা অয়েবা , পাত্র—কংবা মী ; প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী , জগাই-মধাই—জগাইগা মাধাইগা ; পতিত—সংসারদা পুথরবা মীবু ; পাবন—লান্‌বীবা ; গুণ—মঙ্গল-গী ; সাক্ষী—মীৎনা উবা মী ; দুই ভাই—মচীমনাও অনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী অয়ৌবী কৃপা কংখিবা জগাই মাধাইনী। প্রভুদি সংসারদা পুখরবা মীবু লানবীবনী হায়বা অতুগী সাক্ষীদি মচীন মনাও অনীসিনি।

## মূল ১২১

গৌড়দেশ-ভক্তের কৈল সংক্ষেপ কথন।

অনন্ত চৈতন্য-ভক্ত—না যায় কথন॥ ১২১॥

### শব্দার্থ

গৌড়দেশ-ভক্তের—গৌড়দেশকী ভক্তগী, কৈল—তৌরে; সংক্ষেপ—শমপংপা; কথন—শীঙথাবা, অনন্ত—ওমথৈ লৈতবনী, চৈতন্য-ভক্ত—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী ভক্তদি, না যায়—য়াদে, কথন—শীঙথাবগী লোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌড়দেশদা লৈরম্বা মহাপ্রভুগী ভক্তশিংদু শম্পংনা ঐনা হায়জরে। চৈতন্য প্রভুগী ভক্তগী মশীঙদি ওমথৈ-নাইদবনী, শীঙথাদুনা লোইবা নত্তে।

## মূল ১২২

নীলাচলে এই সব ভক্ত প্রভুসঙ্গে।

দুই স্থানে প্রভু সেবা কৈল নানারঙ্গে॥ ১২২॥

### শব্দার্থ

নীলাচলে—নীলাচলদা; এই সব—পুম্নমক অসি, ভক্ত—ভক্ত, প্রভু সঙ্গে—প্রভুগা লোয়নন্না, দুই স্থানে—মফম অনীদা (গৌড়দা অমসুং নীলাচলদা), প্রভু-সেবা—মহাপ্রভুগী সেবা, কৈল—তৌখি, নানা—মখল মখাগী, রঙ্গে—মওওদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ঐনা মিং পন্‌খিবা) ভক্তশিংসে মহাপ্রভুগা লোয়ননা মফম অনীদা (গৌড়দা অমসুং নীলাচলদা) প্রভুগী সেবা মখল মখল তৌখি।

## মূল ১২৩

কেবল নীলাচলে প্রভুর যে-যে ভক্তগণ।

সংক্ষেপে তা-সভার কিছু করিয়ে কথন ॥ ১২৩ ॥

### শব্দার্থ

কেবল নীলাচলে—শুদ্ধগী নীলাচলদদা, প্রভুর—শ্রীমন মহাপ্রভুগী; যে যে—মা-মা, ভক্তগণ—ভক্তশিং, সংক্ষেপে—শয়া। তা-সভার—মখোয় পুম্বগী মরমদা; কিছু—খজিক্তং, করিয়া—ঐনা তৌরি, কথন—হায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শুদ্ধগী নীলাচলদদা লৈরম্বা প্রভুগী ভক্তশিংদো মখোয়গী মরমদা শম্পংনা ঐনা থরা হায়জগে।

## মূল ১২৪-১২৭

নীলাচলে প্রভুসঙ্গে যত ভক্তগণ।

সবার অধ্যক্ষ প্রভুর মর্ম্ম দুইজন ॥ ১২৪ ॥

পরমানন্দ পুরী, আর স্বরূপদামোদর।

গদাধর, জগদানন্দ, শঙ্কর, বক্রেশ্বর ॥ ১২৫ ॥

দামোদর পণ্ডিত, ঠাকুর হরিদাস।

রঘুনাথ বৈদ্য, আর রঘুনাথ দাস ॥ ১২৬ ॥

ইত্যাদিক পূর্ব্বসঙ্গী বড ভক্তগণ।

নীলাচলে রহি করে প্রভুর সেবন ॥ ১২৭ ॥

### শব্দার্থ

নীলাচলে—নীলাচলদা, প্রভুসঙ্গে—মহাপ্রভুগা লোয়ননা; যত—লৈরম্বা খিবিক, ভক্তগণ—ভক্তশিং, সবার—পুম্মকী, অধ্যক্ষ—মকোক, প্রভুর—মহাপ্রভুগী, মর্ম্ম—থরাই, দুইজন—মী-অনী, পরমানন্দ পুরী—শ্রীপরমানন্দ পুরী, আর—অতুগা, স্বরূপ দামোদর—শ্রীস্বরূপ দামোদর, গদাধর—শ্রীগদাধর, জগদানন্দ—শ্রীজগদানন্দ; শঙ্কর—শ্রীশঙ্কর, বক্রেশ্বর—শ্রীবক্রেশ্বর; দামোদর পণ্ডিত—শ্রীদামোদর পণ্ডিত, ঠাকুর হরিদাস—শ্রীহরিদাস ঠাকুর, রঘুনাথ বৈদ্য—শ্রীরঘুনাথ বৈদ্য; রঘুনাথদাস—

শ্রীরঘুনাথ দাস , ইত্যাদিক—অসিনচিংবা ; পূর্ব্বসঙ্গী—হান্নগী লোয়নবা ; ষড—অচৌবা ; ভক্তশিং—ভক্তশিং . নীলাচলে—নীলাচলদা ; রহি—লৈহনা , করে—তৌয়ি , প্রভুর—মহাপ্রভুগী , সেবন—সেবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীলাচলদা মহাপ্রভুগী লৈরম্বা ভক্তশিং খিবিক্কী মনুঙদা মকোক ওইনা প্রভুগী থরাই ওইবা ভক্ত অনীদি পরমানন্দ পুরীগা স্বরূপ-দামোদরগনী। অতৈ ভক্তগী মরক্তনা গদাধর, জগদানন্দ, শঙ্কর, বক্রেশ্বর, দামোদর পণ্ডিত, হরিদাস ঠাকুর, রঘুনাথ বৈদ্য, অমসুং রঘুনাথদাস-নী। মখোয় ময়াম্নচিংবা হান্নগী লোয়নবা ভক্ত অখোইবশিংনা নীলাচলদা লৈরগা মহাপ্রভুগী সেবা তৌখি ।

মুল ১২৮

আর যত ভক্তগণ গৌড়দেশবাসী ।
প্রত্যব্দে প্রভুরে দেখে নীলাচলে আসি ॥ ১২৮ ॥

শব্দার্থ

আর যত ভক্তগণ—অতৈ ভক্তশিংখিবিক্কা , গৌড়দেশবাসী—গৌড-দেশদা লৈবা ; প্রত্যব্দে—চহী খুদিংগী , প্রভুরে—মহাপ্রভুবু ; দেখে—দর্শন তৌয়ি , নীলাচলে—নীলাচলদা , আসি—লাক্তুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথক্তা পনখ্রবা অসি নত্তবা অতৈ গৌড়দেশদা লৈবা ভক্তশিং খিবিক্কা চহী খুদিংগী নীলাচলদা লাক্তুনা মহাপ্রভুবু দর্শন তৌখি ।

মুল ১২৯

নীলাচলে প্রভুর যার প্রথম মিলন ।
সেই ভক্তগণ এবে করিয়ে গণন ॥ ১২৯ ॥

শব্দার্থ

নীলাচলে—নীলাচলদা , প্রভুর—মহাপ্রভুগা , যার - মখোয়গা , প্রথম—অহানবা । মিলন—উনবা , তিনবা , সেই—মহু ; ভক্তগণ—ভক্তশিং , এবে—হৌজিক , করিয়ে— ঐ তৌজগে ; গণন—মীঙথাবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীলাচলদা মহাপ্রভুগা ইহান হাম্না উনখিবা ভক্তশিংহু হৌজিক মখোয় থাজগে।

মূল ১৩০

বড় শাখা এক সার্ব্বভৌমাচার্য্য।
তাঁর ভগ্নীপতি শ্রীগোপীনাথাচার্য্য॥ ১৩০॥

শব্দার্থ

বড়শাখা—চাউবা অচৌবা ; এক—অমা, সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য— সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; তাঁর—মহাকী ; ভগ্নীপতি—মচমু্পী লৌবা মশেল, শ্রীগোপীনাথাচার্য্য—শ্রীগোপীনাথাচার্য্য।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাখা অচৌবা অমদি সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য অদুগা মহাক্কী মচমু্পী লৌবা মশেমু্পা শ্রীগোপীনাথাচার্য্যনী।

মূল ১৩১

কাশীমিশ্র, প্রদ্যুম্নমিশ্র, রায় ভবানন্দ।
যাঁহার মিলনে প্রভু পাইল আনন্দ॥ ১৩১॥

শব্দার্থ

কাশীমিশ্র—শ্রীকাশীমিশ্র ; প্রদ্যুম্নমিশ্র—শ্রীপ্রদ্যুম্নমিশ্র, রায় ভবানন্দ—শ্রীভবানন্দ রায় ; যাঁহার—মহাকা, (মখোয়গা) ; মিলনে—উনবদা, প্রভু—মহাপ্রভুনা, পাইল—ফংখি, আনন্দ—নুংঙাইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নীলাচলদা প্রভুগা উনখিবা ভক্তশিংগী মরক্তা) কাশী মিশ্র, প্রদ্যুম্ন-মিশ্র, ভবানন্দ রায়সুনী। মহাকা (রায় ভবানন্দগা) উনবদা মহাপ্রভুনা নুংঙাইজখি।

মূল ১৩২

আলিঙ্গন করি তাঁরে বলিল বচন।
তুমি পাণ্ডু, পঞ্চপাণ্ডব তোমার নন্দন॥ ১৩২॥

### শব্দার্থ

আলিঙ্গন—কোনশনবা , করি—তৌরগা , তাঁরে—মঙোন্দা (ভবানন্দদা) , বলিল—হায়খি , বচন—রা ; তুমি—নঙ , পাণ্ডু—পাণ্ডুনী ; পঞ্চপাণ্ডব—পাণ্ডব মঙা , তোমার—নহাক্কী ; নন্দন—মচানী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা মাবু কোল্লগা রা হায়খি—নহাক পাণ্ডুনী, পঞ্চপাণ্ডবশিংনা নহাক্কী নচানী ।

### মূল ১৩৩

রামানন্দরায়, পট্টনায়ক গোপীনাথ ।

কলানিধি, সুধানিধি, নায়ক বাণীনাথ ॥ ১৩৩ ॥

### শব্দার্থ

রামানন্দরায়—শ্রীরামানন্দ রায় , পট্টনায়ক গোপীনাথ—পট্টনায়ক গোপীনাথ , কলানিধি—শ্রীকলানিধি , সুধানিধি—শ্রীসুধানিধি , নায়ক বাণীনাথ—নায়ক বাণীনাথ ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রায় ভবানন্দগী মচানুপা মঙাগী মিং ) রামানন্দ রায়, পট্টনায়ক গোপীনাথ, কলানিধি, সুধানিধি, নায়ক বাণীনাথ-নী ।

### মূল ১৩৪

এই পঞ্চপুত্র তোমার—মোর প্রিয়-পাত্র ।

রামানন্দ সহ মোর দেহ-ভেদমাত্র ॥ ১৩৪ ॥

### শব্দার্থ

এই—মসী ; পঞ্চপুত্র—নচানুপা মঙা , তোমার—নঙগী , মোর—ঐগী , প্রিয়পাত্র—নুংশিবা মী , রামানন্দ সহ—রামানন্দগা লোয়ননা , মোর—ঐগী , দেহভেদ—হকচাঙ তোঙানবা , মাত্র—তূদনী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙগী মচানুপা মঙাসী ঐগী নুংশিবা মীশক্নী । রামানন্দগা ঐগদি হকচাঙদমক তোঙাননবনী ।

মুল ১৩৫-১৩৬

প্রতাপরুদ্র রাজা আর ওড্র কৃষ্ণানন্দ।
পরমানন্দ মহাপাত্র ওড্র শিবানন্দ ॥ ১৩৫ ॥
ভগবান আচার্য্য ব্রহ্মানন্দাখ্য ভারতী।
শ্রীশিখি মাহিতী আর মুরারি মাহিতী ॥ ১৩৬ ॥

শব্দার্থ

প্রতাপরুদ্ররাজ—প্রতাপরুদ্র নিংথৌ, আর—অমুগা, ওড্র—উডিয়া, পরমানন্দ মহাপাত্র—পরমানন্দ মহাপাত্র; শিবানন্দ—শিবানন্দ, ভগবান্ আচার্য্য—ভগবান্ আচার্য্য, ব্রহ্মানন্দাখ্য ভারতী—ব্রহ্মানন্দ ভারতী কৌবা; শ্রীশিখি মাহিতী—শ্রীশিখিমাহিতী, আর—অমুগা, মুরারি মাহিতী—মুরারি মাহিতী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রতাপরুদ্র নিংথৌ, অমুগা উডিয়া কৃষ্ণানন্দ, পরমানন্দ মহাপাত্র, উডিয়া শিবানন্দ, ভগবান আচার্য্য, ব্রহ্মানন্দ ভারতী, শ্রীশিখি মাহিতী অমুগা মুরারি মাহিতী—মখোয়সি মহাপ্রভুগা তংত্তনা নীলাচলদা লৈরিবৈদা উনখি।

মুল ১৩৭

মাধবী দেবী—শিখিমাহিতীর ভগিনী।
শ্রীরাধার দাসীমধ্যে যার নাম গণি ॥ ১৩৭ ॥

শব্দার্থ

মাধবীদেবী—শ্রীমাধবী দেবী, শিখি মাহিতীর—শিখিমাহিতীগী, ভগিনী—পোক্‌মিন্নবী মনাও; শ্রীরাধার—শ্রীরাধাগী, দাসীমধ্যে—মনাই-মুপীলক্তা, যার—মাগী, নাম—মিং, গণি—শীঙথাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিখিমাহিতীগা পোক্‌মিন্নবী মনাওমুপী মাধবী দেবী শ্রীরাধাগী মনাইলক্তা শীঙথানরিবা অমনী।

মুল ১৩৮

ঈশ্বরপুরীর শিষ্য-ব্রহ্মচারী কাশীশ্বর।
শ্রীগোবিন্দ নাম তাঁর প্রিয় অনুচর ॥ ১৩৮।

শব্দার্থ

ঈশ্বরপুরীর—শ্রীঈশ্বরপুরীগী ; শিষ্য—শিষ্য, সেবক , ব্রহ্মচারী কাশীশ্বর —ব্রহ্মচারী কাশীশ্বর ; শ্রীগোবিন্দ নাম—শ্রীগোবিন্দ কোবা , তাঁর— মহাক্কী, ঈশ্বরপুরীগী ; প্রিয়—মুংশিবা , অনুচর—তুংইনবা মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মচারী কাশীশ্বর ঈশ্বরপুরীগী শিষ্যনী। শ্রীগোবিন্দ মহাক্কী মুংশিবা তুংইনবা শিষ্য অমনী।

মুল ১৩৯

তাঁর সিদ্ধি কালে দোঁহে তাঁর আজ্ঞা পাঞা।
নীলাচলে প্রভু-স্থানে মিলিলা আসিয়া ॥ ১৩৯ ॥

শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী ( ঈশ্বরপুরীগী ), সিদ্ধিকালে—শিবা মতমদা, দোঁহে —অনীনা ( কাশীশ্বর অমসুং গোবিন্দ ), তাঁর—মহাক্কী ( ঈশ্বরপুরীগী ), আজ্ঞা—য়াথং , পাঞা—ফংডুনা , নীলাচলে—নীলাচলদা ; প্রভু-স্থানে —মহাপ্রভুগী মফমদা , মিলিলা—তিল্লখি , আসিয়া—লাকুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরপুরীগী শিরমদাইদা মাগী যাথং ফংলগা ( কাশীশ্বর অমসুং গোবিন্দ ) অনীনা নীলাচলদা মহাপ্রভুগী মফমদা লাকুনা তিল্লখি।

মুল ১৪০

গুরুর সম্বন্ধে মান্য কৈল দোঁহাকারে।
তাঁর আজ্ঞা মানি সেবা দিলেন দোঁহারে ॥ ১৪০ ॥

শব্দার্থ

গুরুর—গুরুগী , সম্বন্ধে—মরীদা , মান্য কৈল—ইকাই-খুম্নখি ;

দোঁহাকারে—অনীবু ( কাশীশ্বর অমসুং গোবিন্দবু ), তাঁর—মহাক্কী ( ঈশ্বরপুরীগী ), আজ্ঞা—য়াথং ; মানি—য়াহ্লনা ; সেবা দিলেন—সেবা ফংহনখি, দোঁহারে—অনীবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুরুগী মরীদা মহাপ্রভুনা মখোয় অনীবু ( কাশীশ্বর অমসুং গোবিন্দবু ) ইকাইখুম্নখি। গুরুগী য়াথং ইন্দুনা মহাপ্রভুনা মখোয় অনীদা সেবা ফংহনখি।

## মুল ১৪১

অঙ্গসেবা শ্রীগোবিন্দেরে দিলেন ঈশ্বর।
জগন্নাথ দেখিতে আগে চলেন কাশীশ্বর ॥ ১৪১ ॥

### শব্দার্থ

অঙ্গসেবা—হকচাঙ নোই-খোৎপগী থবক, শ্রীগোবিন্দেরে—শ্রীগোবিন্দদা, দিলেন—পীখি ; ঈশ্বর—ভগবান্ চৈতন্য মহাপ্রভুনা ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথ বিগ্রহ, দেখিতে—দর্শন তৌবদা ; আগে—মাঙথানা, চলেন—লেংখি ; কাশীশ্বর—কাশীশ্বরনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চৈতন্য মহাপ্রভুনা মহাক্কী হকচাঙ নোইখোৎপগী থবক শ্রীগোবিন্দবু তৌহনখি অদুগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা জগন্নাথদেব দর্শন তৌবা লেঙবা মতমদা কাশীশ্বরনা মাঙথাদুনা থোৗগনখি।

## মূল ১৪২

অপরশ যায় গোসাঞি মনুষ্যগহনে।
মনুষ্য ঠেলি পথ করে কাশী বলবানে ॥ ১৪২ ॥

### শব্দার্থ

অপরশ—কনামত্তবু শোক-খোৎপা তৌদবমথৈ, যায়—লেঙঙী, গোসাঞি—মহাপ্রভুনা, মনুষ্যগহনে—মী কুণ্ডবদা ; মনুষ্য—মী, ঠেলি—ইম্থোকুনা ; পথ করে—লম্বী শাজী ; কাশী—কাশীশ্বর, বলবানে—পাঙ্গল-কল্লবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মী কৃষ্ণবদা কনায়তবু শোক্তনমথৈ লেঙউী। মপাঙ্গল-লৈবা কাশীশ্বরনা মী ইন্দ্রোকুনা লখী ফাৎলী।

মূল ১৪৩

রামাই-নন্দাই দোঁহে প্রভুর কিঙ্কর।

গোবিন্দের সঙ্গে সেবা করে নিরন্তর ॥ ১৪৩ ।

শব্দার্থ

রামাই-নন্দাই—রামাই অমসুং নন্দাই, দোঁহে—অনীনা, প্রভুর—মহাপ্রভুগী; কিঙ্কর—মনাই, গোবিন্দের সঙ্গে—গোবিন্দগা লোয়ননা, সেবা করে—থৌগল্লী, নিরন্তর—তত্তনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামাই অমসুং নন্দাই অনী মহাপ্রভুগী মনাইনী। মখোয়না গোবিন্দগা লোয়ননা তত্তনা সেবা তৌযি।

মূল ১৪৪

বাইশ ঘড়া জল দিনে ভরেন রামাই।

গোবিন্দ-আজ্ঞায় সেবা করেন নন্দাই ॥ ১৪৪ ॥

শব্দার্থ

বাইশ—কুন্নীথোই, ঘড়া—পুন, জল—ঈশীঙ; দিনে—নোংমদা; ভরেন থনা হাপ্পী, গোবিন্দ-আজ্ঞায—গোবিন্দগী য়াথংনা; সেবা করেন—সেবা তৌয়ি, নন্দাই—নন্দাইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ খুদিংগী রামাইনা ঈশীঙ পুন কুন্নীথোই হোল্লী। গোবিন্দগী য়াথং মতুঙ ইন্না নন্দাইনা সেবা তৌয়ি।

মূল ১৪৫

কৃষ্ণদাস নাম শুদ্ধ কুলীন ব্রাহ্মণ।

যাঁরে সঙ্গে লৈয়া কৈলা দক্ষিণ গমন ॥ ১৪৫ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণদাস নাম—কৃষ্ণদাস কৌবা, শুদ্ধ অশেঙবা, কুলীন—মান তৌফম ওইবা, ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ, যাঁরে—মহাকপু, সঙ্গে লোয়ননা, লৈয়া—পুত্না, কৈলা—তৌখি, দক্ষিণ—খা ভারতলোমদা, গমন—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণদাস কৌবা অশেঙবা কুলীন ব্রাহ্মণ অমনী। মহাকপু লোয়নরগা মহাপ্রভুনা দক্ষিণ ভারত লেঙখি।

## মুল ১৪৬

বলভদ্র ভট্টাচার্য্য ভক্তি-অধিকারী।
মথুরাগমনে প্রভুর যেঁহ ব্রহ্মচারী ॥ ১৪৬ ॥

### শব্দার্থ

বলভদ্র ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্য, ভক্তি অধিকারী—মতীকচাবা ভক্ত; মথুরা-গমনে—মথুরা লেঙবদা; প্রভুর—মহাপ্রভুগী, যেঁহ—মহাক, ব্রহ্মচারী—ব্রহ্মচারী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবলভদ্র ভট্টাচার্য্য কৌবা মতীক চারবা ভক্তদো প্রভুনা মথুরা লেঙবদা প্রভুগী ব্রহ্মচারী ওইনা য়াওখি।

## মুল ১৪৭

বড় হরিদাস আর ছোট হরিদাস।
দুই কীর্ত্তনীয়া রহে মহাপ্রভুর পাশ ॥ ১৪৭ ॥

### শব্দার্থ

বড হরিদাস—বড হরিদাস ঠাকুর; আর—অমুগা, ছোট হরিদাস—ছোট হরিদাস, দুই—অনী, কীর্ত্তনীয়া—কীর্ত্তন শকপা মী, রহে—লৈ, মহাপ্রভুর পাশ—মহাপ্রভুগী নাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীল বড় হরিদাস ঠাকুর অমুগা ছোট হরিদাস কৌবা কীর্ত্তনীয়া অনীমু মহাপ্রভুগী নাক্তা লৈরম্মী।

মুল ১৪৮

রামভদ্রাচার্য্য আর ওড্র সিংহেশ্বর।

তপন-আচার্য্য আর রঘু নীলাম্বর ॥ ১৪৮ ॥

শব্দার্থ

রামভদ্রাচার্য্য—রামভদ্রাচার্য্য, আর—অদুগা ; ওড্র—উড়িয়া ; সিংহেশ্বর - সিংহেশ্বর, তপন-আচার্য্য—তপন আচার্য্য, আর—অদুগা ; আর রঘু—অতোপ্পা রঘুনাথ অমা ; নীলাম্বর—নীলাম্বর।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামভদ্রাচার্য্য, উড়িয়া সিংহেশ্বর, তপন আচার্য্য, অতোপ্পা রঘুনাথ অমা অমসুং নীলাম্বর—মখোয়সু মহাপ্রভুগা নীলাচলদা লৈমিন্নরম্মী।

মুল ১৪৯

সিঙ্গাভট্ট কামাভট্ট দন্তুর শিবানন্দ।

গৌড়ে পূর্ব্বভৃত্য প্রভুর প্রিয় কমলানন্দ ॥ ১৪৯ ॥

শব্দার্থ

সিঙ্গাভট্ট—সিঙ্গাভট্ট, কামাভট্ট—কামাভট্ট, দন্তুর শিবানন্দ—দন্তুর শিবানন্দ, গৌড়ে—বঙ্গদেশদা, পূর্ব্বভৃত্য—হান্নগী মনাই, প্রভুর—মহাপ্রভুগী, প্রিয়—নুংশিবা, কমলানন্দ—কমলানন্দ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সিঙ্গাভট্ট, কামাভট্ট, দন্তুর শিবানন্দ, কমলানন্দ—মখোযসি মহাপ্রভুগী গৌড়দা হান্নদা মনাই ওইরম্বা নুংশিবা ভক্ত-ভাক্তনী। ( মখোয়না গৌড় থাদোকুনা মহাপ্রভুগা নীলাচলদা লৈখি। )

মুল ১৫০

শ্রীঅচ্যুতানন্দ অদ্বৈত-আচার্য্য-তনয়।

নীলাচলে রহে প্রভুর চরণ আশ্রয় ॥ ১৫০ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীঅচ্যুতানন্দ—শ্রীঅচ্যুতানন্দ ; অদ্বৈত-আচার্য্য-তনয়— অদ্বৈতাচার্য্যগী মচানুপা , নীলাচলে নীলাচলদা , রহে— লৈ , প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; চরণ-আশ্রয় – চরণখাগী মনাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅচ্যুতানন্দ কৌবা ভক্তমু শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী মচানুপানী। নীলাচলদা মহাপ্রভুগী চরণ-খাগী মনাই ওইনা লৈ।

### মূল ১৫১

নির্লোম গঙ্গাদাস আর বিষ্ণুদাস।

এই সবের প্রভুর সঙ্গে নীলাচলে বাস ॥ ১৫১ ॥

### শব্দার্থ

নির্লোম গঙ্গাদাস—কোক্তাওবা গঙ্গাদাস কৌবা , আর—অমুগা , বিষ্ণুদাস—বিষ্ণুদাস , এই সবের—অসি পুম্নগী , প্রভুর সঙ্গে—মহাপ্রভুগা লোয়ননা , নীলাচলে—নীলাচলদা , বাস—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কোক্তাওবা গঙ্গাদাস অমুগা বিষ্ণুদাস কৌবা ভক্ত পুম্নমক্সী নীলাচলদা মহাপ্রভুগা লোয়ননা লৈখি।

### মূল ১৫২-১৫৪

বারাণসী মধ্যে প্রভুর ভক্ত তিনজন।

চন্দ্রশেখর বৈদ্য, আর মিশ্র তপন ॥ ১৫২ ॥

রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য—মিশ্রের নন্দন।

প্রভু যবে কাশী আইলা দেখি বৃন্দাবন ॥ ১৫৩ ॥

চন্দ্রশেখর ঘরে কৈল দুইমাস বাস।

তপন মিশ্রের ঘরে ভিক্ষা দুইমাস ॥ ১৫৪ ॥

### শব্দার্থ

বারাণসী মধ্যে—বারাণসীগী মনুঙদা ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী , ভক্ত—ভক্ত , তিন জন—মী অহুম্নী ; চন্দ্রশেখর বৈদ্য—চন্দ্রশেখর বৈদ্য , আর—অমুগা , মিশ্র তপন—তপন মিশ্র ; রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য—রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য , মিশ্রের—তপনমিশ্রগী ; নন্দন—মচানুপা , প্রভু—মহাপ্রভুনা , যবে—মতমতুদা , কাশী—কাশীদা , আইলা—লেঙুঙকখি , দেখি—দর্শন তৌরগা , বৃন্দাবন—বৃন্দাবন ; চন্দ্রশেখর-ঘরে—চন্দ্রশেখরগী য়ুমদা , কৈল—তৌখি , দুই মাস—থা অনী , বাস—লৈবা , তপনমিশ্রের—তপনমিশ্রগী , ঘরে—য়ুমদা , ভিক্ষা—প্রসাদ ( ফংখি ) , দুই মাস—থা অনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বারাণসী মনুঙদা মহাপ্রভুগী ভক্ত অহুম্নী, মখোয়মুদি—চন্দ্রশেখর বৈদ্য, তপন মিশ্র, অমুগা মিশ্রগী মচানুপা রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য। মহাপ্রভুনা বৃন্দাবন দর্শন তৌরগা কাশীদা লেঙুলক্লবা মতমদা চন্দ্রশেখরগী য়ুমদা থা অনী বাস তৌখি অমুগা তপনমিশ্রগী য়ুমদা থা অনী প্রসাদ ফংখি।

### মূল ১৫৫

রঘুনাথ বাল্যে কৈল প্রভুর সেবন।
উচ্ছিষ্টমার্জ্জন আর পাদসংবাহন ॥ ১৫৫ ॥

### শব্দার্থ

রঘুনাথ রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য , বাল্যে—অঙাঙ ওইরিঙৈদা , কৈল—তৌয়ি , প্রভুর—মহাপ্রভুগী , সেবন—সেবা , উচ্ছিষ্ট—লুক্‌থাক্‌-চগুম , মার্জ্জন—শেংবা , আর—অমুগা , পাদ—খোঙ , সংবাহন—নোইখোৎপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঘুনাথ ভট্টাচার্য্যনা অঙাঙ ওইরিঙৈদা মহাপ্রভুগী সেবা তৌখি, লুক্‌থাক্‌-চগুম্‌ শেংখি অমুগা খোঙ নোইখি।

### মূল ১৫৬

বড় হৈলে নীলাচলে গেলা প্রভুর স্থানে।
অষ্টমাস রহিল ভিক্ষা দেন কোন দিনে ॥ ১৫৬ ॥

### শব্দার্থ

বড় হৈলে—চাউরগা , নীলাচলে—নীলাচলদা ; গেলা—চৎখি ,

প্রভুর—মহাপ্রভুগী, স্থানে—মফমদা, অষ্টমাস—থা নীপাল, রহিল—লৈরম্মী, ভিক্ষা লেন—ভিক্ষা পী; কোনদিনে—করিগুম্বা নুমীত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রঘুনাথ ভট্টাচার্য্যত্থু) চাউরক্লবা (পাখণ্ড স্কারক্লবা) মত্তমদা নীলাচলদা মহাপ্রভুগী মফমদা চংখি। মহাক নীলাচলদা থা নীপাল লৈখি অদুগা করি করিগুম্বা নুমীত্তা মহাপ্রভুদা প্রসাদ ফংহল্লী।

## মুল ১৫৭

প্রভুর আজ্ঞা পাঞা বৃন্দাবনেরে আইল।

আসিযা শ্রীরূপগোসাঞির নিকটে রহিলা ॥ ১৫৭ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর—শ্রীমন মহাপ্রভুগী, আজ্ঞা—য়াথং, পাঞা—ফংলগা, বৃন্দাবনেরে—বৃন্দাবন-দা, আইল—লাকখি; আসিয়া—লাক্লগা; শ্রীরূপ গোসাঞির—শ্রীরূপগোসাঞিগী, নিকটে—নাক্তা, রহিল—লৈখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য) মহাপ্রভুগী য়াথং ফংলগা বৃন্দাবন-দা লেঙুকখি। লেঙুক্লগা শ্রীরূপগোস্বামীগী নাক্তা লৈখি।

## মুল ১৫৮

তাঁর স্থানে রূপগোসাঞি শুনে ভাগবত।

প্রভুর কৃপায় তিঁহো কৃষ্ণপ্রেমে মত্ত ॥ ১৫৮ ॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী (রঘুনাথ ভট্টাচার্য্যগী), স্থানে—মফমদা, রূপগোসাঞি—শ্রীরূপগোস্বামী; শুনে—নাক্তাগুনা তায়, ভাগবত—শ্রীমদ ভাগবতম্, প্রভুর—প্রভুগী, কৃপায়—থৌজাম্না, তিঁহো—মহাক, কৃষ্ণপ্রেমে—কৃষ্ণবু নুংশিবনা, মত্ত—ঙাওখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঘুনাথ ভট্টাচার্য্যগী মফমদগী শ্রীরূপ গোস্বামীনা ভাগবত শ্রবণ তৌখি। প্রভুগী কৃপানা মহাক (রঘুনাথ) কৃষ্ণপ্রেম্না ঙাওখি।

## মূল ১৫৯

এইমত সংখ্যাতীত চৈতন্য-ভক্তগণ।
দিঙ্মাত্র লিখি—সম্যক না যায় কথন ॥ ১৫৯ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসূম্না, সংখ্যাতীত—মশীঙথাবদা লোই-থম্বা মাইদে ; চৈতন্য ভক্তগণ—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী ভক্তশিংদি, দিঙ্মাত্র—খজিক্তমক ; লিখি—ইবনী, সম্যক—মপূঙ ফানা, না যায়—ওইবা য়াদে ; কথন—হায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসূম্না শ্রীচৈতন্যগী ভক্তশিংগী মশীঙদি লাকণ্ডমদে। মশীঙ খরদং থাবনী, মপূঙ ফানা থাবদি ওইথোক্তে।

## মূল ১৬০

ঐকৈক শাখাতে লাগে কোটি কোটি ডাল।
তার শিষ্য উপশিষ্য—তার উপডাল ॥ ১৬০ ॥

### শব্দার্থ

ঐকৈক—অমমম, শাখাতে—উশাদা ; লাগে—লোঙথোরকয়ি, কোটি কোটি—কোটি কোটি, ডাল—উশা মচা, তার—মখোয়গী, শিষ্য—শিষ্য ; উপশিষ্য—শিষ্যগী শিষ্য, তার - মহাক্কী, উপডাল—উশাদগী লোঙথোবকপা উশা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাখা অমমমদা উশা মচা কোটি কোটি লোঙলকয়ি। মখোয়গী শিষ্য উপশিষ্যদু মখোযগী উপশাখা ওাক্কী।

## মূল ১৬১

সকল ভরিযা আছে প্রেম-ফুল-ফলে।
ভাসাইল ত্রিজগৎ কৃষ্ণপ্রেম জলে ॥ ১৬১ ॥

### শব্দার্থ

সকল—লোইনমক, ভরিয়া—থম্না, আছে—লৈ, প্রেম-ফল-ফুলে—প্রেমগী উহৈ অমদি উপাম্না ভাসাইল—তাউহন্থি, ত্রিজগৎ—মবোল অহুম্মক, কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা কৌবা, জলে—লাইজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূম্নমক (হাযবদি উশা অমদি উশাগী উশা খুদিংমক) কৃষ্ণপ্রেম কৌবা উহৈ অমসুং লৈপান্না থম্না থম্না লৈরম্মী। কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লাইজনা মবোল অহুম তাউহন্থি।

মূল ১৬২

একৈক শাখার শক্তি অনন্ত মহিমা।
সহস্রবদনে যার দিতে নারে সীমা ।। ১৬২ ।।

শব্দার্থ

একৈক—অমমম্ ; শাখার—উশাগী , শক্তি—মগুম , অনন্ত—ওমথৈ-নাইদবা ; মহিমা—মতীক , সহস্রবদনে—চীন লীশীংনা ; যার—মহাক্কী ; দিতে—পীবা , নারে—ঙমদে ; সীমা—ওমথৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাখা অমমম্গী শক্তি অমসুং মহিমাদি ওমথৈ-নাইদবনী। কনাগুম্বগী চীন লীশীং লোংলবসু শাখাগী শক্তি-মহিমাগী-ওমথৈ লেপ্পা ঙম্বা নত্তে।

মূল ১৬৩

সংক্ষেপে কহিল মহাপ্রভুর ভক্তবৃন্দ।
সমগ্র গণিতে নারে আপনে অনন্ত ।। ১৬৩ ।।

শব্দার্থ

সংক্ষেপে—শম্পাংনা , কহিল—ঐনা হায়জবনী , মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী , ভক্তবৃন্দ—ভক্তশিং ; সমগ্র—লোইনমক , গণিতে—শীংথাবা , নারে—ঙমদে ; আপনে—মছামক্না , অনন্ত—শ্রীঅনন্তদেবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুগী ভক্তশিংবু শম্পাংনা ঐনা হায়জবনী। লোইনমক্তি শ্রীঅনন্তদেব মছামক্না মশীং থীবা ঙম্বা নত্তে।

মূল ১৬৪

শ্রীরূপ-রঘুনাথপদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ।। ১৬৪ ।।

শব্দার্থ

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথগী খুয়াখাদা , যার—মহাক্কী ; আশ—আশা , চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত , কহে—বর্ণন তৌজে , কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামী অনীগী খুয়াখাদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত বর্ণন তৌজরি।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে মূলস্কন্ধশাখা-বর্ণনং নাম দশম-পরিচ্ছেদঃ ।।



# শীতলজিৎকী লাইরিকশিং

উপন্যাস—ইমা, রোহিনী, নুংশিরাথৈবা, থাদোকপা।
রাবী মচা—লৈকোম্নুংদা, লৈনুংশি।
শৈবেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা,
শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

অতে অতে

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদগীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩ শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈবোনগী অনুবাদকা কোন্নবা ) মমল লুপা ২০

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শাযোন-শৈথব

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary

৬। Friends' Pocket Dictionary
(English to Manipuri)

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহানবা। লুপা ২০

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অনীশুবা। লুপা ১৮

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহুমশুবা। লুপা ১৫্

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মরিশুবা। লুপা ৩২

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মঙাশুবা। লুপা ২০

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড তরুকশুবা। লুপা ২৮

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড তরেৎশুবা। লুপা ২৫্